মণিপুর গোভঃ শিক্ষা বিভাগকী মতেং পাংগুব

# স্বামী শিবানন্দন অসুম্ন হায়রম্মই

খোমজিনব অমস্তং হন্দোকচব :—
আর, কে, এস সিংহ



Price Rs. 5.00

অকোঙ্ব :—

আর, কে, এস সিংহ

শাংজমৈ রাংম পুথ্রম লৈরক, ইম্ফাল।

১৯৭১ ইং

মশাং—১,০০০




ছাপা নম্ফম :—মণিপুর গীতা প্রেস, শাংজমৈ, ইম্ফাল।

# কচ্চব

তাইবংগী অমম্ব লৈচীক্রক্ত নোংথাংগী মঙাল পীবিব
লম-ফাংলব তাইবংদ
লম লাল্লব মীওইববু খুৎ শম্নন লমজীংবিরম্ব
সর্ব্বশ্রী
স্বামী শিবানন্দ সরস্বতী মহারাজগী অমর স্মৃতিদ
মহাক্কী মমল নাইদ্রব
উপদেশামৃত অসি কচ্চরি।

আর, কে, এস, সিংহ

## - হায়জব -

লাইরিক অসি "ডিভাইন লাইফ্ সোসাইটি"গী ফাউণ্ডর, পৃথিবী ফাওরব স্বামী শিবানন্দ সরস্বতী মহারাজগী তোঙান-তোঙানব লাইরিক ১৪ (তরামরি)খক্তগী অন্দর-লাইন কলেক্সন অম তৌরব মতুংদ মৈতৈলোন্দ ওল্লোকচবনি।

পুজ্য স্বামীজীগী উপদেশামৃতগী মহাওদি মপান নাইদে. অদুবু লাইরিক অসি মদুগী মরিক অমগী শরুক খরদং মৈতৈলোন্দ ফোঙদোক্তুনা ইবৈবাক মচাশিংগী মফমদ লাপ্পোক্লব হোৎনবদ ওইব, খ্বাইদগী হন্থব মওং অদুনি হায়বসিদি পাবিরিবশিংন খঙবিগনি।

লাইরিক অসি নম্বদ বানানগী মরমদ থোইদোকপদি মৈতৈলোনগী চাবা, থকপা, চৎপানচিংব রাহৈশিংদ য়াওরিব 'া' অসি লৌথোকচরে। অদুবু, লৌথোক্লে হায়বিব অসিমকস্থ লৌথোক্তব মতাং কয়াস্থ য়াওগ্রে, অমরোমদ য়াওফম থোকপ হসন্ত কয়া অমস্থ য়াওখিদ্রে। অদুন লাইরিক অসিদ বানানগী নিয়ম লৈতবগুম ব্যবহার কায়ব কয়া য়াওখ্রিব অসিগীদমক ঙাকপিগনি। পাঠকশিংন চুমথোক্তুনা খঙবিব য়াব অরূম-অয়াং, মা-পুগী অরানবশিং অদুদি চুমথোকচদ্রে, অদুবু রাহৈ ওইন লানব খরদি "অরানব চুমথোকপ" হায়ব লামায়দ হাপচরি। অদুগীস্থ মথক্ত মৈতৈলোনগী লাইবিক্রি হায়রিব অসিদ ইংলিস, হিন্দি, সংস্কৃত অমস্থং বাঙ্গলানচিংবগী রাহৈ খর য়াওখিবগীদমকস্থ ঙাকপিগনি।

লাইরিক অসি ৱারী ৱা-তাই, উপন্যাস, ড্রামানচিংব অয়াম্ব মীন পাম্নব অমদি পানৱিব মওং অদুদি নত্রে। অমৱোমদসু, মসি অমুক্তুংদ লোইন পাথোকপবুদি চাং করু নোংমগী মতা-তরাদং চাং নাইন পাবন অর্থ থোকপ হেনগত্রা নত্ত্রগ হন্ন হন্ন পাবন ফগত্রা হায়বদুদি পাঠকশিংগী পুক্নিংগী ফিভমদ লৈরে।

লাইরিক অসি ফোঙনবগীদমক মণিপুর সরকারগী শিক্ষা-বিভাগন শেলগী মতেং খর পীবিবগীদমক থাগৎচরি।

লাইরিক অসি নম্বদ গীতা প্রেস, শীংজমৈ বাজারগী মেনেজর শ্রীওইনাম মঙ্গী সিংহ ১সুং ওজা শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহন প্রভ লৌবিব, শেন-থুমগী মরমদ থোইদোকপ কনসেসন পীবিব অমদি মতম চান নম্বিবনচিংবগী মরমদ অৱাব শরুক কয়া খাঙবিখি। মসিগীদমক উক্ত ভদ্রলোক অনিগী মফমদ তৌবিমল থগব উচ্চরি।

লাইরিক অসি "ডিভাইন লাইফ সোসাইটি, হৃষিকেশ, শিবানন্দাশ্রম"দগী অকক্নব সর্ত খরগী মখাদ রোয়েলটি পীদ্রুন কোপি-রাইট লৌজবনি। মসিগীদমক উক্ত আশ্রমগী কর্তৃপক্ষশিংবু থাগৎচরি।

আর, কে, এস, সিংহ

# হীরম লামাই



---

* ছাপা লানবদগী ‘চ” অসি “ঙ” ওইন নমথ্রে।

‡ (৩) অসি (ত) ওইন নমথ্রে।

# "স্বামী শিবানন্দন অসুম হায়রম্মই"ঃ

## ৯ঃ লমজিং টৈমন্না

### (ক) স্বাত্ত্বীক জীবনগী লম্বী

১। ভগেংবমক্তি শিব হায়বসি লৈতে। শিব হায়নরিবসি পোকপা হৌগৎলকপনি। পুন্সিদি থব নাইদবনি।

২। অবাবা অমম্তুং খুদোংথিবন নংবু পাক্ল কলহনগনি। মথোয় অসি মশক ওহোক্নন লাকপ ঈশ্বরগী কৃপা অমনি।

৩। অশাওব হায়ব অতুমক্তুদ শাওজিল্লু, মরমদি অশাওব হায়বসিন থরাইদগীচাওব কত্তব্ তৌই। অশাওবদগী হেন্ন কত্তব মেক্রুব অম লৈত্রে।

৪। ধর্ম হায়বসি মুক্তিগী খোজালনি।

৫। প্রার্থনা হায়বসি ঈশ্বর য়োন পাইনবা উচেক মশানি।

৬। ধ্যান হায়বসি ঈশ্বরবু উনবা মিংনি।

৭। অয়োইব নাইদব খৌজান অমু কংদবগী লম্বীদি থম্মোইদগী হৌরকদবনি। থম্মোই অসি শেংদোক্লবদি লম্বী অদু হাংদোক্লবনি।

৮। লাইয়ব অমম্তুং অনাবশিংদ লৈরিব ঈশ্বর অমু খুরম্মু।

৯। সমদৃষ্টি লৈয়ু। পুম্নমক আত্মা ভাবত য়েংউ।

১০। থম্মোইশুংদগী খোনা লোখোরকউ।

১১। অবাব অমম্তুং থুদোংথীবদ থাডব কল্লু,
নহাক্তি হকচাং অসি নত্তে,
নহাক্তি শিব নাইদব থরাইশ্নুনি।

নহাক্কি লোম্ব নাইদব আত্মাদুনি।
নহাক্কি অনাব লৈতব অম অদুনি।
১২। অচুম্বদি ঙমখৈ লৈতবনি।
অচুম্বদি লোম্ব নাইদব পুন্সিনি।
অচুম্বদি মৌননি।
অচুম্বদি পুম্নমক শূন্নবনি।
অচুম্বদি শিব নাইদবনি।

১৩। অপাম্ব লৈত্রব মহাক অদুদি মরোল অহুমকী, চাওরব সম্রাটনি।

১৪। পুন্সি অসিমক থবাইদগী চাওরব ওঝা। অমনি, অদুগ পৃথিবী অসিন মদুগী স্কুলনি।

(১৫) খোজানবিব হায়বসি থবাইদগী বাংব গুণনি। ঙাকপিহৈবন থবাইদগী অবাংব শক্তিনি। আত্মা জ্ঞান থবাইদগী বাংব জ্ঞাননি। অচুম্বদগী হেন্ন বাংব অম লৈত্রে।

১৬। পুক্নিংবু অম্ম তৌব হায়বসিন থাহৈগশেংনমক অশিবঁবু অম্ম তৌরবনি। মশাবু অম্ম তৌরব মহাক অদুন মরৈবাক্কীদমক শিখিব কম্বাদগী হেল্লবনি।

## (খ) যোগগী লম্বী

১৭। হৃৎশিবনা থবক পুম্নমক অমৃত ওইহল্লি। হান অমসুং সেবান প্রেম পোকহল্লি।

১৮। ইন্দ্র অমসুং অপাম্বগীদমক্তদি পৃথিবী অসিদ মায়া হায়বসিন মপু ওইরি।

১৯। শ্রদ্ধ লৈন, নোল্লক্ক, শুদ্ধ ওইন অমদি অমত্ত ওইব পুক্নিংন ইবুঙো মাগী নাম শোল্লিব মহাক অদুন অরোইব অথব অদুবু ফংব ঙমই।

(২০) খুদোংথীবা খুদিংমকসি নংগী লাই থাজবদুগী চাংয়েংনি।

২১। পোৎ থুদিংমকসি ঈশ্বরনি। পোৎ পুম্নমক অসি ঈশ্বরগী কোৎদোকপনিংনি। মী থুদিংমক্না মওংশিং অসিবু খুরমগৎবনি। মসিন ঈশ্বরবু খঙবা ঙমহনগনি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণন তাকপ ভাগবত্তা য়াওরিবদু মসিনি।

২২। আধ্যাত্মিক ওইবা হায়বসি পুক্নিংগী নিংথনি। মসি মী অমবু লাইরমলেন্দ থাগৎপনি।

২৩। অবা অনান পুন্সিবু ইনাক খুলহল্লি। মসি অচৌবা নিং পাঙহনবা অমনি।

২৪। চীনন ভাঙবা লোন্দগী মৌনগী লোন অসিন কনবা হেল্লি।

২৫। আধ্যাত্মিক উন্নতি অমস্তুং লোম নাইদবা থৌজাল ফংবা হায়বসি নংগী পোকপদ য়াওরক্লবা অধিকারনি।

২৬। অনৌবা চহি অসিদা হুড়াই-য়াইফবা পুম্নমক, মঙ্গল পুম্নমক, হয়াও তম্নাম পুম্নমক নংগী শরুক ওইরশু।

২৭। আত্মা-বিচার তৌত্নুনা কান্নদবা রাখল মাঙহল্লু।

২৮। থবাইদগী ফবা লন্দি আত্মা-জ্ঞানসিনি।

২৯। পুন্সিস্তু অমত্তনি। নিয়মস্তু অমত্তনি। ঈশ্বরস্তু অমত্তনি। ধর্মস্তু অমত্তনি।

৩০। নংনা ফংবা ঙমদবা অতুগীদমক বাক্কগস্তু।

৩১। প্রেম হায়বসি পৃথিবীসিদ থবাইদগী কনবা শক্তিনি। মসিদি থবাইগী শক্তিনি। মসি হেক ঙম্মথৈ তানশিল্লু।

৩২। প্রেম অমস্তুং মৌনগী লোন অদু তাও।

৩৩। সেবা তৌ। প্রেম তৌ। শীথোকউ। শেংদোকউ। ধ্যান তৌ অমস্তুং থঙউ। অফবা ওইয়ু। অফবা তৌ।

৩৪। মুক্তি হায়বসি অবা-না কোক্লনবগী ওইরিবা মওং অদুনি। মসি শান্তি অমস্তুং কৃপাবু হাকথেংনবা অদুনি।

৩৫। শুদ্ধ ওইবা হায়বসি লোম নাইদবা শান্তি অদু ফংনবগী অহানবা পোৎচঙনি।

৩৬। বৈরাগ্য হায়বসি লোম্ব নাইদব থোজানগী লমদম অদুদ চঙনবগী সার্টিফিকেটনি। অদুগ সুংশিব হায়বসিদি পুম্নমক থাংলবনি। প্রেমন/সুংশিবন থম্মোইবু শুদ্ধ ওইহনি অমসুং পাকথোক চাওখোকহল্লি।

৩৭। ধর্মগী মরু হায়ববু আধ্যাত্মিকী হাকথেংনব জ্ঞান অদুনি। ধর্ম হায়বসি পুন্সিগী লম্বী অমনি। মসি আধ্যাত্মিকী জ্ঞান অদু ফংনব লম্বীনি।

৩৮। থম্মোই শেংবতনা ঈশ্বরবু দর্শন ফংব ঙমই।

৩৯। নংন হৌজিক কৈরিব অসি থোদোক্কগী ওইব প্রকৃতিগী ইচম চম পোৎ অম নত্তে। নহাক্কি কর্ম ফলগী নিয়ম অদুগী মতুং ইন্না ওইরিবনি।

৪০। উপাই পুম্নমক্ক নহাক্কী আধ্যাত্মিকী অকব কর্ম ফলদুবু ঙাকউ। পুক্নিং থারবদ থাওব কনব হায়বসিদি স্বর্গনি।

৪১। থম্মোই অসিনবু থম্ন লৈরবদ লৈম্নেং অসিমদি তুমিন্ন মরৈরে।

৪২। থম্মোই অসি থবাইবগী করব ঈশ্বরগী মন্দিরনি। মপুং ফারব প্রেমদি অমাং অতা লৈত্রবনি। যোগ হায়বসিদি অপাম্ব অমসুং মিহৌবদগী নীংতম্নবনি।

৪৩। নশামকপু তুন্দ হয়দুন হাওদল্লু অদু ওইরবদি নংগী থম্মোইদা ঈশ্বরন ঙানবিরগনি।

৪৪। হিংব হায়বসি সেবা অমনি।
হিংব হায়বসি প্রেমনি।
প্রেম হায়বসি হিংঙিব অসিনুনি।
প্রেম হায়বসি পুন্সিগী নিয়মনি।

৪৫। শুদ্ধ ওইব অমদি দৈবিক প্রেম লৈব হায়বসি মুক্তিগী থোঙ হাংদোক্লব শোৎলৈনি।

## (গ) মুক্তিগী পুন্সিদ যোগ

৪৬। অপাম্ব লৈতনা কর্ম তৌরিব মহাক অদু যোগীনি। প্রেম অমসুং সেবা হায়বসিগী থম্মোইদ আত্মা সংযম হায়বসিদি মশান মাওজরবনি।

৪৭। পৃথিবী অপূম্বসি ঈশ্বরগী ইমুং অমনি।

৪৮। বেদান্ত হায়বসি কনাগুম্ব অমগী পুন্সিচুপ্প অভ্যাস তৌগদব হিংননবগী কলানি। মসিনা মুপ্তাইরব ইমুং অমদি মুপ্তাইরব সমাজ অম ওইংলি।

৪৯। যোগ অমসুং ধ্যান তৌবসিন অৱাংব জ্ঞানগী লম্বী অমু হাংদোকই। পুন্সিগী হিরম খুদিংদ যোগ অমসুং ধ্যান হায়বসিন শেমগৎ শাগৎপগী শক্তি অমু হেনগৎহল্লি।

৫০। লম্বী অমু থিয়ু। হৌজিকমক, মকম অসিদ লমথুংকম অমু থডউ। অমুগ মতম পুম্নমক্ত পোৎথাদুন লৈয়ু।

৫১। অশেংব হায়বসিমক থৱাইদগী কব খুদোলনি। জ্ঞান হায়বসি থৱাইদগী চাউব ললনগৈদুনি। অচুম্ব হায়বসিমক থৱাইদগী ৱাংব ধর্মনি।

৫২। পুক্নিংচঙন ধ্যান তৌদুন অশেংব থৌজাল অমসুং মুপ্তাইবগী তত্ত্ব অমু থডউ।

৫৩। নিয়ম হায়বদুসু ঈশ্বরনি। নিয়ম অমু পীরিবসু ঈশ্বরনি।

৫৪। ঈশ্বরগ লোয়নন বা ডাওনৌ। ঈশ্বরগা লোয়নন চৎমিন্নৌ। ঈশ্বরগ লোয়নন তুমিন্নৌ। ঈশ্বরগ লোয়নন চামিন্নৌ। ঈশ্বরগ লোয়নন থকমিন্নৌ।

৫৫। হুংশিবিয়ু অমসুং খম্বিয়ু অদুগ নংগী ওইব ফিরেপ অদুদ কয় পাময়ু।

৫৬। হাকথেংনব জ্ঞান হায়বসি কর্ম্মগী মচানি।
কর্ম্ম হায়বসিন ৱাথলগী মচানি।

৫৭। পুকচেল চাওন থল্লিব মহাক অমু অওইবমক পুকচেল চাওরবনি।

৫৮। অচুম্ব ৱাথল অদুন চুম্ন তৌরবদি থবক থুদিংমক যোগদ শ্রোকপ ৱাই।

৫৯। সঙ্গীত হায়বসি আত্মাগীদি হিদাক্নি।

৬০। চহি নয়া চুপ্প লাইব্রিক পাবদগীদি নিকুপ অমতং ওইরবস্তু সৎ-সঙ্গ নত্রগ জ্ঞানিশিংগ তিন্নজবন ফব হেল্লি।

৬১। নংগী লমজিংব ওইনা অশেংব রাথম হায়বদুগী মতুং ইল্লু।

৬২। অতোনব পুক্রিংগী খোঞ্জেল না হাপ্লব মহাক অদু মাঙলবনি।

৬৩। অরাংব, অশেংব পুক্রিংগী খোঞ্জেল তারব মহাক অদু কৃপা লৈরবনি।

৬৪। ঈশ্বরগী কৃপা হায়বসিদি নংগী জীবনগী সত্বনি।

৬৫। লৌশিং হায়বসিদি তশেংব হাকথেংনবা জ্ঞান অদু ওইহনগনি। চুংগী ইচম চম্ব থাজব নম ওইহল্লোইদৌবনি।

৬৬। ধ্যান হায়নসিদংন নহাকপু কিংন্দব অমস্তুং কুণ্ডাইংনব ঙমহে।

৬৭। প্রার্থনা হায়বসিন অদুকপ কম্না তৌব ঙমহে।

৬৮। ইমা-ইপা হায়বদি পৃথিবীসিদা মিংন উব লাইনি। মখোয়বু সেবা তৌ। মখোয়ন হায়ব ইল্লু।

৬৯। নশামকপু থজজো, অদু ওইরবদি নংন পুম্নমকপু থজব ঙমগনি।

৭০। অশেংব লন্দি জ্ঞাননি। অপঙব হায়বসি লাইরবনি।

৭১। অকব, পুকচেল চাওব, ফজব অমস্তুং মুংশিব অদুক্ত য়েংউ।

৭২। অশাঙব হায়বসিদি অপায় অমস্তুং মিহৌবগী মওং হোংবগনি।

৭৩। তারব য়াব ফিদমদি ঈশ্বরদ পুন্সি কথোকপ হায়বসিদনি।

৭৪। সঙ্গীত হায়বসি যোগনি। সঙ্গীত হায়বসি দৈব্য-শক্তিনি। সঙ্গীতকী লম্বীদা নংন ইরাই লায়ন ঈশ্বরবু ফংজব ঙমগনি।

৭৫। আত্মা জ্ঞান হায়বসি মা অমগী থরাইদগী কন সম্পতিনি।

৭৬। অথুপ্ত পোক্তগী আত্মা জ্ঞান হায়বসিন মহেহল্লে।

৭৭। আধ্যাত্মিকী পুন্সি ওইহল্লু। অতোপ্পন নংগী নতুং ইলহল্লু। নংন অহানব থুদম ওইয়ু।

৭৮। অমত্ত ওইব ঈশ্বর অদু পুম্নমক্ক লৈ হায়ব থঙউ; অদুগ

মীওইবগী সেবাগী থোঞ্জদ মাগী সেবা তৌজনব খুদোংচাব অমা পীবিরিবসু ইবুংঙো মহাক্রি।

৭৯। বিশ্ব প্রেমবু য়োকখৎলু অদুগ পৃথিবী অসিদ প্রেমগী থাংমৈ অদু অমুক হন্না ঙাল্লহল্লু।

৮০। অচুম্ববু থিব হায়বসিদি আধ্যাত্মিকী জ্ঞান অদুবু থিবনি।

৮১। অচুম্ববু থিব হায়বসি মীওইবগী মহুৎ হল্লিনব প্রকৃতিগী অঙকপ, মাগী অওইব মওং অমসুং আত্মাগী খঙনীংব অদুনি।

৮২। আধ্যাত্মিকী মৈরি অসি হেন্না ঙানখৎনন, অরেপ্প লৈতন চাকপ ওইসনু।

৮৩। লোম্ব নাইদব থৌজানগী লৈকোল অদুদ চৎলু।

৮৪। পৃক্সি অসি অকিব লৈতব, শিব নাইদব তোর্বানগী লমথুংকম অদু য়ৌন হোন্নব তি অমনি।

৮৫। ভক্তগী মমঙদসু ঈশ্বরগী তেংবাং অমসুং পুক্নিং থৌগৎপিবসি পীবি।

৮৬। মঙ হায়নসি কনাগুম্বগী মপুক্নিংগী অশেংবদু ঙাকপনি।

৮৭। হৌখিব মপোক কয়াগী মর্মাং লাকভমদ্রব সংস্কার কয়া অমম্ব পুক্নিংদ কমডুন লৈরিবদু মঙদ উথোরকই। সংস্কার কয়াদু মশান ফোঙদোক-চনবগী খুদোংচাব অমা মঙ হায়বসিন ওইরি।

৮৮। মতম কুইন অকব ধ্যানগী সাধন তৌদুন মপুং ফান পুক্নিং অসি শেংদোক্রব কনাগুম্বন মঙ অসি মঙলোই।

৮৯। অপাম্ব, অশাওব অমসুং মিথৌব হায়রিবশিং অসি লম্বীদ পোৎমুনব হুরানবশিংনি। মথোয়গন মুপি-মুপাশিংগী শান্তি অমসুং ধর্মনচিংব গুনশিং অসি মুনবি। মথোয় অসি শান্তি, নোল্লকপ অমসুং আত্মা জ্ঞানগী য়েক্লবনি।

৯০। নংন হেক মুঙাইথোক্লিব মথৈ অপাম্ব অসিমু কনখৎলকই।

৯১। প্রকৃতি অসি নংন ঈশ্বর য়োনবগী কৈরাক অমনি।

৯২। দেহগী ভাব অসি মপূং ফান মাঙহনখ্রুহন সন্ন্যাসি অমন হকচাং অসিবু অশিব পোং ওইন লৌই।

৯৩। ঈশ্বরদ থাজো, মান নংবু লমজিংবিগনি। মান নভোন্দ পাঙ্গল, লৌশিং অমস্তুং শান্তি পীবিগনি।

৯৪। ধ্যান তৌদুনা আত্মা জ্ঞান অমস্তুং শান্তি তানশিল্লু।

৯৫। নংগী পুক্নিং, ইন্দ্রি অমস্তুং হকচাং অদু গুরুগী খুৎলাইনি হায়না লৌ।

৯৬। নংদি রাথল অমস্তুং খোঙ্জেনগী রাংমদ লৈবনি।

৯৭। অশেংবমক্তি নহাক অসি শিব নাইদব, হোংব নাইদব কৃপা-জ্ঞান অত্তনি।

৯৮। ঈশ্বরবু কাউথোকপ চায়বসি লৈথা তারব পাপনি।

৯৯। ঈশ্বরগী প্রেম অমস্তুং জ্ঞানবু থাজো। নহাকপু অকিব অমস্তুং অরাবদগী কনবিগনি।

১০০। মীওইবগী অশেংব য়েক্লবদি মশা অত্তদ লৈরবনি। মায়া হায়বসি মাগী তমথিরব য়েক্লবনি।

১০১। অচুম্ব রাথলন অচুম্ব কর্ম্ম তৌহল্লি।

১০২। পুন্সি অসি অচুম্ববু মায় কয় নিশাংশিংন থিব অমনি।

১০৩। মৌনি (তুমিন্ন লৈব) হায়বসিন শক্তি, শান্তি অমস্তুং পাঙ্গল পী। অচুম্ব থিব অমদ মসি অচৌব উপাই অমনি। মৌনিদগী নংন মপান নাইদ্রব আধ্যাত্মিকী লল অত্তু তানশিনজব য়াই।

১০৪। ডাক্তরশঙ অমদ সেবা তৌব অসি ধ্যান তৌবদগী হেল্লি। মসিদি ইশাগী ওইজব থাদোকপ ভক্তিগী মথক অমনি। ঐখোয়না অনাবশিংদ ঈশ্বর লৈরিবদু হেন্না মরেক শেংন উব ঙমই। অনাবশিংবু সেবা তৌদুনা পোথাহনবসিদ অমত্ত ওইবগী মুংঙাইব অম লৈবনি।

১০৫। নংন থুনমক লাইটহাওস অমসুং হিখাংকগ অদু থেংনরগনি। হোঃজিল্লু। প্রার্থনা হায়বসি অচুবনি।

১০৬। ইশাবু থাজব হায়বসি হিরম থুদিংদ মায়পাক্নব অহানব পোৎচঙনি।

১০৭। ধর্ম্মগী ওইবা পুন্সিন মী অমবু অরুব অমসুং অশেংব ওইহনি। মসিন মহাবপু ঈশ্বরদা নকশিনহল্লি।

১০৮। নং অসি নংগী হৌখিব কর্ম্মগী ফল অত্তনি। নংগী তুংগী পুন্সিসু হৌজিকী কর্ম্মগী ফল অত্তনি। ধ্যান তৌ অমসুং পোকপ শিবগী চক্র অদুদগী নাহোক্তুন শিব নাইত্রব কৃপাগী লমদম অদুদ চঙ্খউ।

১০৯। মশক উদব শক্তি অমন নংবু লমজিংলি অমসুং ঙাকশেল্লি। মহাক্কী শক্তি অমসুং মহাক্ক লৈরিবসি থঙউ। নংগী থরাইদগী চাওরব য়েক্নব ভকিব হায়বসিবু লাবশিল্লু। মদুদং থঙবদ নংন সংসার সমুদ্র লান্দুন শিব-নাইদব অদু ফংগদৌরিবনি।

১১০। পৃথিবীদ লৈরিব পুন্সি অসি জ্ঞান তাম্নব অমদি আত্মা মশক খঙনব স্কুল অমনি।

১১১। নংগী পুক্নিং রাথল অদুগুন নংগী মকপ্পি নত্রগ য়েক্নবনি।

১১২। তপচসনু লেপ্তু লেপকনু। যোগ হায়বসিমক থাঙমদব মীগী নত্তে।

১১৩। ইশাবু মশক থঙব হায়বসি ইশাবু পুথোকচবনি।

১১৪। আধ্যাত্মিক্কী মিকপ থোরকপ হায়বসিদি পুন্নমক অসিবু মপুংফান হকথেংনন ফংবনি।

১১৫। সংসারিক জীবন অসিদি মপূং ফাদবনি। মসিদ মতম পূম্নমক্ক অরাৎপ অম লেঙদন লৈবনি।

১১৬। চঙজরিব অতুপকী মখৈ কৃপা ফংজগনি।

১১৭। ঈশ্বরগী কৃপা অসিদি নংন চঙজরিব চাং অদুগী মথৈতনি।

১১৮। অপঙব হায়বসি পুন্সিগী অৱা-অনা পুম্নমক্কী মরনি।

১১৯। আধ্যাত্মিক জীবন হায়বসিদি থাজব, নোল্লুকপ, হুংশিব, অশেংব অমদি ঈশ্বরত্ত অদু ওইবনি।

১২০। ঈশ্বর কদাইদ লৈ? ঈশ্বরদি "ঐ" অমসুং "নং" হায়বসি লৈতব মফম অদুদ লৈ।

১২১। পৃথিবী পুম্বসি চংথোক-চংশিননি। পৃথিবীগী মরি পুম্নমক অসি মায়া ডাক্তনি।

১২২। ধর্ম্ম হায়রিব পুন্সিগী কলা অসিগী যুদ্ধদি অঁংবা জ্ঞান হায়বসিনি।

১২৩। ইশাগী ওইজব বাদোক্লব থবক্তোদমক্তদি পৈশাদি মরাঙ কায়ন মথন্দ লাকচগনি।

১২৪। সংসার অসিমক থরাইদগী কব ওঝানি। প্রকৃতিনা থরাইদগী কব লাইরিক্তি। থরাইদগী কব মরুপ্তি ঈশ্বরনি।

১২৫। পৃক্লিংবু জয় তৌব হায়বসিদি পৃথিবী পুম্নমকপু জয় তৌবনি।

১২৬। নংন তৌরিব পুম্নমক ইবুংঙো মঙোন্দ কংলিবনি হায়ন লৌ। মসিন নংন তৌরিব পুম্নমক আধ্যাত্মিক ওইহল্লগনি অমসুং শান্তি পীরক্কনি।

১২৭। কিবম থুদিংমক্ত মায় পাক্লবগী অরোনব তত্বদি পুম্নমক অসি অমত্ত ওইব, অথোইব দেব-শক্তি অদুন তৌরিবনি হায়বসি খঙবনি।

১২৮। অরেপ্প লৈতব ইবুংঙো মহাকপু থোয়াংজবদি করিগুম অরেপ্প অমত্তন কোকহনব ঙমলোই।

১২৯। মন্ত্রিশিং, উকিলশিং, লাখপতিশিং, তৌনীংবদ তৌবশিং, অমদি নিংথৌশিংগী থম্মোইদ শান্তি হায়বসি লৈতে। শান্তি হায়বসিদি সাধু, যোগী, লথোইব অমদি আধ্যাত্মিক্কী মীওইশিংগী থম্মোইদত লৈ।

১৩০। পূম্বক ঈশ্বর মহাক্লনা ওইরিবনি, করিগুম্ব অমত্ত ইবুংঙো। মঙোন্দগী খাইদোকপ নক্সগা মাগী মপান্দ নৈতে হায়বসি ভক্রুশিংদন থঙই।

১৩১। নশাগী অপোনবশিং অমদি লোয়শিং অহূ অম্ব তোনব হোৎনৌ। অতোপ্পশিংগী মুঙাইবদ মুঙাইবিয়ু। অয়াবা ভারবশিংবু তেংবাংবিয়ু।

১৩২। অপেনব হায়বসি লননি। অকে-অমৌ তৌবসিদি লাইরবনি। অপাব হায়বসি লাং অমনি। প্রার্থনা তৌহনা লাং অসি থবংলু।

১৩৩। 'ওঁ সূর্য্যায় নমঃ' হসি নিংকী হিদাক অমনি। সূর্য্য হায়বসি মিৎ পুব লাইনি।

১৩৪। পূক্লিংগী প্রার্থনা হায়বসিন থবাইদগী কব মথনগী প্রার্থনানি।

১৩৫। অতোপ্পগী মকুবদ নংন মহুংশিন্দুন তো। অচৌবা নরোনব তত্ত্ব অসি তম্মু।

১৩৬। অশেংব অমম্মুং অচুম্ববু সাধন তৌ। নহাক্তি অধ্যাত্মিকী অবাংব মরম অমগীদমক পৌক্লক্লিবনি।

১৩৭। মুক্তি নক্সগ নীংতম্ব হায়বসি নংগী লমথুংকমনি। অতৈ ধর্ম্ম পূম্বমক্তি পান্দম অসিগী উপাই ঙাকনি।

১৩৮। ধ্যান হায়বসি আত্মাগী লোননি।

১৩৯। পাপ্প থল্লব কলি যুগনি, তৌইগুম্বমুং যুগ অসিগী অচৌব ধর্ম্ম অম নৈরিবঙুদি মসিদ কনাগুম্বন মুপ্প ঈশ্বরগী নানত লোন্দুন লবা অনা পূম্বমক কোকপ অমদি ঈশ্বরবু কংজব ঙমসিনি।

## (ঘ) জ্ঞানিশিংগী লম্বো

১৪০। তৌরিব থবক থুদিংমকসি ইবুংঙো মাবু থুকদজবনি। মিং পূম্বমক, মূর্ত্তি পূম্বমক ইবুংঙো মাগী মওং ঙাকনি।

১৪১। ব্রহ্ম-জ্ঞান হায়বসিদি বৈথেল লৈবীগুম লায়বনি। মসিগী মরুওইবা "বৈরাগ্য অমসুং সাধনা" হায়বা বাহৈ অনি অসিদা চঙই।

১৪২। পৃকিদগী ধর্মবু থাইদোক্লু। ধর্ম অমসুং পুন্সিদি পুম চৎমিন্নগদবনি।

১৪৩। কনাগুম্বা ঈশ্বর ফংজনবা উপায়দি সাধুশিং, অনাবশিং অমদি অহল-লমনশিংবু সেবা তৌবা, শ্রদ্ধা কৈবা, সৎসঙ্গ তৌবা, নাম লোনবা, ধ্যান তৌবা অমদি আত্মা সমর্পন তৌবসিনি।

১৪৪। ঈশ্বরগী থৌদা ইল্লিবা মহাক অদুতন থঙই।

১৪৫। নংন অকবা অমসুং ধর্ম কৈবা ওইরবদি কনাগুম্বা অমত্তন নংবু মাঙহনবা ঙম্লোই।

১৪৬। মীওইবা পোকচরিবসি মমল লাইরবা লাইবক ফবনি মরমদি মীওইবতন, পুন্সি অসিমত্তদা ঈশ্বর ফংবা ঙমই।

১৪৭। ভাবপিবা হায়বসি ঈশ্বরগী লম্বীনি। প্রেম হায়বসি ঈশ্বরগী নামনি। সাধুগী থপোইদি ঈশ্বরগী মন্দিরনি।

১৪৮। ঈশ্বরগী ভক্ত অমদা অকিবা হায়বসি লৈতে মরমদি সংসার পুম্নমক অসি মহাক্না মাগী ফুংশিজরবা মবুংঙো অদুগী কোংদোকপা মূর্ত্তিনি।

১৪৯। বাখল থুদিংমক প্রেমগী-শাগৈ অচৌবা পুকচেলগী ওইগদবনি।

১৫০। ঈশ্বরবু ফংশিবা অমসুং মীওইবগী সেবা হায়বসি অচুম্বা পুন্সি অমগী অরোনবা তত্ত্ব অত্তনি।

১৫১। নাম সঙ্কীর্ত্তণ অমসুং নাম জপ হায়বসি যুগ অসিদা ঈশ্বর ফংনবগী খবাইদগী লায়রবা লম্বীনি।

১৫২। ঈশ্বর হায়বসিদি অংঙ্গনি অদুবু মাগী তোঙান তোঙানবা মওং অমসুং মগুণ লৈ।

১৫৩। জপ তৌব, কীর্ত্তন তৌব, প্রার্থনা অমসুং ধ্যান তৌবন নংবু য়ায় থুন ঈশ্বরগী মনাক য়ৌহনগনি।

১৫৪। অশেংবমক্তি পাপ হায়ব অম লৈতে। পাপ হায়নরিবসিদি অয়ানববুনি।

১৫৫। আত্মা জ্ঞান হায়বসি অনৌব তানগদব অম নত্তে। মসি হায়রন মহুৎদ লৈব কাউথোকখ্রব লনগী অহু অমুক পুথোকপনি।

১৫৬। অপাম্ব হায়বসিন অৱা-অনা পুম্নমক্কী মরূনি। শান্তি, ভক্তি, জ্ঞান অমসুং ধ্যানগী য়েক্রব অপাম্ব হায়বসি হাত্তোকউ।

১৫৭। বেদান্তন কনাগুম্ব অমত্তবু মাগী ধর্ম্ম থাদোকউ হায়দে। বেদান্ত চৎপন মী অমবু পূম্নিগী অপাকপ মিংয়েং অমসুং অনৌব মঙান পী।

১৫৮। সংসারিক অমনা ঈশ্বরবু তাথী। ভক্ত অমন সংসারিকপু তাথী।

১৫৯। ধর্ম্ম হায়বসি ঈশ্বরগী নিয়মনি। ধর্ম্ম চৎলিব মহাক অহু লেপ্পনক থৌজাল্লবনি।

১৬০। আত্মা জ্ঞান বিকাস তৌরবা কনাগুম্ব অমদ অত্তোনব পুক্লিং হায়বসি অমুক লৈত্রে।

"তত্ত্বমসি" "নংদি মহুনি, হায়বসি বেদান্তগী অরোইব ৱাহৈনি।

১৬২। ঈশ্বরগী নাম শোনবন সত্ত্বগুণ হেনগৎলি। নাম শোল্লিব অহুপকী মত্তিক সত্ত্বগুণ হেনগৎলি।

১৬৩। লেপ্তুন নাম শোনব হায়বসি অশাওব, মিহৌব, কল্লকপবু অম তৌদুন ঈশ্বর ফংনবগী খৱাইদগী লায়রব লম্বীনি।

১৬৪। ঈশ্বরদ অরেপ্প থাজব লৈব হায়বসি আধ্যাত্মিক জীবনগী য়ুমফমনি।

১৬৫। অমত্তা ভাররব ঈশ্বর অদু পুম্নমক্ক নৈ হায়রব থগউ। মীওইবগী অরা অনাগী রূপ লৌতুনা লাক্লিব মহাকপু সেবা তৌজনব খুদোংচাব অম পীবিরিবসিনু মহাক্কি।

১৬৬। অনাবশিংবু থৌজানবিচুনা চুংশিবিবগা লোয়নন, চেকশিন্না সেবা তৌবিয়ু।

১৬৭। থৌরিন ওইব লিন অদু থঙনক্লব মতমদ অকিব কোক-পগুম অরা-অনা পুম্নমকসি ব্রহ্মজ্ঞান ফংলব মতমদ মাঙখিগনি।

১৬৮। মথল মথা অয়াব পোৎশিং অসিগী মমুংদ নৈরিব অমত্ত ওইব অদু উত্তরবদি মপান নাইদব চুঙ'ইব অদু ফংব ঙমই।

১৬৯। অকে-অমো হায়বসি শাস্তিগী য়েক্লবনি। মসিদি খুৎশেম্ন লায়রহনবনি।

১৭০। মশাগী মনীং তমজনবগী উপাই থিরিব মহাক অদু অশিংবনি।

১৭১। সত্য অমসুং প্রেম হায়বসি ঈশ্বর ফংনবগী লম্বীনি।

১৭২। ঈশ্বরগী থৌজাব্দি আত্ম-সমর্পন তৌজবগী ফলনি।

১৭৩। দর্শন হায়বসি মপুংফাব পূজি অমা ওইনবগী ফলা অঙনি।

১৭৪। অশেংব সংস্কৃতীদি আত্মা জ্ঞান ফংবসিনি।

১৭৫। ধর্ম্মন পূজি অমসুং পৃথিবীবু য়োকখৎলি।

১৭৬। বৈরাগ্য হায়বসি ব্রহ্ম জ্ঞানগী থোঙ্গালনি।

## (ঙ) লোম্ব নাইদব অদু হেক য়ৌবা লম্বী:

১৭৭। ফত্তববু থৌনা ফন মায়য়োক্নৌ। থবাইদগী ফব অদুগীদমক অকিব নৈতন লানথেংনৌ।

১৭৮। বিদ্যা হায়বসিগী উদ্দেশ্যদি মী অমগী মশাদ নৈরিব মহৌশাগী অকব হায়বদুবু ধর্ম্মগী পুনসি অমসুং আত্মা জ্ঞান ফংনবগীদমক চাওখৎহনবনি।

১৭৯। পুন্সি অসি মওং হোংই ভৌইগুমখুং শিবদি নাইদে।

১৮০। ধ্যান তৌব হায়বসি পুক্কিং অমসুং থবাইগী চিঙ্গাক্কি।

১৮১। আধ্যাত্মিকী থৌরাংব কাওরব মহাক অদুন শিব নাইত্রবা অমৃত থকনি।

১৮২। মায়া হায়বসিবু লৈত্রবদি থবক থুদিংমক ঈশ্বরন ভৌরবনি।

১৮৩। আত্মাদি পোকপ অমসুং শিব নাইদে। হকচাং অসি শাকই অমসুং চৎথি। মসি মায়াগী লিলানি।

১৮৪। নক্কঙবদগী ইন্দ্রিয় কাওরকই। ইন্দ্রিয়দগী অপাম্ব পোক্লকই।

১৮৫। হিংলিবসি শুংশিরিবনি। শুংশিরিবসি হিংলিবসিবুনি। শুংশিব হায়বসি পৃথিবী অসিদ থবাইদগী কল্লব শক্তিনি।

১৮৬। পুন্সিগী নিয়মদি শুংশিবনি।

১৮৭। প্রেমদি বৈকুণ্ঠগী থোঙ হাংদোক্লব শোঙৈনি।

১৮৮। অনাবগী সেবাদি থবাইদগী বাংব যোগনি। মসি অচৌব শেংদোকপ অমনি। মসিন কনাগুম্ববু ধর্মগী মী ওইহল্লি। অদুন নং সেবা তৌ। নরায়ন হায়ব ভাব অসিদ সেবা তৌ। পুক্কিংগী অচুম্ব কিরেপ্ত সেবা তৌ। সেবা হায়বসিন অমত্ত ওইহল্লি অমসুং অদ্বৈতাদর্শনগী "অমা" হায়বদুগী বাখল পোকহল্লি।

১৮৯। ঈশ্বরবু উঙ্গবদি মপান নাইদ্রব সংসারবু হাকথেংনন খঙবনি। পুকচেল অসিনবু শেংলবদি নহাক্ক কপ অমগী মহুৎদ গঙ্গা তুংরগ উগনি।

১৯০। ঈশ্বরদি অমঘদ ঙাল্লিব মঙাল অদুনি। মহাক্কি অশিবশিংগী মরক্ত হিংলিব অদুনি। তুকচ্চরবশিংগী মরক্ত মোমোন নোক্লিব প্রেম অদুনি।

১৯১। প্রেমদি শুংঙাইরব থম্মোইদগী পাথোরকপ অদুনি।

১৯২। লোম্ব নাইদব হায়বসি ব্রহ্ম নত্রগা পর্মাত্মাগী গুণনি। লোম্ব নাইদব অদুবু শেংন খঙজদুন অশিব হায়বদুবু জয় তৌ।

১৯৩। কত্তব হায়বসি পুন্সিদ থোকপ অপঙব নত্রপ অরানব থৌওংনি।

১৯৪। নংগী থবক পুন্নমক আধ্যাত্মিক ওইহল্লু অমসুং ঈশ্বরদ কংলু। অদু ওইরবদি পুন্নমক যোগ অমসুং ধ্যান ওইরগনি।

১৯৫। পুক্কি'ন পোৎশিংদ লৈরব কান্দপোৎ অদুগী মথা পোল্লি। করিগুম্বা পোৎ অমত্তদ লৈরবা কান্দ পুক্কিং অসি মনীং তমজরে।

১৯৬। পুক্কিংন করিগুম্বা অমত্ত পামজবদ অবাব হায়বদু অমুক লৈত্রে।

১৯৭। স্বার্থত্যাগী কর্ম অসিন ঈশ্বর কংনবগী থবাইদগী লায়রব লম্বীনি।

১৯৮। নংন খল্লিব বাখল অদুমক্ত নংগী তুংগী ফিবম ওই।

১৯৯। ধ্যান তৌ অমসুং মৌনি অদুদগী আশা, থৌনা, পান্দল অমসুং লৌশিং লৌথোরকউ।

২০০। থবক হায়বসিমক লাই খুরম্ব অমসুং ধ্যান তৌবনি।

২০১। সংসার অসিদি লায়না, অনাব, অবাব অমসুং অশিবনি। মসিনি মায়া হায়রিবদু।

২০২। থবাইদগী কব লাইশংদি নংগী থম্মোই মন্দির অদুনি।

২০৩। সন্ন্যাসি অমগী হৌগৎলকপদি অপগুববু মাঙহনব হায়বসিনি। লোম্ব নাইদব পুক্কিন সন্ন্যাসি অমগী অরোইবনি।

২০৪। সন্ন্যাসি অমগী অরোইবদি বিশ্ব প্রেমনি। সন্ন্যাসি অমগী থুদমদি সম-দৃষ্টি হায়বসিনি। চাং নাইন ধ্যান তৌব হায়বসি সন্ন্যাসি অমা ওইনবগী লম্বীনি।

২০৫। কনাগুম্বগী কনবগীদমক, পুন্নমক অসি ঈশ্বরন তৌরিব চাক্তনি।

২০৬। মায়পাকপ অমসুং মায়থীবদ পুক্কিং লাঙহনগদু। চাং যায়বগা অশোংব যোগ হায়বদুদি মসিনি।

২০৭। সংসার অসি অমত্তুনি অদুগ ঈশ্বরসু অমত্তুনি।

২০৮। অচুম্ব হায়বসি সংসার পুন্নমকী ওইব লোম্ব নাইদব অমথক্তংনি।

২০৯। অপাম্ব হায়বসি শান্তিগী য়েক্লবনি। মসিন জ্ঞানবু মরু কংন মাঙহল্লি অমস্তুং অপেনব নাইদে।

২১০। অরিকপ অমগী ফিদমদি "শেন তানশিল্লু অমস্তুং তুংশিল্লু" অকব মী অমগী ফিদমদি "শেন তানশিল্লু অমস্তুং লাইরবশিংদ য়েম্বোকউ" হায়বসিনি। মশাগীদ য়েংব মী অমগী ফিদমদি "শেন তানশিল্লু নশাগী অমদি ইমুং মরুংগীদমক শিজিন্নৌ" হায়বসিনি। পুক্চেল চাউব অমগীদি "শেন তানশিল্লু অমস্তুং শরুক যামিন্নৌ" হায়বসিনি। শেন্দোম চাব অমগীদি "তানশিল্লু অমস্তুং শান্দোকউ" হায়বসিনি। জুবারি অমগীদি "শেন তানশিল্লু অমস্তুং মাঙহল্লু" হায়বসিনি। সাধু অমগী ফিদমদি "লন হায়বসি কায়দবনি" হায়বসিনি।

২১১। তুমিন্ন লৈয়ু। কন্মু অমস্তুং প্রার্থনা তৌ। নংন অবাব তারবদ হুংগী খোঞ্জেন অহুন নংবু লমজিংবিগনি।

২১২। মুক্তি হায়বসি নঙোন্দ মপান্দগী লাক্তদব অম নত্তে। মসি নং নশাদত লৈরবনি।

২১৩। সাধু অমবু থঙব হায়বসি সাধু অম ওইবনি।

২১৪। অচুম্ব হায়বসিদ আত্ম-সংযম, যিহৌদব, ভাকপিহৈব, থাঙব কনব, থৌজাল হৈব অমস্তুং প্রেমনচিংবসি য়াওরবনি।

২১৫। ঐন তৌরিবনি হায়ব ভাব অসিদ শায়গম্ন। পূর্ণমক ঈশ্বরন তৌরিবনি নংন তৌব নত্তে হায়বসিদ চেৎন থাজো। নংবু থবক অহুন থুহুম চনব ঙম্লোই।

২১৬। ঈশ্বরগী অশেংব নাম অমদি ইবুংঙো মাগী ভক্তিদ চঙজব নত্তন মায়াদগী নাহোক্লব উপাই অমত্ত লৈত্তে।

২১৭। পুক্নিংগী শান্তি হায়বসি ঈশ্বরদ চঙবগী মহৈনি।

২১৮। অতোপ্পবু হুংঙাইহনব হায়বসি ধর্ম্মনি। মসিন হুঙাইহল্লিব

অহুবুস্থু হুণ্ডাইহল্লি। অতোপ্পবু বাহনব হায়বসি পাপনি। মহুন বাহল্লিব অহুবুস্থু বাহল্লি।

২১৯। ঈশ্বরগী নাম শোনব হায়বসি খবাইদগী কব মওংগী লাইনিংনি।

২২০। ঈশ্বরগী নামদি ইচম চম মযেক পুনশিনব ঝাহৈ অম নত্তে। মসিবু শোক্সবদ লোত্তুন লৈব শক্তি অমন ভক্তবু ঈশ্বরগী নাক্ত অরেপ্প লৈতন চিংশিল্লি।

২২১। ঈশ্বর ফংনবগী অমত্ত ডায়রব লম্বীদি মহাক্কী জীবশিং অসিদ লৈরিব মহাকপু উব অমসুং মথোয়গ অমত্ত ওইবসিনি। হায়রিবসি পুম্নমক অসিগী সেবা তৌবতন ওইব ডমই।

২২২। আধ্যাত্মিক্কী মক্ত অসিদি কনাগুম্বন নহা ওইরিবৈদগী হৌন হুনগদবনি। মহুন লুন মরা তাব অমদি মতৈ মরোং চুম্ব হেল্লি।

২২৩। ইন্দ্রিগী পোৎশিংদ পুক্নিং লুপ্পসি ঈশ্বরগী নাম শোক্সবন কোক-হনব ডমই।

## (৬) লম্বী অদুক মঙাল

২২৪। নাম শোনব হায়বসি খবাইদগী বাংব যোগনি। মসিন খবাইদগী চাউব কল ফংহল্লি।

২২৫। কলি যুগ অসিদ করিগুম্ব অমতন পাঙথোকপ ডমদব অদু ঈশ্বরগী নামতন পাঙথোকপ ডমই।

২২৬। ঈশ্বরদ শ্রদ্ধ লৈরবদ নংন পাঙথোকপ ডগ্রোইদব করিগুম্ব অমত লৈত্তে। নহাক্কী নপুরোইবদি ঈশ্বরদনি।

২২৭। ধর্ম্মদ যুক্সম ওইরবদি পৃস্নি অসি কক্সে অমসুং নুংঙাই।

২২৮। নংগী নবুক্লিংগ মরুপ ওইয়ু অদু ওইরবদি নহাক পুম্নমক মরুপ ওইরবনি।

২২৯। অরাব থাঙনব অমস্তুং ওইজব থাদোক্লব থৌনা লৈয়ু। অরাঅন হায়বসিদি চাওখৎনবগী পোৎচঙনি।

২৩০। পুন্সি অসিদগী নাম্মোকপন করিম্নু ওইরোই। দরকার লৈরিবদি শংসারিক ওইবসিদগী নাম্মোকপত্নুনি।

২৩১। "তত্ত্বমসি" "নংদি মতুনি" হায়ব অচৌব বাহৈ পরেং অসি বেদান্তগী ডমথৈনি।

২৩২। রাথলগী ফিরেপ অম নাইন চৎলিব কনাগুম্বগী পুন্সি অদু মুঙাইব, হরাওব অমস্তুং শান্তি ওইবনি। ফিদমগী মী অম ওইয়ু।

২৩৩। আধ্যাত্মিকী ওইব পুন্সি অমগীদমক গুরু অমদি ঈশ্বরগী থৌজাল দরকার লৈ।

২৩৪। মী পুম্নমক অসি ডন্ন ওইরবস্থু থেডন ওইরবস্থু সন্যাসি ওইরকদব ডাক্তনি।

২৩৫। মতম হায়বদি পুন্সিনি। মতম চ'য়বসি থৱাইদগী মমল য়াম্বনি। ফত্তুন শাজিন্নথ্রব মতমদি অরেম্বদ মাঙহনথ্রব পুন্সিনি। মতমবু থৱাইদগী ফদদ শাজিম্নৌ।

২৩৬। মুংশিব হায়বসি মরুপ ওইব পুম্নমক্কী মিমনি।

২৩৭। ধ্যান হায়বসি জ্ঞানগী শোজৈনি।

২৩৮। অশেংব শিক্ষাদি থম্মোইগী ওইগদবনি।

২৩৯। আত্মা-সংযম হায়বসি পাঙ্গলনি। পুক্নিংগী মথাপোনব হায়বসি অশেংনবনি।

২৪০। পুক্নিং অম্ন তৌররদি মায়পাক্লব পুন্সিনি।

২৪১। মায়া লৈত্রব মফম অদুদ থৌজাল অমস্তুং লোম্ব নাইদবদু লৈরবনি।

২৪২। লাইরবগী সেবা তৌব হায়বসিন দৈব্য-জীবনগী থুদমনি। অচুম্বা ভক্তনা অতোপ্পবু মুঙাইহল্লি।

২৪৩। অরা-অনা তারব মীগী সেবা হায়বসি ধর্ম্মগী মরুনি।

২৪৪। অরাব মুঙাইব হায়বসি পোৎ অদুদা লৈব নত্তে, পুক্লিংগী ফিবমদা লৈরে।

২৪৫। মীওইব হায়বসি ইন্দ্রিয়শিংগ মরি লৈনন হাকথেংনদুনা কংলকপা জ্ঞানগী মওং অদুগী মথা পোল্লি।

২৪৬। ত্যাগ হায়বসিদন কনাগুম্বা অমবু অকিব লৈতবা অমদি মুঙাই-হনবা ঙমই।

২৪৭। মায়া হায়বসি মাঙহল্লক্লিবা মথৈ মী অমনা মাগী পুন্সিগী চৌরককম অদুদা নত্রগ ব্রহ্মদ নকশিল্লি। মী অমসুং ঈশ্বরগী মরক্তা মায়া হায়বসিদন পন ওই।

২৪৮। পুন্সি অমত্তা অরা-অনাদগী মনীংতম্বা লৈতে। ঈশ্বরগী নাম অমসুং থৌজালগ লোয়ননা থৌনা ফন মথোয়বু মাযোক্নৌ।

২৪৯। নংদি ঈশ্বরগী অচুম্বা হায়বদুনি, ঈশ্বরগী থবক্তি অমসুং ঈশ্বরগী অনীংবদুনি।

২৫০। পুক্লিং অসিবু হাক্তোকউ অমসুং নংন ওইব "মদু" ওইয়ু।

২৫১। ধর্ম্মগী নিয়মশিং অসি খেন্নৈ তৌইগুম্বসু ঈশ্বরদি অমত্তনি।

২৫২। অচুম্বা হায়বসি থরাইদগী ফব মরুপনি। অহিংসা হায়বসিন থরাইদগী পুকচেল চাওব ধর্ম্মনি।

২৫৩। পৃথিবীসিদি অপাম্বা, লায়না, লাইরব অমসুং অপঙবগী মফমনি।

২৫৪। তশেংবমক প্রেম য়াওবা পুন্সি অমত্তা লৈতে। প্রেম লৈব মফম অদুদা শান্তি, ঈশ্বর অমসুং অশেংব ধর্ম্ম হায়বদু লৈ।

২৫৫। সুংশিবদি মায়থীব নৈতে। সুংশিব হায়বসিন ফত্তব পুম্নমক লায়েংগদবনি।

২৫৬। ফত্তব উদনবগীদমক নবিৎ থুন থুমজিল্লু।

২৫৭। অশেংব বিবাহদি যোগ অমদি ধ্যানগী উপাইন জীবত্মা অমসুং পরমাত্মাগী তিম্নব অহুনি।

২৫৮। ধ্যানন পূর্ন্নি অসি ইনৌ-নৌহনগনি অমদি চিং লাওনা তত্তন হুণ্ডাইহনগনি। নহাকপু ইনৌ নৌনা পোকপিগনি।

২৫৯। ইবুঙো মাগী নাম শকশোন্দুন নংন ইরাই লায়ন ঈশ্বর ফংব য়াই।

২৬০। ঈশ্বরন নংচোন্দ সুংশিব খোঞ্জেন অমসুং ঈশৈগী লৌশিং পীবিরে। শকউ অহুগ অচৌকপদ ইবুঙো মাগ উনৌ। মসি অরাইব যোগনি।

২৬১। মুক্তি হায়বসি অনৌব তানগদব অম নত্তে। আত্মাগী লোম্ব নাইদ্রব ফিবম অহু অমুক হন্ন ফংজবনি।

২৬২। অপঙবগী ফত্তব লৌথোকপ হায়বদিন অত্মা-জ্ঞান ফংবদ লমজিংই।

২৬৩। ভক্ত অমদ নীংব কায়ব হায়বহুগী মকম নৈতে।

২৬৪। ঈশ্বরন নংগী থবক্ত য়েংদে, মানা নংগী পুক্কিং, মাথল অমসুং নংগী ভাবনচিংবহু য়েংই।

২৬৫। মায়ানা অচুম্বহু লোৎশিল্লি অহুগ অরানবহু পুথোকই।

২৬৬। আত্মা-সমর্পণ তৌনবগী লম্বীদ অপাম্ব অমসুং অপঙব হায়বসিনা অপনব পী। মখোয়বু মরু ফংন মাঙহল্লু।

২৬৭। সাধনা হায়বসিন উপাইনি। চাওখৎপা হায়বসিন মহৈনি। আত্মা জ্ঞাণ হায়বসিন লমথুংফমহুনি।

২৬৮। পুন্সি অসি থোঙচৎ অমনি। নংগী পুন্সি থোঙচৎ অসি মপুং ফাংলু। ঈশ্বরবু ফংজবন থোঙচৎ অসিগী উদ্দেশ্যনি।

২৬৯। ইবুঙো মহাকী নামন মিকপ থোকহল্লি, শেংহল্লি অমসুং চালহনবি।

২৭০। নশামকপু থঙব হায়বসিমক ঈশ্বরবু থঙবনি। নংন থঙলক্লিব অদুপকী মথৈ নংগী মীয়ুংশি হেনগৎলক্কনি।

২৭১। পুকচেল্লবু শেংলবদি মুক্তি হায়বদুদি থুবাক্ত লৈরবনি।

২৭২। শ্রদ্ধা লৈরব মহাক অদুদি পুম্নমক লৈরবনি। শ্রদ্ধা লৈত্রবদা পুম্নমক অরেম্বনি। অচেৎপ থাজব হায়বসি পুন্সিনি। চিংনব হায়বসিদি অশিবনি।

## (ছ) অকনবী পাওজেল

২৭৩। মহাক্ত ঈশ্বরদা হেন্না হেন্না চঙশিল্লবদি থাদোকপ হায়বদুদি মতোমত লাকচগনি। মুক্তিগী তৌব সাধনান পুক্নিংগী পাঞ্জল অমসুং শান্তি পী।

২৭৪। সাধনাদা তোঙান তোঙানব থাক লৈ, তৌইগুম্বসুং ব্রহ্ম-জ্ঞানদদি চাং হায়ব অম অমুক লৈত্রে।

২৭৫। আত্মা-জ্ঞান ফংব হায়বসি চুম্নগী কনাগুম্বগী মশাদুমক ওইজবতনি। অতোপ্পা অমবু থঙলুব নত্তে।

২৭৬। ঈশ্বর হায়বসি লোম্ব নাইদব পুন্সিগী চানব ওলনি।

২৭৭। ধর্ম্ম পুম্নমকী অমত্ত ওইব উদ্দেশ্যদি ঈশ্বরবু ফংজবসিনি।

২৭৮। কনাগুম্বন ঈশ্বর লৈ হায়বসি চিংনব মাই, অদুবু মহাক্ত মশামক লৈ হায়বসিদি চিংনদে।

২৭৯। অচুম্ব নত্রগ নহাক নশামকী হৌরকফম অদু পুথোকউ। অদু ওইরবদি নংন পুম্নমক থঙলগনি।

২৮০। নংন মপান নাইত্রব ব্রহ্মজ্ঞান অদু ফংবদ নডোন্দ করিগুম্ব সমস্যা অমত লৈররোই। নংগী হংজনব ম্বাহং অমত্ত লৈররোই।

২৮১। পুন্সি অসি ঈশৈন্নি। মসি শকউ, পুন্সি অসি লমশাং চৎপ অমনি। মসি চথোকউ, পুন্সি অসি খুদোং চাব অমনি। মসি শীঙ্গিজ্রৌ। পুন্সি অসি মঙ অমনি। মসি থঙঙ্।

২৮২। "ঐ" অমসুং "ঐগী" হায়বসি অপঙবনি। "নং অমসুং "নংগী" হায়বসি জ্ঞাননি।

২৮৩। নংন উরিব থুদিংমকসি ঈশ্বর মশামক্তি থঙঙ্।

২৮৪। অচুম্ব ধর্ম্মদি সংসার অপূম্ববু অমত্ত চায়রব ইবুংঙো মহাক ওইন উবসিনি।

২৮৫। আধ্যাত্মিক উন্নতিদ মরু ওইরিবদি মহুং শেংব অমসুং থম্মোইবু চামথোকপ হায়বসিনি।

২৮৬। থবক হায়বসি লাইথুরম্বনি। থবক হায়বসি সাধক অমগীদি যোগনি।

২৮৭। পুক্সিং হায়বসিদ মতেং অমত্ত পীরুগনু।

২৮৮। লন পুম্বনকী শ্বাইদগী ফবদি জ্ঞাননি। ফংবদগী কান্নবদি হকচাং ফবনি। মুংঙাইব পূম্বদগী অহেনবদি অপেনব হায়বসিনি।

২৮৯। সমাধি হায়বসি অরোইবদা ফংগদবনি। ওইজবা থাদোকপ কর্ম্মন সমাধি ফংনবগী মরুনি।

২৯০। ধ্যান হায়বসি মপান নাইত্রব ব্রহ্মজ্ঞানগী থোঙ্গালনি।

২৯১। ঐ অমসুং ঐগী হায়বসি মুথংপবু সন্যাসি কৌই।

২৯২। আত্মাবু পুক্সিং অমসুং হকচাং ওইন তাকন্নু।

২৯৩। অচুম্বন নংবু কনবিগনি। অচুম্বন নংবু ননিং তমহনগনি। অশেংবদি অচুম্ব হায়বসিদনি। অচুম্ব অদুন নংবু লমজিংবিব অমসুং তাকপীব ওইসনু।

২৯৪। নং নশামক মপুং ফাব হকচাংকব, পাকল কনব, থোনা লৈব অমসুং অকব অতুপী সমুদ্রনি হায়বসি খঙউ। নংগী নপুক্কিং অতু বাখল অসিদা লেপ্পুন লৈহল্লু।

২৯৫। নমাগী য়াথং ইল্লু। নহাক মঙ্গল ওইগনি অমসুং হুংঙাইগনি।

২৯৬। ইশাবু থুগাইদুন য়েংলব পুন্সিদি আত্মা জ্ঞানদ চঙশিন্নক্লব পুন্সিনি।

২৯৭। ধর্ম অমসুং পুন্সি থাইদোক্লব য়াদে।

২৯৮। পরমাত্মান য়রম ওইদুন মশাবু মশক তাকপ কাউথোকপসি থবাইদগী চাউব পাপনি।

২৯৯। হকচাং অসিবু আত্মানি হায়ব, সংসার অসিবু অশেংবনি থাজব অসি পাপনি।

৩০০। নংদি পাপকী মথক্ত লৈবনি। নংদি ভক্তনি। নংদি ঈশ্বরগী থৌজালগ লোয়নরিবনি।

৩০১। পূক্কিংবু জয় তৌ। অশেংব দ্বিগবিজয়ী অমসুং সম্রাট ওইয়ু।

৩০২। অরেম্বদ মাঙহন্নব মতম অমুক লৈতে। জ্ঞানগী মৈরা পায়থংলু।

৩০৩। লায়না হায়বসি মশক ওহোকপ কৃপা অমনি। মসিদি ঈশ্বরগী পাও পুব অমনি। মসিন পোখাবদু পীরি।

৩০৪। মরুদদি নহাক অসি সত্যনি। নহাক্তি অনাব লৈতব, অশিব লৈতব আত্মাত্নি।

৩০৫। মায়াবু মুথৎপ হায়বসি মুক্তিনি। অপাব মুথৎপ হায়বসি মুক্তিনি। ঐ অমসুং ঐগী থাদোকপসি মুক্তিনি।

৩০৬। পৃথিবীদ দৈব্য জীবন অমা লৈব য়াই, তৌইগুবসুং মসিদি সংসার ওইবগী বাংমদনি।

৩০৭। নংদি লায়না পক্তব, শিব নাইবব, শিনব খুংন লৈব আত্মা নত্রগা থবাই অমুনি। মসি কাওনব হোৎনৌ। মসিদি থবাইদগী কব হিরাক্নি।

৩০৮। নোমুকপ, অচৰ অমসুং অচুব চৎলিব মী অহু অশেংবমক থোজান কংলবনি।

৩০৯। পূক্নিংগী লমচৎ হায়বসি অবাংব থাকী ধ্যান অমসুং জ্ঞান কংনবগী থোওথাকম সিড়ীমুনি।

৩১০। নংগী পূক্নি অসি চৎথোকউ। নংগী থম্মোই অসি শেংদোকউ।

৩১১। থকশি-খাশি নাইব হায়বসি আধ্যাত্মিক সাধনা অমনি। মসিন নংবু চুমথোকপি, পাজল কলহন্নি অমসুং মপুং ফাহন্নি।

৩১২। জ্ঞান অমসুং খওব হায়বসি মীওইবদ পীব ঈশ্বরগী থবাইদগী চাওব খুদোলনি।

৩১৩। ধ্যান ভৌব হায়বসিন হকচাংদ পাজল পি, পূক্নিংদ শান্তি কংহল্লি অহুগ জ্ঞান, লৌশিং, প্রেম অমসুং খওবগী থোও অহু হাংদোকই।

৩১৪। নংদি হায়ন ননীং ভয়বনি। নংম শুগ্গী অচুব অমসুং অওইবচুদং খওউ।

৩১৫। নং অসি মসুংদ মপান নাইত্রব পাজল চেনব, শিব নাইত্রব আত্মা অহুনি হায়বসি খওউ।

৩১৬। ঈশ্বরন নহাকপু অবাংব মরম অমগীদমক শেমশক্লবনি মহাকী অওকপ লম্বী অহু খওউ অমসুং জ্ঞান ওইযু।

৩১৭। পূক্নি হায়বসি মওালগী লমদম অচুদ চওনব, অমমবু তানব থোকচনব অচৌব খুদোংচাব অমনি।

৩১৮। ঈশ্বর হায়বসি পুম্নমক লৈরিব অমা হায়বচুনি, অহুগ অমা হায়বচুদ লৈরিব মরাম অহুমু মহাক্নি।

৩১৯। শেল, লৌ হিংগোল, যুম, লনথুম অমসুং সম্পত্তিশিংদ শাস্তি হায়বসি লৈতে। মপানর্গী পোৎশিংদ শান্তি হায়বসি লৈতে, তৌই-শুংমুং মহুংদ আত্ম নত্রগা থরাইদ লৈবনি।

৩২০। থবক হায়বসি তঙাইফদবনি মরমদি মসি নত্রবদি নহাক অসুম অসুম তামসিক ওইরকনি।

৩২১। ভক্তগী থম্মোইদ কাওরকপ শান্তিগী থাউন জ্ঞানগী থাংবৈ থাবৎলু। ইন্দ্রিগী অপায় লৈত্রব থম্মোইদ থাংবৈ অহু থম্মু।

৩২২। শিৎশিব অপায়-পাম্বদগী মুংশিং অসিদগী ননীং ভম লাপ্ন লৈয়ু।

৩২৩। ব্রহ্ম বিদ্য হায়বসিদি থবাইদগী অথোইব বিজ্ঞাননি।

৩২৪। অপায় হায়বসি মায়াগী মরুনি।

৩২৫। সংসার মায়াদ কাখিন পুনশিল্লিবশিং অসি ককথংনবগীদমক বৈরাগ্য হায়বসিদগী হেন্ন শক্তি লৈব থাঙ অম লৈত্রে।

৩২৬। পুক্লিং লাকশিন্নব অংদি লোয় নাইত্রব অহু ফংনবগীদমক ত্যাগ হায়বসিদগী হেনব সাধনা অমা লৈতে।

৩২৭। অচৎ, নোল্লুকপ অমসুং অচুম চৎপ মীহু লৈবাক মচা তাবনি।

৩২৮। নংগী নরৈ অহু বা ভাঙদব ভম্মু। নংগী নবুক্লিং অহু ঈশ্বরগী মরমদা থনব তম্মীয়ু। অশেংব অমসুং ভাকল্লীব হায়বসিদ নথম্মোই অহু তম্মীয়ু।

৩২৯। থম্মোই মন্দিরদ থাংবৈ অহু থাদৎলু। থাদৎলু, সত্য, প্রেম অমসুং জ্ঞানগী থাংবৈহু থাদৎলু।

৩৩০। শিব লৈত্রব পুন্সি অহুগী থোঙ হাংনব শোকৈদি ঈশ্বরগী নামসিনি।

৩৩১। ঈশ্বরীর ওইব হায়সি পুন্সিগী পান্নমনি।

৩৩২। নংগী রাংমদ অভোম্ন মেক্রব অমত লৈতে। নশাদ ওনশিল্লু, মুম্ন মেংউ।

৩৩৩। পোকপ, শিব অমসুং কর্ম্মগী মথুত্তগী লানথোকপ হায়বসি মুক্তি-নি। মুক্তি হায়বসি অপঙব অমসুং অপঙবগী লাংদগী নাথোকপনি।

৩৩৪। নহাক্কী আধ্যাত্মিক সংস্কারশব ওাক-শেল্লু। অচুম-অরানগী শক্তি, অচুম রাখল অমসুং সাধু সজন মথোয়বু চাওখৎহল্লু।

৩৩৫। ঈশ্বর হায়বসি অনাব পুম্নমক্কী অমত্ত ওায়রব ডাক্তরনি। মাবুদ থাজো।

৩৩৬। উপনিষদ হায়বসি পুন্সিগী দর্শননি। মসিদি থরাইগী মহৈনি। মসি অশিবদগী শিব-নাইদব অদুদ চৎননবা থাইনগী লম্বী অদু পুথোকপনি।

৩৩৭। লায়নাশিং অসি ঈশ্বরগী পাও পুরশিংনি হায়ব অচুমসি কাউগনু।

# (জ) লোংভুন লৈনব অচুমশিং পুথোকপ

৩৩৮। মীওইবগী পুন্সি শাংদোকহনবদ মুংশা ধ্বম্ন অসিন মরুওইব শরুক মাই। মরম অদুন চাং নাইন প্রণায়ম সাধণ তৌ।

৩৩৯। শউন অমসুং শরুমগী মিনব অপাম্বসি থাদোকউ। লুহোংবন আধ্যাত্মিক কনাবুম্নু কায়ব পীদে। মসিদি মায়াগী মীনম্বনি।

৩৪০। নংন মন্দিরদ লাইথুরুপ চংলি, অদুগ নংগী মমুংদ লৈরিব থম্মোই মন্দিরনসু কাউথোকনু।

৩৪১। সদাচার হায়বসি আধ্যাত্মিক চাওখৎনবগী যুম্বমনি।

৩৪২। নংগী থবাই অসি মপান নাইত্রব লনথৈ অবনি। মসিদ অঙক-অঙকপ লন থৈ। মচু থিযু অমসুং শীজিন্নৌ।

৩৪৩। ইশাগী ওইজবা থাদোকপ থবক, নোঙ্‌কপ অমদি শ্রদ্ধা হায়বসিগী থোক্তদ আধ্যাত্মিক ধর্ম্ম ফংব ঙমই।

৩৪৪। ঈশ্বরদি পুম্নমক্কী চৌরকক্ষমনি। ঈশ্বরগী অশান অথোইবনি। পুন্সি অসি ঈশ্বরবু ফংজনবগীদমক্কি।

৩৪৫। নংগী পুন্সি অমসুং থবক পুম্নমক ঈশ্বরগী ওইহল্লু। শান্তিগী-দমক নোন্নু।

৩৪৬। অশেংব, অওইবদি ঈশ্বরদনি। ঈশ্বরবু থজব হায়বসিন পুন্সিগী অশেংব থৌদাংনি।

৩৪৭। দৈব্য-জীবন হায়বসিন লায়না পুম্নমক কোকহল্লি। সংসার থাদোকউ।

৩৪৮। ঈশ্বরদি লম্বী অমসুং লমথুংকমতুনি।

৩৪৯। ঈশ্বর অমসুং থবাইদগী—ফব অনিসি অমত্তনি।

৩৫০। হাকথেংনন থঙলকপ মী অমগী জ্ঞানন থবাইদগী ফব ওঝানি।

৩৫১। অঙ্গা-অনান পুন্সিন্নু ঈনাক থুনহল্লি। মসি তুমিন্ন লৈব ওঝা অমনি। মসি মিৎ পাঙহনব অমদি মিকপ থোকহনব অমনি।

৩৫২। অতোপ্পগী সেবাগীদমক হিংউ। নং চুংশাইব অমা ওইরকনি।

৩৫৩। বেদান্ত হায়বসি বাথলগী নিয়ম অমনি, অচুগা হিংনবগী কলা অমসুনি।

৩৫৪। ধর্ম্ম হায়বসিদি অশেংব থম্মোইদ লৈবনি।

৩৫৫। কনাগুম্বন মশাবু শেংদোক্লকইবমথৈ ঈশ্বরদ অমুম অমুম নকশিল্লকনি।

৩৫৬। ধ্যান তৌদুনা সমাধি হায়বদু হাকথেংনন থঙউ। শোয়দনা লৈত্রব মঙালদি সমাধিগী মঙালসিনি।

৩৫৭। মতম পুমমক্ত নাম স্মরণ তৌ। বারম্বু। ঈশ্বরন নংগীদমক চেকশিনবিগনি। মহাক অসি পুম্নমক্কী কেন্দ্রনি অমসুং হৌরককমনি।

৩৫৮। পুন্সি অসি অরোই-অথম কৈত্রব চাংয়েংশিং অমসুং জ্ঞান ভাংনলকপশিং অচু নত্তন অতৈ কয়িস্কু নত্তে।

৩৫৯। ঈশ্বরগী ভক্তি কৈব হায়বসিন আধ্যাত্মিক পুম্নমক্কী মরনি। বিশ্ব-প্রেমগী থাউদৈ অচু চুথংদু অমসুং ঈশ্বরদা ভক্তি লৈয়ু। মহাক লৈনরিব মরী অচু খঙনবব মঙুংগী মিংথেং অচু লৈয়ু।

৩৬০। মখোল পুম্নমক ঈশ্বরগী থোক্লেলনি।

৩৬১। মোমোন নোকপ হায়বসি ঈশ্বর লোলনি।

৩৬২। মকম পুম্নমক্ত অমসুং পোং পুম্নমক্ত ঈশ্বরবু উব তমউ। অতুগ মহাক অচুবু খুরুমজৌ।

৩৬৩। নংগী সাধনা অচু সেবাদ যুক্তম ওইয়ু। মুংশিবিব হায়বসিমক সেবানি। সেবা তৌ। পুম্নমক নংন থাদেনগনি।

৩৬৪। ইশাগী ওইজব থাদোকপ থবক হায়বসি লাইরৈবাক চঙনবগী থোজালনি।

৩৬৫। শ্রদ্ধ হায়বসিন কনাগুম্ব অমবু মুক্তিগী থোঙদা য়ৌহল্লি। অত্তর জ্ঞানন মঙুং চঙহল্লি। আত্মা জ্ঞানন মাবু পোকপ অমসু' শিবদগী নাম্বোকহল্লি।

৩৬৬। নংগী পুন্সি অচু ঈশ্বরদ শিত্তৌ। নংন শেনহুল পীবগী দরকার লৈতে। ঈশ্বরন নংবু মপুং ফান ভাক শেনবিগনি।

৩৬৭। অত্তোপ্পগী সেবাগীদমক হিংউ। নং মুঙাইগনি।

৩৬৮। প্রার্থনা হায়বসিন নংগী মঙুংদ লৈরিব আত্মাবু মশা পালহল্লি।

৩৬৯। ভাকপিহৈব হায়বসিদি ধর্মগী মরনি। মসিন বিশ্ব প্রেম অমসুং জ্ঞানগী থোঙ অচুবু শো হাংদোকই।

৩৮১। ঈশ্বরবু উব হায়বগিদি ঈশ্বরহ্ ওইবনি।

৩৮২। খাজব হায়বগিন ঈশ্বরবু উনব ঙম্মি।

৩৮৩। নংগী হকচাং অসি ঈশ্বরগী অচৎপ লাইশংনি। মসিবু লেৎন, কম অমত্তি মশা কননবতে। খাবু হুতিগী খুকবু। মানা নংবু শুপ্পক পীগনি।

৩৮৪। তৈবাংগী তৈবি অসি লেং লেং লানব চাকছনগদবনি।

৩৮৫। পুক্নিংগী মতং অমত্তি শুধগী অপাম হায়বসিনি। অপামবু মুখৎপ হায়বসিদি মুক্তিনি।

৩৮৬। মুংগী আধ্যাত্মিকী লাম্দম থোরককব অমসুং শান্তিগী অরোনবা তম্ফম ঈশ্বরগী নাম অমসুং চাং নাইন খাম তৌবসিনি।

৩৮৭। অকুপ্পী মরোলি যৌন ওইবনি। লোম নাইরব শান্তি হায়বসিন অকুপ্পী পাম্বনি।

৩৮৮। অশেংব সংগমদি খারগী উপাইন মথক তৈশ্বর অথোইব অহুপ তিন্নবনি।

৩৮৯। অপাম অমসুং অপাওবদি শান্তিগী শক্তি তৈগরব থেক্রবনি।

৩৯০। অচৌবা পুম্নমক্কী অচৌব অকুপ নংগী থরোইবা ওংনি। হায়রিব অচৌব পুম্নমক্কী অচৌব অহুদি নং নখোয়ক্কী আত্মা অহুনি।

৩৯১। পুন্নি অসিদি আধ্যাত্মিকী মন্দিরগী চৎপ যাত্রিকনি।

৩৯২। আধ্যাত্মিকী লমদি অশেংব মতেং তাব তৈগরব লমনি। মসিদি অরোইবা অতাম নাইরবনি।

৩৯৩। নংগ অশেংবগী হায়বহ্ তৈশমরবদি পৃথিবীদ নহাক থাইবগী চানাকখুনবনি।

৩৯৪। খাতেং কনব হায়বসি অশোনবনত্তে। মসিদি অহুপ ভাগিরাব পাম্লনি। খাতেং হায়বসি শান্তিগী থবাইনি।

৩৯৫। সংসার সমুদ্র অসি লাম্নবা সংসঙ্গ মাম্নব হি অমা কৈব্রে।

৩৯৬। পুং অমা ধ্যান তৌবনা চহি তরা তপদগী হৌরি।

৩৯৭। ধ্যান হায়বসি পুক্নিংগী থবাক্তুদগী চাউব পোৎচবনি। মসিদি পুক্নিং অমন্থং থবাইগী আধ্যাত্মিক অহারনি।

৩৯৮। খোমা হায়বসি আত্মাগী লোয়নবনি।
থোনা হায়বসি আত্মাগী খোয়েলনি।

৩৯৯। অপাম হায়বসি অপওবগী মচানশীনি।

৪০০। পুকচেল চাউব থমোইদি শান্তি অমন্থং কৃপা হায়বদুগী লৈকমনি।

৪০১। চাং নাইন ধ্যান তৌবদি শিব নাইমব অদুগী লমীনি।

৪০২। কনাগুম্বন ঈশ্বর কংদ্রিবা কাওবা পোথাব ওমদে।

৪০৩। পৃথিবীদ পোৎকী লন অসিদি মতম থরাদগীনি।

৪০৪। আধ্যাত্মিকী লন অসিন অশেংবা লননি। মসিদি লোম নাইদবনি। মসিবু দাকু অমত্তন মুনব ঙমদে।

৪০৫। থবাইদগী কত্তবদু থৌনা কন মামোক্লো।
থবাইদগী কবদুগীদমক অকিব লৈতনা লানথেংনো।

৪০৬। সংসারদ লৈরিব থুদিংমক অকব মরম অমমম লৈ। পামহনব পুন্নমক নংগী থৌনাগী চাংক্লেং ওাক্তনি।

৪০৭। ঈশ্বরগী লোনদ নশাবু সাধনা তৌ। মৌন হায়বসি মাগী লোননি।

৪০৮। ঈশ্বরগী কৃপাদি ইশান চঙ্জবগী মথৈনি।

৪০৯। ধর্ম পুন্নমকী মন্থংদ পুকচেল চাউব হায়বসি থবাইদগী অতাকমনি। পুকচেল চাউবদি থৌজাম থম্নব নংগী লৈতেংনি।

৪১০। হকচাং কৎনবগীদমক্ত ইঞ্জেকসন কাপ্প, পাওদর চাব, তেব্লেট চাব অমদি মিকচর থকপদগী পুক্লিং-হুংঙাইন লৈবসিন হেন্না ফজৈ।

৪১১। পুক্লিং হায়বাস আত্মাগী মনি হুয়ানবনি। অচুম-অয়ান খনদোকপ বিচারগী ভেম্ন মসিমু হাত্তোকদবনি।

৪১২। থাও য়াওদ্রবদি থাউমৈ ডান্দবগুম কনাগুম অমত্তন ঈশ্বর য়াওদন হিংব ঙমদে।

৪১৩। সমাধি হায়বসি জ্ঞান মাতৌব নত্তে মসিদি মীগী থবাইদ ব্রহ্ম-জ্ঞান খোংনজুন থর.ইদগী জ্ঞান ভান লৈবতুনি।

৪১৪। নংগী নশাগী মচেৎ থুদিংমক লেংদোকউ।

৪১৫। সংসার অসি পাক-চাওরব বিশ্ববিদ্যালয় অমনি। অবা-অনা হায়বসিন মসিগী বা ভাঙদব প্রোফেসারনি।

৪১৬। ধ্যান তৌ, হুংগী খোজেম নংমু লমজিংবিগনি অমসুং মথংগী খোঙথাকম উংপিরকনি।

৪১৭। সাধুশিংগী খোজ্ল লীচুন চৎলু।
সাধুশিংগ মরূপ শাম্নৌ।

৪১৮। নংগী নয়ান অমসুং অশোনবশিংত্থ নশান য়াজৌ।

৪১৯। ঈশ্বর হায়বসি যোগ সাধন পুম্নমকী লমথুংকমনি।
ঈশ্বরগী নামদি সত্যনি।

৪২০। পুন্সি অমসুং প্রেম অনিসি থাইদোক্লব য়াদে। হুংশিব হায়বসিমক সেবানি।

৪২১। প্রেম লৈব মকমদ ঈশ্বর লৈ। প্রেমদি পুম্নমক্ক অমত্ত ওইবনি।
জ্ঞানিশিংন অশিবমু উদে, অনাবমু উদে, করিগুম মথলগী অয়াব অমত্ত উদে। মহাক্ন মকম পুম্নমক্ত শিব নাইদব আত্মা অতুত্তমক উই।

৪২৩। পুস্তি অসি অচৌব অহকপ অমনি। পুস্তি অসি মপান নাইত্রব মতমগী সমুদ্রদ হোনব হিনি।

৪২৪। মীনম্ব রাখল পুম্নমক থাদোকউ। নপুক্লিং পুম্নমক ঈশ্বরদ ওনশিল্লু। নহাক মতম কুইনগী শান্তি ফংগনি।

৪২৫। পুম্নমক্ত থোঞ্জান হৈয়ু। ঊকাম্নব থ'ঙউ। কাউথোকপিয়ু অমস্তুং ঙাকপিয়ু। মসিন নঙোন্দ মপান নাইত্রব পাঙল অমস্তুং শান্তি পীরক্কনি। অপেনব হায়বসি মঙেং তাদ্রব লননি।

৪২৬। ইন্দ্রিশিংবু থাজক্লগস্থ।

৪২৭। থবক হায়বসিদি আত্মা শুদ্ধ ওইনব অমদি অচৌব ওইনব শোৈজনি।

৪২৮। লৈরিব পুম্নমক অসি নশামক্লি থল্লু। নংন অমত্ত ওইবত্তু খঙলক্কনি।

৪২৯। তোঙাম্ন থাইদোক্লব হায়বসি পুক্লিংগী মায়ানি। অশেংব শক্তি পুম্নমক অসি অমত্তনি।

৪৩০। নশামকপু জীব পুম্নমক মান্নন থল্লু অমস্তুং অমত্ত ওইবত্র খঙউ।

৪৩১। বাহৈ খুদিংমক য়েংউ। বাহৈগী মরুমদ রাখল অমমম লৈবনি।

৪৩২। নোল্লুকপা মীসি অশেংব অচৌবনি।

৪৩৩। সংসার অসিদ অয়া-না তাদব, লায়না লৈতব মী অমত্ত লৈতে। জ্ঞান তাও।

৪৩৪। ধ্যান তৌ "ঐদি শিব নাইদব আত্মাজনি"। অশিংব হায়বত্র মসিগুনি।

৪৩৫। ধ্যান হায়বসি শক্তিগী হৌরককমনি। মসিদি জ্ঞান অমস্তুং অুঙাইবগী লম্বীনি।

## (এ) অচুম্বগী মঙ্গাল

৪৩৬। কনাগুম্ব অমম্ব ঈশ্বরগী কৃপা লাক্নবদি কর্ম্মগী ফলন মঙোন্দ পুনব ঙমদে।

৪৩৭। ঈশ্বরগী মখিং লিখিং অমনি অদুবু মহাক্কি খিং-নাইদবসু ওই।

৪৩৮। শ্রদ্ধা হায়বসি হুংদ লৈরিব ঈশ্বরগী থওব হায়ব জ্ঞান অদুনি।

৪৩৯। প্রার্থনাদি ঈশ্বরগ বারী শানবনি। মসিদি ঈশ্বরগ পাও চংনবনি।

৪৪০। মীন তাথি-বা ঙাওবদ পুক্নিং চঙলুগনু। সংসার অসিদ সত্বগুণগী মী মায় তাঙগনি।

৪৪১। অপাম্বন বাখল পোকহল্লি অমসুং বাখলন থবক ওইহল্লকই।

৪৪২। নংগী পুক্নি-চুম্ন অসি মীওইবগী সেবাদ লেনব পুক্নি অমা ওইহনগদবনি।

## ২। বাখলগী শক্তি

৪৪৩। অফব ওইরবসু, ফত্তব ওইরবসু বাখল অসি কনাগুম্বগী পুক্নিংদ চঙব মতমদ, পুক্নিং আকাশদ পাক চাউন মায়কৈ মরীদ শন্দোকই।

৪৪৪। ইথর কৌব মচাক অতিয়া থম্ন লৈবগুম পুক্নিংগী মচাক অতিয়া থম্ন লৈ অমসুং মদুদ পুক্নিংগী শাদোং ওই।

৪৪৫। পুক্নিং হায়বসিসু ইলেকত্রিকুম করেন্ট লৈ।

৪৪৬। অচুম্ব বাখলগী মীন মায় খোনা ফন বা ঙাডই অমসুং অতাবা মীশিংগী মপুক্নিংদ মেক্কুন মখি তাংল্লি।

৪৪৭। অচুম্ব বাখলন মী লিনিং লিনিং পুবা ঙমই।

৪৪৮। ব্রেদ ময়াদগী অচুম্ব বাখলন চেম্ন থোই।

৪৪৯। বাখলগী কলচর হায়বসিমক অশেংব অচুম্ব বিজ্ঞান অমনি।

৪৫০। পুম্নমক্কী মথক্ত পৃথিবী অসিবু করিনো? মসি হিরণ্যগর্ভ নত্রগা ঈশ্বরগী বাখল অদু পোং ওইন কোংখোকপ নত্তন অতৈ করিসু নত্তে।

৪৫১। জ্ঞানদেব, জারস্তিহারি অমসুং পটাঞ্জলিনচিংব অচৌব যোগী-শিংনা অথাপ্পদ লৈব মীশিংদ পুক্নিংগী রেডিওদা পাও থাদোক থাজিন তৌই।

৪৫২। নংগী বাখল অহুন পুৰচেল চাউব, অশেংব অমসুং শক্তি চব ওইরবদি মখোয় অহু অশেংব পুক্নিং খুদিংদ পাউ ওইন কাওই।

৪৫৩। মী খুদিংগী অময় অময় শকতম অমদি খোঙ্জেল মায়দবগুম মী খুদিংগী বাখল অমসুং থওবগী মওং খেয়ে। মরূপ মপাংশিংগী মরক্ত ইয়াই লাইন খঙনদব থোরকইবসি মরম অসিদগীনি।

৪৫৪। অপাম, তুংচ্চব, মিহৌব অমসুং ওইজব থিব বাখলশিং অসিন পুক্নিংদ অপনব পোকহল্লি, অহুন পুক্নিংগী জ্ঞান্দ লৈচিন থাংব, কাউগনব অমসুং চংয়বনচিংব থোকহল্লি।

৪৫৫। নংগী মাথাদ কায়দব পাউশিং লৈশিনগম্‌হু। পুক্নিং চঙদব ওন্‌হু। নঙোন্দ কায়দবশিং অহু থঙদব ওন্‌হু। মতুংদ নংগী বাখল অহু লৈব্য-জ্ঞান থলহনব ঙমগনি। নহাক অনৌব পুক্নিংগী থৌনা ফংগনি অমসুং চাইথোবক্লিব পুক্নিংগী মঙালশিং অহু পুনশিল্লকনি।

৪৫৬। পৃথিবীদ বাখল হায়বসি থবাইদগী পাঙ্গল কনবনি। বাখল হায়বসি যেংগীগী মশাদ য়াওব থবাইদগী শক্তি লৈরব থুংলাইনি। হেংদোক-হোংজিন তৌরিব, নৌহল্লিব অমসুং শাগৎপশিং অসি শেমগৎ শাগৎপ বাখলননি।

৪৫৭। বাখল হায়বসি লৈশেমচেংগী অহানব শক্তিনি অমসুং শৃষ্টি অসিগী মরুমদ লৈরিবসু মসিনি।

৪৫৮। রেজিয়ম হায়বসি অতাওব পোৎ অমনি। মপুক্নিং পুমমক লাকশিল্লব যোগীসু পৃথিবী অসিদ রজিয়মগুম অতওবনি।

৪৫৯। বাখল খুদিংমক অসিগী অরুম, মওং, অচৌ-পিশক, মচু, চাং অমসুং শক্তি লৈ। যোগী অমনা মাগী যোগগী মিৎন বাখলশিং অসি চপ চান উব ঙমই।

৪৬০। বাখলশিং অসি পোৎকুমনি। নংনা কমলা অমা মরূপ অমদ পীব অমসুং অমূক লৌশিনবগুম নংন য়ামব শক্তি লৈব বাখল অমা নংগী মরূপ অমদ পীব অমসুং অমূক লৌশিনব ঙমই।

৪৬১। মমিং অমবু লৈরবদি মওং অমম্তুং বাখল লৈরে।

৪৬২। বাখল হায়বসি মী অমদগী মী অমদ লোৌনৈ।

৪৬৩। মী অমবু বাখলন পুল্লি।

৪৬৪। পুক্লিং হায়বসি ইন্দ্রিশিংগী নিংথৌনি।

৪৬৫। পৃথিবীদ লৈরিব পোৎশিং অসি অমগ অমগ মরি লৈনদে। মথোমবু মরি লৈনহল্লিব অমম্তুং পুনশিনহল্লিংদি সুপ্নগী নংগী বাখল অমম্তুং পুক্লিংগী চংশিনবা অতুননি।

৪৬৬। পৃথিবীদ অক্ষব হায়ব, ক্তব হায়ব অমত্ত লৈতে, নংগী নপুক্লিংন শেম্ব ডাগুনি।

৪৬৭। বাখল অমথক অসি চাউথোকহনব য়াই। খুদম ওইন, নংন টি পার্টি অমগী বাখল তোংবদ চিনিগী বাখল, শক্তোমগী বাখল, কপ, টেবল, চৌকি, টেবল ক্লথ, নেপকিন, চামস, কেক, বিসকুইটনচিংবগী বাখলশিং অসি লাকই।

৪৬৮। পৃথিবী অসি বাগলন শন্দোকপ, চাউথোকহনব অম নত্তন করিমু নত্তে।

৪৬৯। সংসার অসি পুক্লিংতন শায়বনি। সংসার অসি মতম মথল অহুমগী মঙ্গংদ লৈতে। বাগল অসি মুথৎলবদি মুক্তিনি।

৪৭০। বাখল খুদিংমক মমি অমমম লৈ। টেবল অমসি পুক্লিংগী মমি অতুদ মপানগী পোৎ অমা হাপচিনবদনি

৪৭১। নংন মপান্দ উরিবশিং অসিগ মায়ব অমমগ নংগী পুক্লিং মঙ্গংদ লৈরিবনি।

৪৭২। বাগল অসি হেক হৌগৎলকপদ মাঙতল্লু। বাখলগী মক্ত ফুক্তুন হুন্দোকউ। সংসারগী উপাল অসি থুন থুইখজরক্লনি।

৪৭৩। বাখল অসিন মুন্দম ওইজুন মথংগী পুক্লিগী হকচাং শেম্মী।

৪৭৪। কর্ম খুদিংমকনা ফল অনি অনি থোকহল্লি। অমন মী অদুগী পুক্কিংদ, অতোপ্প অমন সংসার অসিদ।

৪৭৫। মহাক্লা অতোপ্পগী মকমদ তৌরিব কর্ম অদুগী ফল মতুংইন্না মী অমন মাগী মথং পুক্কিগী ফিবম শেন্মী।

৪৭৬। বাখল খুদিংমকনা লোইব নাইদব ফল অমসুং প্রতিফলশিংগী মরী অমা থোকহল্লি। ফল খুদিংন অতোপ্পগী মরম অমমমসু ওইহল্লি, অদুগ মতুমকনা অমুকসু ফল থোকহন্দুন লোইব নাইদব মরী অম শেন্মী।

৪৭৭। অপাম্বন বাখলবু মচীন থোংল্লি।

৪৭৮। চুম্ন থনবন নশামক্তী অচৌব নরাইবক অমা শেন্মী।

৪৭৯। নংগী নমায় অসি গ্রামোফোন রেকোর্ড অমগুম্বনি। নংন করিগুম্ব অমা থল্লকপদ মদু নমায়দ হেক্ত ইশিল্লি।

৪৮০। মহাক্লা মশাগী বাখল লোংশিনব ওন্মী হায়না থল্লিব মী অদু খ্বাইদগী হেন্না অপঙব মীনি।

৪৮১। মায় অসি তজ্জুন শাব পুক্কিংগী মওংনি। দৈব্য-জ্ঞানন মায় অসি লংথংহল্লি। ফত্তব বাখলন মায় অসি মমশিলহল্লি।

৪৮২। মায়ন ফোংদোক্লিবসি পুক্কিংগী মচুংগী মওং নত্রগা পুক্কিংদ রাওরিব অদুগী অশেংবা এডভর্টাইজমেণ্টনি।

৪৮৩। মায় হায়বসি পুক্কিংগী মচুংদ ওইরিব ফিবমশিং অদু উৎপা এডভর্টাইজ তৌব এডভর্টাইজমেণ্ট বোর্ডনি।

৪৮৪। মায় হায়বসি হায়ব ইল্লব রেকোর্ডর অমনি। মসি থজল্লব রেজিষ্টার তৌনব খুৎলাই অমনি। মসিন পুক্কিংদ কাওরকপশিং অদু রেকোর্ড তৌশিল্লি।

৪৮৫। পুক্কিং হায়বসি হকচাংগী উদব মওং অদুনি।

৪৮৬। মিৎ অসিদ টেলিগ্রাফকী খুৎলাই অমন অরাব, মীনথৌব,

নীংবকায়ব, তুকচ্চব, মুঙাইব, মরাং কায়ব, শাস্তি, হকচাং কব, শক্তি, পাঙ্গল অমসুং কজবগী পাউ থাদোক-থাজিল তৌই।

৪৮৭। বাথলগী প্রভাবশিং অদু হকচাংদ তাই। অদুগা হকচাংদুগী প্রভাবসু পুক্লিংদ তাহল্লি। অকব হকচাংন অকব পুক্লিং ওইহল্লি। হকচাং অসিন নায়বদি পুক্লিং অদুসু নায়কই।

৪৮৮। নংন শাওরব কান্দ পুক্লিং অসি অপনব পীরকই। মতৌ অদুগুম্ব পুক্লিংদ অপনব পীরকপন হকচাংদসু অপনব ওইরকই। অদুগ হকচাংগী শিংলি পুম্নমক অহোংব লাইরকই।

৪৮৯। পুক্লিংগী খোঙচৎশিং অসিবু থঙলিব অমসুং মসিবু সাধন তৌদুন লাকশিল্লিব মহাক অদু তশেংন মুঙাইরবনি।

৪৯০। "মায়বন মায়ব চিংশিল্লি" হায়বসি বাথলগী অগত্তা চৎনব অচোব নিয়ম অমনি।

৪৯১। বাথলগী লমদমদ মায়ব মীশিংবু মায়-মায়ব মীশিংন চিংশিল্লি। হায়রিব সংসারগী নিয়ম অসি ঐখোয়ন খঙন নত্রগ খঙদন ওইরবসু লেপ্তন চৎলিবনি।

৪৯২। বাথল অসি নহাক্কী নরল্লাই সম্পত্তিনি। নংন মসি নশাগ চায়ব য়েংদুন শেমদোকপ য়াই।

৪৯৩। পুক্লিংগী থবক্ত অশেংব থবক্তি।

৪৯৪। অশাওবগী বাথলন শাওরিব মীদুগী মনাক্তা লৈরিব অতোপ্প মীশিংবুসু শাওনিংহল্লি। মসিন মী অমগী ব্রেন্দগী অতোপ্প লাপ্প লৈব মীগী ব্রেন্দ চত্তুন হকচাং শাগৎহল্লি।

৪৯৫। নংগী হরাও মুঙাইব বাথলন অতোপ্পবুসু মুঙাইহল্লি।

৪৯৬। ঐখোয়দ পোক্নকপ মুঙাইব বাথলন অতোপ্পবুসু মুঙাইব বাথল পোকহল্লি।

৪৯৭। থম্মোয় অসি নহা ওইহল্লু। "ঐ অহল ওইরে" হায়বসি থনগদু। "ঐ অহল ওইরে" খনবসি ফত্তব পুক্নিংগী লাজৎ অমনি।

৪৯৮। নংন খনবগা মতু ইন নংন ওইরিবনি। মসিদি মনোবিজ্ঞানগী অচৌব নিয়মনি।

৪৯৯। বাখলদন মী অমগী মওং মতৌ অসি পুমটৈ হৈবিবনি। মীওইবন মতম পুম্নাক্ক বাখলগী সংসারদ লৈ। মী খুদিংমক মশা-মশাগী বাখলগী সংসার অমমম লৈজে।

৫০০। "মী অমন খনবগী মতুংইন মশান ওই" হায়ব সাধারণ হায়নব অসি অচৌব বাখলগী নিয়মশিংগী মমুংদ অমনি। নহাক অসি অশেংবনি হায়ন খল্লু; নহাক অশেংব ওইগনি। নহাক অসি পুকচেল চাউবনি খল্লু; নহাক পুকচেল চাউব ওইগনি।

৫০১। নহাক্কী বাখল অদু ফগংহল্লু। অফব বাখলন অফব থবক তৌহল্লি।

৫০২। মফম খুদিংদ ঈশ্বরবু উব তম্মু। মসি মীৎকী অশেংব চিঙ্গাক্নি।

৫০৩। অশেংব বাখল হায়বসি অশেংব চিঙ্গাক্কী মথা পোল্লি।

৫০৪। পুক্নিংন নাৎব খুদিংমক মতম থরদনীনি। মখোয় অসিন অরা-অনা পোকহল্লি।

৫০৫। নংন নপুক্নিংদগী থাদোক্নিব খুদিংমক নত্তোন্দ অমুক হন্জিল্লক্নি।

৫০৬। নংন কনাগুম্ব অমবু তুকচ্চরবদি তুকচ্চব অদু নত্তোন্দ অমুক হনজিল্লক্নি। নংন কনাগুম্ব অমবু থুংশিন্নবদি থুংশিব অদু নত্তোন্দ অমুক হনজিল্লক্নি।

৫০৭। বুদ্ধন লাউরম্লে "ঐখোয়মন ওইরিব পুম্নমক ঐখোয়গী বাখলনা ওইহনব উাক্তনি।" ঐখোয়গী পোকপ শিবগী চক্র অসি ঐখোয়গী বাখল অসিন থোকহল্লিবনি।

৫০৮। ঐখোয়না মতম পুম্নমক্ত পুক্নিংদ ঈশ্বরগী নাম শোনগদবনি। মসিনা মতম পুম্নমক্ত ঐখোয়বু কন্নবশিংদগী কনবিগনি।

৫০৯। আশা চাওব, মশাবু থাজব অমসুং মবুক্নিং মকালাদ বাখলগী মীনা মাগা বাখল মায়ব অতোপ্পা মীবু চিংশিনগনি। মতম পুম্নমক্ত মখোয়না হোংনজবদ মঙ্গল ওইগনি।

৫১০। চুঙাইব অমসুং মায়থোং মকা লাদ মীশিং অসি সমাজদ কুপ্পা অমনি। মখোয়না অতোপ্পশিংবুসু চুঙাইহল্লি।

৫১১। নহাক্না অতোপ্পবুসু ভাঙথোকপ লোন মাওদা প্রভাব অমা তাহনবা ঙমই। দরকার লৈরিবদি অনীংব আশান লমজিংব বাখল চঙব অঙনি।

৫১২। লৈথাগী পুক্নিংনা (subconscious mind) পাউশিং নক্রগ প্রভাবশিং লৌশিল্লি। অদুগ অতোপ্প মীশিংগী বাখলবু মথক্তা পুক্নিংদ (Conscious mind) থাদিল্লি।

৫১৩। বাখলগী শক্তিগী মবদা লৈনবা বিজ্ঞান অসি য়াম্না চুঙাইব অমসুং অকুপ্প অমনি। মসিগী বাখলগী সংসার অসিনা মপানগী পোৎকী সংসার অসিদগী শেংব হেল্লি।

৫১৪। অয়ানবা বাখলনা পুনশিনহল্লি। অচুম্বা বাখলনা নীংতমহল্লি। ময়াম অদুনা চুম থল্লু. ননীং তম্মু।

৫১৫। নীংশিংউ মহুদি হকচাং অসি পুক্নিংদগী ওইবনি অমসুং পুক্নিংগী মথা পোনবনি।

৫১৬। মপানগী হকচাং কবদগী পুক্নিংগী হকচাং কবনা হেন্না মরু ওইবনি। পুক্নিং অসিনবু মশা করবদি হকচাং অসিদি মশান অদুম কজগনি।

৫১৭। মীওইবনা মশাগী বাখল অমসুং থবক্না মরাইবক লেপই। মতাক্না মশাগী মরাইবক হোংদোকপ ঙমই। মহাক্তি মশাগী মরাইবক্কী মপুনি। মসিদ চিংননিঙাই করিসু লৈতে।

৫১৮। তশেংনমক, মীৎহৈবসিদি অকোয়বদা লৈবশিং নত্রগা ফিবমগী মখাপোনব জীব অম নত্তে। মহাক্ন মখোয়শিং অত্থ মশাগী পাঙ্গল, লমচৎন অমদি হাখলন লাকশিনব অমম্থং শেমদোকপ ওমই।

৫১৯। হকচাং অসি তশেংবমক্তি ঐহোয়গী হাংকা, পুক্লিংগী মঙং থাজবশিং অংদি পোৎ ওম্নব অনীংবশিং অদুন ওইব আনোক যাংদব মিৎন উব অমনি।

৫২০। যাম্ন থুনমক পুক্লিং অসি মহাক্ন পামজব অনৌব হকচাংদ চঙ্খ্রগনি।

৫২১। নীংব হায়বসি থবাইগী পাজলনি। মসি পুক্লিংগী শক্তি অমনি। অকনব পুক্লিংগী নীংন-শক্তি লৈব মী অমগীদমক পৃথিবী অসিদ ওইথোক্তব করিগুম্ব অমত্ত লৈতে।

৫২২। ঐখোয়না মুম্না থঙদুন ঐখোয়ন থাগৎপ মীশিং অতুগী মতৌ ওমই।

৫২৩। পুক্লিং শোনব মী অমন পুক্লিং কনব অমগী পাউতাক লৌই।

৫২৪। মীনাই অমন মতম পুম্নমক্ত মপুগী পাউতাক ইল্লি। হুপিন মপুরোইবগী পাউতাক ইল্লি। অনাবন ডাক্তরগী পাউতাক ইল্লি। ছাত্রন ওঝাগী পাউতাক ইল্লি।

৫২৫। অমুকস্থ হম্ন নীংশিংউ, অবনবন অশোনবু লাকশিল্লি। মসি প্রকৃতিগী অচৌব অকনব নিয়ম অমনি।

৫২৬। "ঐ অসি যাম্না পুক্নিং মকা লামই" হায়ন থল্লু। কয়ারক হম্ন মোমোন নোবউ অংস্থং হোন নোকথোকউ।

৫২৭। করিগুম্ব অবা-অুডাইতব যাথল অম লাক্লবদি অতোপ্প পুক্লিং থোগৎপ, নংন মতম থরগী মমাঙদ উথ্রব থর নীংশিংউ নত্রগা পুক্লিং থোগৎপ শ্লোক থর নীংশিংউ।

৫২৮। নংগী মরুপ থবংদ যাম চেকশিল্লু। বা খজিক্কং স্তাঙউ, মতম্ বাম্বব মরমদত ওইহল্লু।

৫২৯। ধ্যান হায়বসি কল্লবশিং অসিবু মাঙহন্নব মৈনি।

৫৩০। হয় হয় তৌবদগী বাথলগী মশাঙদা কল্লকই। নংন অফব নত্তগ কল্লব বাথল অম থল্লুরবদি হায়রিব অফব নত্তগ কল্লব বাথল অদু অমুক হয় থল্লক্রবগী মশাগী সাধারন অম কৈজে।

৫৩১। শ্রতিন কয় লাউরম্রে "আত্মা অসিদি অশোনব মীন থংব ঙমদে"।

৫৩২। মুমলোম্রবশিং, হুই, হোদোং, যন, মীওইবশিং, উ-বাশিং অশেংনমক প্রকৃতিগী লৈরিব পুম্নমক মরুপ শাম্বব তমউ। নংন মপুং ফারব ইনাক খুল্লব পুন্সি অম ফংগনি।

৫৩৩। নংন নংগী বাথলগী শক্তি চাওখৎহন্নীংলব অমদি নংগী ব্যক্তিত্ব হেনগৎহন্দুন অচৌব মী ওইনীংলবদি মতম পুম্নমক্ক ননাক্ত পুক্নিংগী থোইনশন পোকপ, অবাংব থাক্কী লাইরিক থর থম্। মখোয় অদু হৃতিগী পুক্নিগী থবকশিংগী মফুংদ অম ওইদ্রি কাওব হয় হয় শাও।

৫৩৪। অশেংব জ্ঞান অচৌব থম্মোই অমসুং অকনব পুক্নিং ওইহল্লি।

৫৩৫। লাইরব হায়বসিদি অতনবগী মমাব অহল্লি।

৫৩৬। জ্ঞান হায়বসি থরাইদগী চাউব লনগৈনি। ধ্যান হায়বসিন জ্ঞানগী শোজৈনি।

৫৩৭। পুক্নিং অসিন অমত্ত ওইরব মন্দদ থব অসি তপথরকই। কনাগুম্বন থুন থল্লবদি থর অসিমু থুগৎলকই।

৫৩৮। লাকশিন্নব বাথলন কল্লব পুম্নক্কী মরুনি।

৫৩৯। থোওইদব, কাউথোকপ, পুক্নিং থোগৎপ থর নীংশিংব হায়ব অদুব অসিন কল্লব বাথল লাকশিন্নবগী অচৌব সাধনা হায়বদু ওই।

৫৪০। হৌগৎলকপদদি ভগৎেব মূর্ত্তিদ ধ্যান তৌ।

৫৪১। পুক্লিং অসিন হাণ্ডলব কান্দ কত্তব বাথলন চঙলক্লব হোৎনৈ।

৫৪২। পুক্লিংগী থবক্ল অৎেব থবক্‌নি! মসি নীংশিংউ। ঈশ্বরন মী অমগী পুকচেলদ বিচার তৌই। সংসারিক মীওইবন মপানগী থবক য়েংক্লনা বিচার তৌই।

৫৪৩। পুক্লিং অসি হাঙহনগন্‌। অদুতদ কত্তব বাথল চঙলকপ ভগ্নোই। অতনব মাথাদি লাই কত্তবগী থবক শুকমনি।

৫৪৪। মক্লদগী উটেহ অম পোক্লকপগুম বাথলদগী থবক পোক্লমই।

৫৪৫। মচুংদ পুক্লিংগ শোক্লব লান অসিন মপানগী মেচিনগনগী লান্দগী হেন্ন কিনিঙাই ওই। থুংলাইগী শক্তিন মপানগী পৃথিবী অসি অয় তৌববুদি বাপল অসি অয় তৌবন হেন্ন ফক্লব অমা ওই।

৫৪৬। নংন হুতিগী পুক্লিং অসিবু থকসি থাসি নাইব ভদ্মীগদবনি।

৫৪৭। বাথল অসিবু য়েংশিনবিয়ু। বাথল অসি লাকশিন্নু। নংগী বাথলবু য়েংব মী অমা ওইয়ু। বাথলগী মথক্ত কাথংলকউ অদুগ বাথল লৈত্রব অয়েপ্প, অৎেব জ্ঞান অদুদ লৈয়ু।

৫৪৮। হদব থাকী বাথল অসিদি হকচাং অমম্নুং পুক্লিংদগী হৌরকই।

৫৪৯। অপাম হায়বসিবু মুথংলবদি বাথল অসিদি মশা মত্তোমত শিজথিগনি।

৫৫০। পুকনিং অসিদি শায়ত্তনত লৈব অঙাংগুম অমনি।

৫৫১। পুকনিং অসি অচুম নত্রগ ঈশ্বরগী মরমদ ভত্তন থনব তঙ্গী-গদবনি।

৫৫২। নংন আত্মা জ্ঞান কংনীংলবদি ভাবন শাব, অমম্নুং বাথল থনব লেপকদবনি। পুকনিংগী বাথলশিং অসি লেংদোকউ অমম্নুং কাজিন্নু।

৫৫৩। মী অমগী হৈনবী পুন্নমক অসি মশা থংব পুকনিংদগী হৌরকপ ভাক্তনি।

৫৫৪। "ঙাকপিব" হায়বসিদ অহুক্ত ধ্যান তৌ অত্থুগ মুংথিলগী মতমদ মসি চৎলু। নঙোন্দ য়ায় থুন ঙাকপিবগী গুণ চেল্লক্কনি।

৫৫৫। নীংথিন শেমগৎলব ধর্ম্মগী লমচৎত মুক্ষম ওইরগ অচেৎপ যোগ তৌগদবনি।

৫৫৬। মুতিগী লিপ্সীং কন্নারক হন্ন ঈশ্বরগী নাম শোল্লবদি নংগী অকব বাখল অড্ডগী অনৌব পাজল কংগনি।

৫৫৭। বাখলগী মরমদ নৈনব হায়বসি মরুওইব বিষয় অমনি। মসিগী কাদা নত্রগা বিজ্ঞান অসি মী খরদন খঙই। মসিগী তঙাইফদ্রব শিক্ষা অসি লাইরিক-লাইস্মু হৈরবনি হায়রিব কাংবু অসিন কাওব খঙদে।

৫৫৮। বাখলগী নিয়মশিং অমদি প্রক্রিং অগৎকী নিয়মশিং অদু নংদি খঙদ্রে।

৫৫৯। প্রক্রিংগী শক্তিশিং অসিন ইন্দ্রিশিংগী অহোব অসিদ চেনব য়ানব প্রক্রিং হায়বসি শেপ্পী।

৫৬০। বাখলগী নৈনব অসি হৌগৎলকপদ অশেংব অমস্তুং শেংদব বাখলশিংন মস্তুংদ লাল তৌনৈ।

৫৬১। বাখল হায়বসিদি অকব মীনাই অমনি। মসিদি থুংলাই অমনি। নংন মসি য়ায়া হৈশিংন অমদি মরম চান শীজিন্নগদবনি।

৫৬২। উপাই ওইব, কান্নব বাখলশিং অদুতবু য়োকখৎলু। আধ্যাত্মিকী হৌগৎলকপ অমস্তুং চাওখৎলকপদ কান্নব বাখলশিং অসি খোংথাকপ শিড়নি। য়ায় চেকশিন্ন য়েংব অম ওইয়ু।

৫৬৩। বাখল থুদিংমক শেমগৎ শাগৎপ মথলগী ঙাক্ত ওইগদবনি। মাসি অকনব, অচুম্ব, অমস্তুং চপচাব অম ওইহনগদবান।

৫৬৪। প্রক্রিং হায়বসি মান জেপ্তন খঙ্গিব পোৎ অদুগী মওং লোয়বই।

৫৬৫। সংসারিক মীওইশিং অসি যোনীগী বাখল, ভুকচব, অশাওব

অমস্তুং লমন থুম্নীংবগী বাখলশিং অসিসী মতিঙ্গাক ঙাক্কনি। বিশ্ববিদ্য-লয়দগী ফংব লাইব্রিকী জ্ঞান অমদি পৃথিবীগী লন পুম্নমকী মথক্ত মাগী ফিবম অসি অবাবগী মশক্নি। অচুম অরান হায়বসি মশাদ মিকপ থোরক্নে।

৫৬৬। অরিব লমচৎ নাইদব বাখলশিং অদু অনৌব অফব মখলগী বাখলন মহুৎ শিনজিনগদবনি।

৫৬৭। নংন অফবা বাখল অমদ নীংথিন চৈনতাজ্রি ফাওব নংগী অরিব ফত্তব বাখলগী চৈনবীশিং অদু হন্ন হম্ন হোগংলকখিগনি।

৫৬৮। আত্মা হায়বসি "অত" হায়ব ধাতু অসিদগী থোরকপনি, আর্থন মতম পুম্নমক্ত চত্নদ লৈববু হায়বনি।

৫৬৯। মীওইবন ইন্দ্রিয় পদার্থশিংগী মরমদ ঙাক্ত খল্লি অমস্তুং মথোমগী এথা পোল্লি।

৫৭০। বাখলদগী মরি লৈনরকই। মরি লৈনবসিদগী অপাম্ব পোক্লকই। অপাম্বদগী অশাওব পোক্লকই। অশাওব হায়বসি করিগুম্ব মরম অম নত্রগ অমন অপাম্বদু ফংদবদগী ওইরকই। অপাম্বদগী জ্ঞান তাবক্তে। জ্ঞান তাদবদগী নীংশিংব থোকলক্তে। নীংশিংব ঙমদব অসিদগী জ্ঞান মাঙলকই। জ্ঞানবু মাঙলবদি মী অদু মরু ফংন মাঙলবনি।

৫৭১। মী হায়বসি ফিবমগী মথা পোনব জীব অম নত্তে। মহাক্কী ফিবম অসিমক মহাক্কী বাখল্ল শাজবনি। লমচৎকী মী অমন ফিবমশিংগী মথক্ত পুক্নি অমা শাগৎপ ঙমই। মহাকন তুং হন্ন অমুক্ত য়েংঙক্তে। মানা থোনা ফন মাঙদ চঙশিল্লি।

৫৭২। লমচৎকী মী অমন করিগুম্ব অপনব অমত্তবু কিদে। মানা কদৌচৈঙদস্থ নীংব কাম্নব, নীংহম্নব তৌদে।

৫৭৩। লমচৎ হায়বসি শক্তি অমনি। মসি থুৎলাই অমনি। মসিন মরূপ শামহল্লি। মসিন কনবিব মাস্তুং শোগৎশিবশিং পুশিল্লকই।

মসিন মী অমসুং শেন থোকহনবি। নংগী লমচৎ শেমগৎলু। নংন নংগী পুন্সি মওং শেম্ব ঙম্বনি।

৫৭৪। লমচৎ ফজব মুপা অমন পুন্সি অসিদসু মতুংগী পুন্সিদসু মুঙাইব ফংই।

৫৭৫। অচেৎপ লমচত্তি অচেৎপ অমসুং পুকচেল চাওব রাখলন শেম্বনি। লন, শক্তি অমসুং চুম্নগী জ্ঞান অসিন পৃথিবী অসি রায়েনব নত্তে। অম্নোবী রাখলগী পুক্নিং লমচৎ অসিনি তশেংন সংসার অসিযু চলাইরিবসি।

৫৭৬। ঙাঙথোক্লিব রাটৈ খুদিংমক শক্তি অমমম লৈ। মরমদি রাটৈ খুদিংগী মরুমদ রাখল অমমম লৈ।

৫৭৭। কর্ম্ম হায়রিবসি অশেংবদি পুক্নিংগী থবক অসিনুনি।

৫৭৮। হকচাং অমসুং অতৈ ইন্দ্রিশিং অসি অতৈ অতোপ্প অম নত্তে, পুক্নিংনি।

৫৭৯। অপাম্ব য়ামদ্রগ রাখলগী চাং হম্বরকই। মরু ফংন অপাম্ব লৈতব অমা ওইয়ু। পুক্নিংগী চক্র অসি পুঙলেপ লেপথিগনি।

৫৮০। রাখল চাইত্রবদি পুক্নিংগী পাজল অমসুং থম্নাই মাওশিনব হেনগৎলকই। রাখল অমত্ত ওইরবসু হম্বন পুক্নিংগী পাজল অমসুং শান্তি পী।

৫৮১। কায়দবা রাখল পুম্নমক অসি ইশাগী শক্তি মাঙহনবনি। আধ্যাত্মিকী চাওখৎপদ কায়দব রাখলশিং অসিন অপনব ওইহল্লি।

৫৮২। ইন্দ্রিগ মরি লৈনব পোৎশিংদ পুকনিং হেন্ন চঙশিনব অসি কাজিন পুনশিনব অমনি।

৫৮৩। ইন্দ্রিগী পোৎশিংদ হেন্ন নকশিল্লিবসি রজগুনগী শক্তিননি।

৫৮৪। ইন্দ্রিয়গী পোৎ হয় হয় মথাও তংবন ৱাখলগী পাঙল কনথৎ-হল্লি। ইন্দ্রিয়গী হুৎহাইবন পুক্লিংদ অকনব মমি তাংহল্লি।

৫৮৫। হে মীওইব, নংন নংগী থাংমৈ অতুদ ঈশিং হাপচিল্লবদি অমম্ব কোকহনব ঙম্লরোই। নহাক্কী থাংমৈ অতু অচুম্ব ৱাখলগী থাও হাপ্পু। অচুম্ব মিৎয়েংন লম্বীগী মৈরা ওইয়ু।

৫৮৬। ওইথোক্কনি হায়ন থাজব্বিব মহাক অতুদ পোৎ খুদিংমক ওইথোকই।

৫৮৭। হে মীওইব, নংগী মিৎয়েং অতু মাইগৈ চুম্ন য়েংউ, অমম্নুং অচুম্ব নিয়ম শীজিন্নৌ। নত্ত-ওইদবশিংদ লক্লোনগনু।

৫৮৮। ৱাখল হায়বসি থবক্কী মপা-মপুশিংনি। নংন নংগী থবক ফগৎহন্নীংলবদি নংগী ৱাখলশিং অতু শেংদোকউ।

৫৮৯। নংগী ৱাখলগী পাঙ্গলন নয়াইবক লেপ্পা ঙমই। নং নশামক অসি নশাগী মরুপ নত্রগ য়েক্লব অমনি।

৫৯০। হে মীওইব, অশেংব ঈশ্বর অদুদি নংগী থম্মোইদ লৈবনি। অদুগ নংগী থম্মোই মন্দিরদ লৈব অমত্ত ভায়রব ঈশ্বর অদুবু খুরুমজনব অমত্ত ভায়রব লম্বীদি নং নশাগী অমকপ লৈত্রব ৱাখল অদুনি।

৫৯১। নংগী পুক্সিদি নংন নংগী ৱাখলন শাজব অদুনি। ৱাখল অসিদ নংমু নংগী ব্যক্তিত্বগী মতম শাগৎচৰব চেকনি। ৱাখলন হাইবক তৌগনি।

৫৯২। নংন থুনখিব অদুগ লোয়নন নং অসি পোক্লকপনি। অদুগ নংগী হৌজিক্কী লমচৎ অসি নংগী হৌখিব ৱাখলশিংবু য়েংনব অমনি।

৫৯৩। ৱাখল হায়বসি পোৎশিং অসি শাবগী মচাক্নি। পোৎ পুম্নমক অসি জ্ঞান হায়বদুগী মশক নাইব মওংশিংনি।

৫৯৪। বাখলগী শক্তিন অথুবনু অথাব ওইন থেংনব অমসুং অথাবনু অথুব ওইন থেংনব য়াই। নংন হুবু অমৃত ওইহনব ঙমই। মিরান তৌথিবজু থমু। মহাক্না মাগী অচেৎপ বাখল হুবু অমৃত ওলহনখি।

৫৯৫। নংগী অকোয়বদ লৈরিব সংসার অসি নহাক্না ওই হায়না থাজয়িব অচুমক্নি।

৫৯৬। নংন থমব অচুক নংগী শক্তি লৈ।

৫৯৭। নংগী বাখলগী লমথৈ অসিন নংগী ওইব য়াবশিং অচুগী লমথৈখিনি। নংগী অকোয়বদ লৈরিব অবস্থাশিং অসি নংগী বাখলন ওইবনি।

৫৯৮। নংগী নপুক্নিংন করিগুম অম ওই হায়না কন্না নীংলবদি মতুমক মতম থরগী মমুংদ ওইরকই।

৫৯৯। মপানথোংগী হকচাং অসিমক কেপ্তন ধ্যান তৌজন মশক উদব পুক্নিংগী হকচাং অচুনি হায়না খল্লবদি মতুমক ওই। কেপ্তন থনবন মরম ওইদুনা পুক্নিংগী হকচাং অদুনমক অমুক মপানগী হকচাং অসি ওই। থবক্ত মঙ্গল ওইনব অয়োনব ভত্বদি কেপ্তন, হয় হয় হোৎনবসিনি।

৬০০। নত্ত-ওইদব বাখল পুয়মক্না লাইনা পুয়মকী মমাঙ থারকই। মথোয় অসি অশিবগী পাও পুবশিংনি।

৬০১। নংগী বাখল অসিন অম-অমদ কোয়চৎ চক্রব অমদি নঙোন্দ নশান পেনজব অম ফাওরবদি নং অসি মপা লৈতন হুঙাইয়ব ফিবম অমদ লৈরবনি।

৬০২। লাইবক্ত অম হায়ব অচুগী বাখলদ নংন নশাবু মাঙহনগদ্রু। মসিদি মশাগী অচুম হায়বজু স্থপলৈ লৈতবনি।

৬০৩। প্রেমদি থম্মোইগী অশেংব হায়বজুমক্নি। প্রেম হায়বসিদি অথাকপ লৈত্রব অকব বাখল, ঙাকপিব, চানবিব অমসুং অবাব থাঙবনি। প্রেমদি ইন্দ্রিগী মরি লৈনব য়াওদবনি।

৬০৪। অচৌব, পুকচেন চাউব বাখলদ চঙশকম থিয়, অত্থগ মপুং থাবদু কংনব হোৎনৌ।

৬০৫। গুরুদি শিষ্যগী থগৈোইদ লৈ। মী থরন মসি থঙই, থরন থঙলে।

৬০৬। সম্রিন মিৎ-না শিংন ট্রিগরিবু ভাকশেনবগুম নংগী বাখলবু য়েংশিল্লু। "ঐ" হায়ব বাখল অসি লৈত্রব মকম অদুদ অতোপ্প বাখল অম অমুক লৈত্রে।

৬০৭। নংগী থগ্মোই অদু ইবুংঙোন লৈশিনকপ মাব মকম অম ওইনব শেংদোকউ।

৬০৮। ধ্যান তৌরিবদে নংগী ভাব অদু য়েংউ। নংন চুংশ-শর্র থেংবগী দরকার লৈত্তে।

৬০৯। নংগী নপুক্লিংগী শংসারিক বাখল পুম্নমক লৌথোক্তুনা মদু ঈশ্বরগী বাখলদন থলহনগদবনি।

## (ত) শিরব তুংদ থম্বাইন কদ্রি ওই।

৬১০। যোগ সাধন পুম্নমক্কী পান্দম অমদি অশিববু হরাওন, কিদন মায়োক্নব অসিনি।

৬১১। শিব হায়বসিন নংগী ব্যক্তিত্ব অমম্বুং আত্ম-জ্ঞানগী অরোইব নত্তে।

৬১২। পোক্লক্লিবসিমক শিব হৌরবনি। শিরিবসিমক পোকপ হৌরবনি। পুন্সি অসি শিবনি। শিব অসি হিংবনি। পোকপ অমম্বুং শিবসি সংসারগী কপ্পাক অসিদ থোককম লমদৌনি। তশেংবমক্তি কনাম্বু লাক্কে, কনাম্বু চত্তে। মুম্নগী লোম নাইদব অদুদমক লৈ।

৬১৩। থবাই অসি হকচাং অমদগী হকচাং অমদ হকথেংনব জ্ঞান ফংনবগীদমক চৎলি।

৬১৪। শিব হায়বসিন পুন্সিগী অরোইবা নত্তে। পুন্সি অসিদি লোইব নাইদব খোঙচৎ অমনি।

৬১৫। থবাই খুদিংমক অসি বৃত্ত অমমনি। বৃত্ত অসিগী পরিধিদি লৈতে, তোইগুম্বসুং মসিগী কেন্দ্রদি হকচাং অসিনি।

৬১৬। মচাক মঙান পূনশিন্দুনা শাব হকচাং অসিদি শিব নাই। মকম, মতম অমসুং কর্ম্মগী মথা পোন্নব, লোয নাইদব আত্মাদি কদাইদগী শিগদৌরিবা?

৬১৭। নংনা পোকপা অমসুং শিবদগী ননীং তম্মীংলবদি নং হকচাং লৈতব অম ওইব তাই। হকচাং অসিদি কর্ম্মগী কল অদুনি। নংন মহৈগী খংজুন থবক অমত্ত তৌরোইদৌবনি।

৬১৮। মী মীগী থবাই নত্রগা জীব অসিন থবক তৌরুদুন হাকথেংনব জ্ঞান তাল্লুনবগীদমক তোঙান তোঙানব হকচাংশিংদ চঙই।

৬১৯। মী অমগী ব্যক্তিত্ব অমসুং মাগ লোয়নব অপায নত্রগ হৌথিব পূন্সিদ থেংনথিব পূক্রিংগী মমিশিং অসি জীব হায়রিবসিনি।

৬২০। থবাই হায়বসি পুক্রিংগী মওংনি। মসিদি পোৎ অম নত্তে। মসিদি থঙলিব জ্ঞান অসিনি। মসিদি চৈতন্য হায়রিবসিনি। হায়রিব তোঙান তোঙানব থবাইশিং অসিনি শিরব কান্দ হকচাংদগী ইন্দ্রিশিং, পুক্রিং, প্রান, পুক্রিংদ য়েকথিবশিং, অপাযশিং অমসুং হৈনবীশিং অদুগ লোয়নন স্বর্গদ চৎলি হায়রিবদু।

৬২১। ভুমিৎ হায়বসিন ভুংথিল অমসুং ভুমিদাং থোকহল্লবসু ভুবিং মশা-মকীদি মতম নত্রগ ভুংথিল, ভুমিদাং হায়ব অমা লৈজদে। পরমাত্মা, ঈশ্বর হায়বসিসু মসিগুমনি। মহাক্তি মপান নাইদবনি, মতম লৈতত্তবনি, শিব নাইদবনি।

৬২২। নংগী নপুক্রিং অদু শেংদোকউ। মসিবু তশথহল্লু। পরমাত্মাদ

নপুক্লিং থম্ব। ধ্যান তৌ অনম্বুং নংগী মরুওইব দৈব্য-চরিত্র অদু থওউ। নং পোকপ শিবগী ক্রোধগী মীং অমগনি। নং শিব নাইদব কুপাদু ফংগনি।

৬২৩। এটোম অমম্বুং মোলেকুল তিম্নরগ কদৌঠৈম্বু বাখল, জৌশিং অনজগ জ্ঞান থোকহনব ঙম্লোই। ইন্দ্রিনগী লেঙব অসিন পুক্লিং, বাখল অমম্বুং ফিদম অমত্ত থোকহনব ঙমলোই।

৬২৪। থবাই হায়বসি ইন্দ্রিশিং, প্রান অমম্বুং পুক্লিংগী মমুংগী বাহেনব অমম্বুং থৌদাব অদুনি। পুক্লিংন থবাইদগী মঙাল পুজবনি

৬২৫। থবাই হায়বসিদি পদার্থ বিজ্ঞানগী ওংথৈ বাংমদনি। অতুন পদার্থ বিজ্ঞান থবাইবু ফংব ঙমদে।

৬২৬। থওব অমম্বুং জ্ঞান হায়বসি থবাইগীনি, হকচাংগী নত্তে। থওব হায়বসি থবাই দৈবগী খুদম অমনি।

৬২৭। প্রান অমম্বুং ইন্দ্রিশিং অসি শিব মতমদ চৎখিগদৌরিব থবাই অদুগ লোয়নবগীদমক থবক অমত্ত তৌদে।

৬২৮। দর্শন শাস্ত্র হায়বসি তশেংনমক অশিববু নৈনবনি। ভারতকী থবাইদগী বাংব দর্শনদি শিব হায়ব বিষয় অসিদগী হৌগৎলি।

৬২৯। জীবনি শক্তি হেক চৎখিবগ থবাই অসি থোক্তশানব ঙৌই। কুপা অমন ফব, চৎপনচিংব মাগী মুক্তিগী মথৌ ভৌরমলিবসি আত্মা অসিগী মচানি।

৬৩০। মপানগী উরিব হকচাং অসিগী মমুংদ অতোপ্প উদব হকচাং নত্তগ ফিজ শরিব নত্তগ শুক্ষ্ম দেহ হায়ব অম লৈরি। শিব মতমদ হায়রিব উদব হকচাং অসি পুক্লিংদ মমি তাখিব, হৈনখিবশিং অসিগ লোয়নন মপানগী হকচাং অসিদগী মপান থোরকই। মসি চুম্নগী মিৎন উব ঙমদে। স্বর্গদ চৎলিঙবসি উদব হকচাং অসিনি। মসিন অমুক মপানগী হকচাং অসি লৌরকই। হায়রিব অমুক কোক্তদোক্লকপগী নিয়ম অসিনি মপোকী নিয়ম হায়রিবসি।

৬৩১। কর্ম্মগী নিয়ম মী মীচুপ মপুংফাবা চাংথংপদু ফংজনবগীদমক মনীংতম্বদু পীরি।

৬৩২। মপানগী হকচাং অসি শিব য়াই, তেক বায়ব ভোব য়াই, থৌইগুম্বদু মান তৌরম্ব থবক্কী মপুঙ্গিংদ য়েবথিবশিং অদুদি শিব কৈতে। মান হায়রিব থবক্কী মরৈ অসি ফংজনবগীদমক অমুক হল্ল পোকপ তাই।

৬৩৩। আধ্যাত্মিক্কী মীওই অমন হৌথিব মপোক্ত লোইদন থনম্ব মপাং অদুদগী সাধন তৌব হৌগংদি।

৬৩৪। ঐখোয়গী জ্ঞান পূম্নমক অসি ঐখোয়গী পোক্তি হৈগী মমাঙ্গদ থঙথিবশিং অদু নীংশিংবদনি।

৬৩৫। অপঙব মায়াদগী থোরকপ হকচাং অসিবু পামশিনব, শিনীংদব-সি মম্তন পোবপ শিংবগী চক্র অসি অহৌপ্প কৈফন কৈদুন কৈরিবনি।

৬৩৬। ইবুংঙো মাগী ভক্তশিংদি অকিবা হায়বসি সুপৈদ কৈতে। অদুগা মখোয়দি অপাম্ব পূম্নমক থাদোক্লবনি। মখোয়দন ইবুংঙো মাযুত কাউদব মপোক অমদ হেক্ত পোকপ হয়াংদন য়াদে।

৬৩৭। স্বর্গ হায়বসিদি পুক্নিংগী সংস্কারনি। কনাগুম্বন নীংব অদু মান খুদক্ত ফংই।

৬৩৮। স্বর্গ হায়বসি লোম্ব নাইদব কৈফম অম নত্তে। মমিং অমম্বুং মওং কৈরিব পুম্নক অসি মাঙ্গদবহাক্তনি। লোম্ব নাইদব, শিব নাইদবদি আত্মা নত্রগ থবাই অসিদনি।

৬৩৯। স্বর্গসু কৈতে। নরকসু কৈতে। মখোয় পুম্নক পুক্নিংন শেম্ব-চাক্তনি।

৬৪০। ঐখোয়ন পৃথিবী অসিদ পোকপদগী ফংলিব লায়মালিং অসি ঐখোয়না হৌথিব পুন্সিদ তৌথিব থবকশিং অদুগী মহৈনি।

৬৪১। নরকশিং অসি হৌজিক কালগী জ্ঞান তারবশিংন ইরাই জাবন হায়নব পুক্নিংন, তাবন শজিনবশিং অচ নত্তে।

৬৪২। অমত্ত চায়রব মিৎয়েংদ হায়রবদি স্বর্গ, নরক হায়বসি লৈতে। মখোয় পুন্নমক পুক্নিংন শাব চাক্তনি।

৬৪৩। অপেংব হায়বতুদি উব মাদে হায়বসি ঐখোয়্ন মীংশিংগদবনি।

৬৪৪। লাইশিং নত্রগ পুক্নিংগী লমদমদ লৈবশিং নত্রগ স্বর্গদ লৈবশিং অতুগী অহিং, হুংখিল হায়ব অমা অমুক লৈতে।

৬৪৫। ইন্দ্রিগী থবক্ত য়াম্ন কনব অপায় লৈব মী নত্তগ মতুম লেপ্তন পুক্নিং লুপ্পশিং অচ কবিগুবদ য়াম্ন থুন অমুক পোক্লকই।

৬৪৬। আধ্যাত্মিক সাধক অমগী পুশিগী অরোইব বাখল অদু মুপ্নগী আত্মা অসিদমক ওইগদবনি। মখোয়্ন পাক চাওরব ঈশ্বরগী বাখল অদু পুশিন্নকপ ঙম্মোই।

৬৪৭। মী অমন পুশিগী লমথুংকম অদুবু কংনব তান্দ্রবদি শা অমগী পুশিগ মী অমগী পুশিগ খেন্নব লৈতে।

৬৪৮। নংন সংসারগী মতুং অমম্তুং মপান অনিয়ত্ত লৈব ঙমই।

৬৪৯। থবাই অসি শিব নাইদে, হকচাংদগী তোঙানবনি হায়বসিগী ভাব লৈরব, জ্ঞান তারব মীশিং ফাওবন শিব হায়বসি কিদে। মোহ নত্রগ হকচাংগী অপায় অসি অতকপনি।

৬৫০। পোকপ অমম্তুং শিবগী বাখল অসি ইচম চম অদু বিশ্বাসনি।

৬৫১। নংগী লমচৎ অসিমক নংগী বাখলন শাবনি। নংন খল্লিব অদুমক নংন ওইগনি।

৬৫২। অর্মন্দ লৈব নংগী নচাতুপাবু নংন পৈশা অমম্তুং পাওতাক কয়ান তেংবাং পীব ঙম্মী, অদুগ নংন প্রার্থন তৌহ্নন সংসার অসিদগী অতোপ্প সংসারদস্থ তেংবাংব ঙম্মি।

৬৫৩। মী অমগী পুশি চুপ্পগী থাখলগী মরুওইবশিং অহুন মাগী অরোইব থাখল নত্রগ অরোইব ভাব ওই।

৬৫৪। থাজবর মীশিং অদুগীদমক ব্যাখ্যাগী অমুক দরকার লৈতে। থাজদবশিংগীদমক ব্যাখ্যান থাজহনব ওইথোক্কে।

৬৫৫। মী মীগী থবাই অসি শিত্রবদি চাওখৎপ ঙমদে। দরকার লৈব মরম ঐংখোবন শিরিবনি। অদুগ তোঙান তোঙানব কিবশিংগী থথাদ তোঙান তোঙানব জ্ঞান কংনবগীদমক পোক্লিবনি।

# ৪। পুক্লিং, মাগী অঙকপশিং অমসুং লাকশিনব

৬৫৬। "ঐন লাইরিক অসি থঙই। "ঐন লাইরিক অসি থঙই হায়বসিমু ঐন থঙই" মসি মীওইব হায়ব অসিদদ লৈব আত্মা জ্ঞান হায়কছনি।

৬৫৭। মনীং তম্ন চেনখজরক্লিব ঈশ্বরগী কৃপা অমসুং লিলাবু মায়ান থিংব ঙমদে।

৬৫৮। পুক্লিং, মুংশা শয় অমসুং বীর্য্য মথোয় অমত্ত ওইব মরি লৈনৈ। নংন অচুম অসিগী মহুংদ অমতংবু লাকশিন্নবদি অতোপ্প অনি অচুবুদি মথোয় মশা মতোমতন ইরায় লাখন লাকশিনজগনি।

৬৫৯। লেপ্তন থনবদগী পুক্লিংগী মথি অসি কনশিনজকই।

৬৬০। থিকপ থোকপদ, তুখদব মতমদ পুক্লিংন মাথাদ লৈ।

৬৬১। পুক্লিং অসি কদৌঠৈনমু হাঙহনব যাদে। মসি মশীং লাকচমদন ননশিন্নচুন লৈ।

৬৬২। পুক্লিংগী থবকশিংবু থঙলব অমসুং মশিবু অভ্যাস তৌজম লাকশিন্নব মহাক অচুবি অশেংন হুঙাইরবনি।

৬৬৩। মতম হায়বসি পুক্লিংগী মওং অম নত্তন জতে কম্লিম্মু লক্তে। মসি কলা শক্তিনি।

৬৬৪। ঐখোয়গী জৈব চৈতন্য অসিগী পোৎশিংদা জৈব চৈতন্যগা ফিবৈ অমম্মুং মচুগী কনা ঐখোয়না খঙবা হায়বসি ওই।

৬৬৫। পুক্লিংগী মমি অসিদা মপান্দগী করিগুম্বা খরগা তিম্নরগা পোৎ হায়বসি ওই। নংন মপান্দা উব্লিবা পোৎশিং অসিগী মমি অমম্মা পুক্লিংদা লৈরিবনি।

৬৬৬। অফবা অমম্মুং ফত্তবা, ফজবা অমম্মুং অথিবা হায়বসি অশেংবমক পুক্লিংনা শেম্বনি। পুক্লিংনা শেম্ববু শুম্নবদি মসিনা থুগাইবম্মু ওমই।

৬৬৭। পুক্লিং হায়বসিনা মহাকী থবকী অয়াম্বা শকক্তি থত্তজদে।

৬৬৮। অঙাং অমনা মাগী হৌখিবা মপোক্তা থেংনখিবশিং মাগী পুক্লিংগী মওং, থৌোইগী লমচৎ অমম্মুং শক্তি শিং ওইনা পোকপদা য়াওজরকই।

৬৬৯। মিৎ, মা, লৈয়েং অমম্মুং পূর্ব জন্ম সংস্কারগী থোঙদা সংসার অসিনা পুক্লিংদা চঙলকই।

৬৭০। কোলদি তোঙাল থোঙালি, তৌইগুম্মুং বাখলদি অমত্তনি।

৬৭১। লৈয়েং হায়রিবু ভয় থৌরবদি ইন্দ্রি পুম্নমক জয় তৌরে।

৬৭২। মিৎ, নাকোং অমম্মুং লৈয়েং হায়বা ইন্দ্রি অহুম অসিবু জয় থৌরবদি নংনা পুক্লিং অসিবু চাং নাইহনবা অমম্মুং পুক্লিংগী শক্তি মপান থোকখিবদগী কাজিনবা ঙমই।

৬৭৩। মতম পুম্নমক্ত মীগী অফবা অদুদতমক য়েংউ। মাগী দোষশিং অদু থোশাক্লু। ফুবা চবা হায়বদু মাঙথিগনি। তুংশিবা হায়বদু হেনগৎলক্তনি।

৬৭৪। তুংশিবা অমম্মুং মীহুংশি হায়বসিনা পুক্লিং নৌহল্লি।

৬৭৫। নংনা কাম, ক্রোধনচিংববু করিগী কিব্রি? মথোয় অসি নংগী মীনাই ওাত্তনি। নংদি সৎ-চিৎ-আনন্দ অম্মুনি।

৬৭৬। নংগী বাখল অদু বাইহেগ চানগল্লু! মসি অভ্যাস তৌ। নংন অহুকপন থম্মব কাম্নবশিং ফংগনি। নংন মসিবু চহি ১২ চুপ্প অভ্যাস তৌরবদি বাক-সিধি ফংগনি। নংন হেক হায়রিবৈ চুমগনি।

৬৭৭। বাখল মাঙলব (নৈত্রব) অমা ওইব হায়বসি থবাইদগী বাংব মথলগী ধ্যাননি।

৬৭৮। ধ্যান হায়রিবত্থু পুক্লিংন ইন্দ্রিশিংগ মরি নৈনব পোৎশিং অমসুং মথোরগী সুভাইবগী মরমদ থম্মদব অসিনি।

৬৭৯। পুক্লিংবু মাঙহনব হায়বদি মায়াবু তাথোকপনি।

৬৮০। অচুবদি মায় শেংব অমসুং অচম্বহনি।

৬৮১। উচেক, ৬। অমসুং থেঙ্গ্‌ গুম্ন গুক্ন শোকপদ, নত্রগ যেংবদ নত্রগ নীংবদ অমসুং থনবদ আধ্যাত্মিক শক্তি পীব ঙমই।

৬৮২। হয়-হয়, তত্তুন হোৎনবন নংন পুক্লিংবু মপুং ফান নমথব ঙমগনি। অভ্যাস অমসুং বৈরাগ্যগী পাম্বৈন নংন পুক্লিং হায়বত্থুগী ওঝা ওইগনি।

## ৮। পুন্সিদ মায়পাক্নব অমসুং ঈশ্বরবু খঙজনব শোয়দনা লম্বী

৬৮৩। পোৎশিং অসি ঈশ্বরন (ব্রহ্মন) মশাগী লিলাগীদমক কোং-দোকপশিং অহুনি।

৬৮৪। মৈ অমসুং মৈশা, উন অমসুং অইংব, লৈ অমসুং মনমগুম্ন matter and spirit থাইদোক্নব যাদে।

৬৮৫। শক্তি অমসুং শক্তি পায়ব অনিমক অমত্তুনি। ব্রহ্ম অমসুং মায়া থাইদোক্নব য়াদব, মশা অমত্তনি।

৬৮৬। সংসার অসিন নংগী থবাইদগী কব ওঝানি। মচাক মচা অসি নংগী গুরুশিংনি। প্রকৃতিনা নংগী নথানি অমসুং মাধকৈ ভ্যাকপনি।

পৃথিবী অসি মথল মথা অমাধ ধর্ম্ম চাওখংনবগী থবাইদগী কব ত্রেনিং তৌকমনি।

৬৮৭। বিজ্ঞান অমসুং ধর্ম্ম, রাজনীতি অমসুং ধর্ম্ম থাইদোক্লব যাদে। আধ্যাত্মিকী মক হুনকন লৈবাক অদুসু রাজনীতিনা শেম শাবনি।

৬৮৮। প্রকৃতিগী শক্তি অমসুং নিয়মশিংগী মরমদ তথ, পুক্রিংগী শক্তি অমসুং পুক্রিংগী নিয়মশিংগী তথ অসিদন ঐথোয়বু মপুং কাহনব ঙমদে।

৬৮৯। বিজ্ঞান পুম্নমক আত্মা জ্ঞান্দ যুম্ফম ওইব ঙাক্তনি।

৬৯০। বিজ্ঞায় পুথোকপশিং অসিন ঐথোয়বু ভশেংন হুংঙাইহনব ঙম্লব্রা? মসিন হৌজিক্কী মতমদ বাহং পুম্নমকী বাহং ওইরি। পোৎশিংগী মায়কৈদ বিজ্ঞায় বাথলগী লোক্রিংব কুমৈ অমদি হাপকৎলে। বিজ্ঞানগ আত্মা জ্ঞানগ (ব্রহ্ম বিদ্যাগ) চাংদমক্নরবদি হায়রিব বিজ্ঞান অসিদি ইচম চথ বাইকুপ্নি।

৬৯১। সংসারদ লৈন লৈন করম্ন দৈব্য জীবন অম ওইন লেনগদগে হায়বদু তম্ন্। সমাজবু আত্মা ভাবত সেবা তৌ। অদু ওইরবদি বাহং পুম্নমকী পাওথুম পীরবনি।

৬৯২। নংদি অচুম্ব হায়বদুগী তুংনকমনি। অচুম্ব হায়বসি নংগী অশেংব নমিংনি। অচুম্ব অদুদগী নং লাকইবনি।

৬৯৩। থবক্কী আউন্দ অমন থিওরি টন অমদগী কব হেল্লি। নংগী মতিক চান থিওরি লৈরে। হৌজিক্তি থবক্কী লবুক্তা চোংথরো। সংসার অসিদসু অতোপ্প সংসারদসু থবক্কী হাকথেংনরব যোগী অম ওইয়ু। মায়পাকপ হায়বদুন নঙোন্দ নোনজরসনু।

৬৯৪। মতমদি থবাইদগী মমল য়াবনি। মতমদি হেংগুন চেনবনি।

মিকুপ খুদিংগী নং অহল ওইশিল্লিবনি। ঘড়ীন কাংশি খীংলকপদ নংগী পুন্সিগী পুং অম তেনশিল্লবনি।

৬৯৫। নংন মীওইবগী মপোক অসি অমুক কংখিদব যাউ। নংগী পুন্সিগী নথোদ সায়পাকপ অম ওইয়ু। হৌজিকমক, মিকুপ অসিমক্তগী লাইপোক অম ওইয়ু।

৬৯৬। নংন উবিব, তারিব অমসুং চৎলিবসি মহাক্কী শক্তিননি। নংন উম্বিব পুম্নমকসি ঈশ্বরনি। নংন তারিব পুম্নমকসি ঈশ্বরত্নবুনি। ঈশ্বরন নংগী থুংন থবক তৌই অমসুং ঈশ্বরন নংগী চিন্ন চায়। অপঙব অমসুং নাপলন মরম ওইদুন নংন মহাকপু কাউরে।

৬৯৭। আধ্যাত্মিক্কী কলচর অসিন কলচর পুম্নমক্কী নিংথৌনি। কলচর হায়বসিদি শেংদোকপ নত্রগা শিক্ষানি। "আধ্যাত্মিক" হারবদি মসুংগী ঐ নত্রগা আত্মা নত্রগা ব্রহ্ম, মহাক্কী মথৌশাদি পুম্নমক্ত লৈব, পুর্ণ-জ্ঞান ওইব, পুম্নমক ওইব অদুগ মরি লৈনবত্নবুনি।

৬৯৮। ইঙুন ঙাইয়ু। অবাব থাঙব, পুক্কিং চঙব, খাঙবগী শক্তি, পুক্কিংগী চাং, পাইরক্কী লৌশিং চাওখৎহন্নবগীদমক হোৎনৌ। হায়রিব শুনশিং অসি নংগী নীংন-শক্তি চাওখৎহন্নবগীদমক য়াম্ন দরকার ওইবাশংনি।

৬৯৯। নীংন-শক্তি অসি থা অহুম অভ্যাস তৌ। নঙোন্দ নংগী মুংগী শক্তি অদু কাওরক্কনি। মতম খরগী মমাঙদ নঙোন্দ :লুন থোক্লবশিং অদু হৌজিক্তি লায়না উরক্কনি।

৭০০। ধ্যানগী অভ্যাস তৌবদ নীংশিংব অমসুং নীংবগী কলচর অসিমু লোয়নন য়াওরবনি। ধ্যান হায়বসিদি কলচর পুম্নমক্কী তেংবাংনি।

৭০১। নংন ধ্যান তৌবদ আধ্যাত্মিক য়ুমফম ওইয়ু। সুপনগী নীংশিংব অমসুং নীংব কন্নবগীদমক্ত ধ্যান তৌগমু; মক্ক ওইন আত্মা জ্ঞানগীদমক্ত তৌ। মহুন মক্ক ওইব পান্দমনি। কদৌঙৈদমু, মসি

কাউগনু। অতোপ্পশিংগী নিয়মগ ঐগী নিয়মগ খেয়ব মরুওইব ময়মদি মসিনি।

১০২। ধ্যানগী অভ্যাস তৌবসিন নীংশিংব অমসুং নীংবগী পাঙলমু অঙকপ কংনা হেনগৎহল্লি।

১০৩। অদুব গুনশিং চাওখৎহনবসিমক্তন কত্তব গুনশিং অদু মথা মতোমত্ত মাঙঅদি। অদুমকপু, কত্তব গুনশিং অদু মাঙহনখিনবগীদমক্ত থৌওইন হোৎনরবসু হেন্না কৈ। অদু ওইরবদি মায় থুন, হেন্না চাওখৎলি। মসিদি য়েক্লববু মায়কৈ অনিদগী লান্দাবনি।

১০৪। হিংসা পুম্নমক অশাওবদগী হৌরকপ চাক্তনি। অশাওব হায়বসিদবু মাংহল্লবদি হিংসা পুম্নমক অমত্ত উররোই।

১০৫। পুক্নিংগী হুকুম য়াওদনা ইন্দ্রিয়শিংনা মনীংতৌনা করিগুম অমত্ত তৌব ঙমদে।

১০৬। নীংবকনব মী অমগীদমক মরোন অহুমত্ত ওইথোক্কব অমত্ত লৈতে।

১০৭। নীংন-শক্তিবু ব্রহ্মচার্য্যগী পাঙলনা শোগৎলি। ব্রহ্মচার্য্য য়াওদনদি বাখলগী নৈনবসি মপুং ফাব ওইথোকতে। নীংব হায়বসি ব্রহ্মচার্য্যগী অতোপ্প মমিং অমনি। বীর্য্যগী মরিক থুদিং অসি চাওরব শক্তি অময়মনি।

১০৮। শিব নাইত্রব আত্মা অচৌব ধ্যান তৌরবদি নীংবগী শক্তি অসি হেনগৎলি। মসি খবাইদগী ফব নিয়মনি। হৌগৎলকপদদি নংগী নীংবগী শক্তি অসি চাং য়েংগুগনু। মসি অকনব, অশেংব অম ওইক্রিকাওব ঙাইয়ু।

১০৯। নংগী হায়ব ইনবা, ময়মঙকপ মীনাহেদি নীংব হায়ব অসি-

মকোক অসি হৌংব থবগদবনি। মহাক্না ফিবম পুম্নমক্তা মপুক্কিং অসি চাংদ থমগদবনি।

১১৮। নংন খুদোংথিব অম নংবদ হেক্তা নীংহল্লগনু। নখোয়ী শিকথগনু। নংগী হৈশিংবদু মিংথিন শিজন্নৌ।

১১৯। নখোয় খুদিংন নংগী পূজিগী পান্দম অদু ভশেং ভশেংন থঙগ-দবনি। ন'ন নংগী পূজিগী পান্দম অদুগা চান্নগদব ফিরেপ থম্ম মাংথোক্তুনা থমু।

১২০। মাতৌ নাইব পোৎশিং অসিদ হুৎহাইব দৈজৌবনি। অশেংব, লেঙদব শান্তি হায়বত্তদি অমত্তা চায়দ্রব মঙোন্দদ লৈবনি।

১২১। আত্মা অমম্তুং নীংবগা মাম্ন নক্কব মরি লৈনৈ। লেঙব নাইব নত্রগা মশা মাম লোংব আত্মা নত্রগা ঈশ্বর হায়বদি নীংব নত্রগ পূক্কিং অসিদনি।

১২২। নংন থনব অমম্তুং কত্তব অনিসি থাইদোক্নব ঙমলোই। মখোয় অসি মৈ অমম্তুং দৈশাগুবনি।

১২৩। ঐখোয়না পাযজদব করিগুম্বা অমা লাকশিন্নব খুদৌংগী কব নিরমদি হুৎহাইজবদুগী ওম্ন তৈনবদ থনবসিনি। অকবন কত্তবদু লাকশিন্নি।

১২৪। বাথল থনব অমম্তুং স্বর হোনব অনিসি মাম্ন নক্কব মরি লৈনৈ। বাথল অসিন পূক্কিং চপ মৎনবদ স্বর অসিদু পীকথত্নকই।

১২৫। তাব অমম্তুং উবগী শক্তি চাউখৎহন্নব মহাক অদুগী নিংশিংনব শক্তি হেন্ন লৈ।

১২৬। হকচাং অসিদি পূক্কি'ন মশাগী হুৎহাইনবগীদমক্তা শেমজব ছাচানি। হকচাং অসিবু নংগী মিনাই অমদি খুৎলাই অমগুম শীজিন্নৌ।

১২৭। মিৎ অমম্তুং নাকোং অনি অ'স অঙকপগী মশক ওইরব পূক্কিংগী কারখানা অসিদ থোঙ ঙাকপশিংনি। মখোয় অসি চঙকম থোঙনি। চিন অসিন থোক্নবগী থোঙনি।

১২৮। ধর্ম্মগী লাইরিকশিং কা হেন্না পাব হায়বসিগী শেংবব অপাম্বা অমনি। মসি শাস্ত্র বাসনা অমনি। শাস্ত্রদি লোইবা নাইদবনি। পুন্সি অসিদি তেনবনি, মৈথাই থিজাইবা মায় লৈবনি।

১২৯। অপাম্বা মাওঙনবা অমত্তুং ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিনবা হায়বসি পুক্নিং লাকশিনবগী মরু ওইবা খোঙথাং অমনি। ইন্দ্রিয়শিংন পোৎশিংগী মতুং ইন্নি। অতুগ হুইন নপুনী মতুং ইনবগুম পুক্নিংন ইন্দ্রিয়শিংগী মতুং ইন্নি।

১৩০। মোমোন নোকপ, হয়াও তম্বাম মায়থোংদ মতম পুম্নমক লৈয়ু। মসিন নচোম্ব অকব নগুণ অমা হেনগৎলকনি। মীন নংবু পামগনি।

১৩১। খোনা কৌ। অতোপ্পা মী অম হেক উৎদ ইচম চম', পুকচেল তিন ইকাই খুম্নো। নপুক্নিং মাওন নকোক নোম্নুন থুরম্লু। মী অহুন মপান নাইদনা হুত্নাইজগনি। মানা মথম্মোই শেংন নংবু ওকনি অমসুং নংন উমব অজুম মাই পাকনি।

১৩২। মমা মপাশিংন মচাশিংদ খোন হাপ্পিগদবনি। মখোয়ন হায়বিগদবনি "মসিদ নোংশা অম লৈরে। লাই অসিদ লৈরিবা নোংশা অসি য়েংউ। নংন্তু নোংশাদোন চংউ। খোনা কৌ। লাই অসিদ শিবাজী নত্রগ অর্জ্জুন লৈরিবসি য়েংউ" অসিনচিংবা।

১৩৩। মশাগী কত্তব লমচৎ অমসুং থাখল হোংদোকপ অসি মী থুদিংন ওব শক্তিগী মসুংদ লৈবনি।

১৩৪। লমচৎ চাবসিদি নংগী থাখল, কিদম অমসুং পুক্নিংগী থোইনশিনবগী থোরকপনি। নংন নংগী থাখল অমসুং পুক্নিংগী কিরেপ অদু হোংদোক্লবদি লমচত্তি মথান অদুম তোংজখিগনি।

১৩৫। নংগী লমচৎ শেমগৎলু। মসিন নংবু পুন্সিদ মঙল ওইহনগনি। থুমিং থুদিংগী কত্তব অয়িবা শাজৎশিং অদু লৌথোকউ। লমচৎন নংবু পুন্সিগী লমথুংবদ অদু ফংবদ তেংবাংগনি।

১৪৬। থকসি-থাসি নাইৱ হায়ৱসি পুক্নিংগী মেকুৱ অমনি। থকসি-থাসি নাইৱ, চাংনাইৱ, তোপতৌৱ, বৈরাগ্য, সাধনা অসিনচিংৱ থাহৈশিং অসি পুক্নিং অসিন তাৱদ য়ায়া কিজৱ থাইশিংনি। মখোয় অসিবু অভ্যাস তৌরবদি পুক্নিং অসি মতোমত শিজখিগনি।

১৪৭। চাং নাইন ধ্যান তৌৱ মহাক অত্থুন থুন সিদ্ধি ফংই। মহাক অত্থুন লায়ন ধ্যানগী পুক্নিং অসি ফংই।

১৪৮। ঙম্ম তুম, ঙম হৌৱ হায়ৱসিন মী অমবু মপা কহল্লি। লল লৈহল্লি অমম্ভুং শিংহল্লি।

১৪৯। পুন্সিগী লম্বীদ অপনৱ পীরিৱ অমম্ভুং অয়ানৱ তৌরিৱ অঙাং ওইরিৱ জীৱশিং অসিবু ঙাকপিয়ু। মখোয়গী ময়ানশিংবু ঙাকপিয়ু অমম্ভুং কাউথোকপিয়ু। নং পুন্সিদ নমায় পাকনি। নং ঈশ্বরবু থুন ফংজগনি। মসিদগী হেনৱ লম্বী অম লৈতে।

১৫০। মোমোন লোকউ অত্থপ ঙাইহাকম্ভু থবাই পেয় নোকথোকউ।

১৫১। অয়ানৱ অম কুপশিন্নৱগীদমক মহাক্ত মীনৱ তয়া ঙাঙগনি। মীনৱ তয়া অহু শাগৎনৱগীদমক মহাক্ত মীনৱ মাথৈ অমম্ভু হায়রক্লনি। মহাক্তী শক্তিন অচুম অমুক ঙাঙৱ ঙমলক্রোই। মাগী মপুক্নিং মপুকচেল অহু পুম্নগনি।

১৫২। কন্নিঙৱ থজিক্তং শাওগৎনৱকপদ বা ঙাঙনৱ তোকউ, মৌন তৌ। হুমিং থুদিংগী পুং অমা নত্রগা অনি মৌন তৌৱসিন অশাওৱবু লাকশিনৱগী অচৌৱ তেংবাং অম ওই।

১৫৩। মসিগী সংসার অসিদি অশেংৱ নত্তে। ঐদি মসিদ হুম্নগী মতম ঙাইহাক্তীদমক লৈৱনি। ঐবু ইকায়ৱ অসি থাঙহনবিয়ু। ঐন মাবু ঙাকপিহল্লু। ঐদি পুক্নিংগী পাম্বল অমম্ভুং থাঙৱ কনৱগী শক্তি চাওখৎ-হনগদৌরিৱনি। মসিগী অচুম মথনগী থাৱল অসিন অশাওৱবু জয় তৌৱ ঙমগনি।

১৫৪। কনাগুম অমন অকিব হায়বসিবু অম তৌরবদি মাগী সাধন তথাই অমা লোইরবনি।

১৫৫। নশাবকপু আত্মা ওইন থজ্জু অকিব মাঙথিগনি। মসি থবাইদগী পাক্কল কনব নিয়মনি।

১৫৬। নিশা-চাব সাধুন হায় "গঞ্জান পুক্কিং চপ য়ুংহল্লি।" মসি ইচম চম ওইথোক্কব অমনি। নিশাদ চাওরব কনামক্তন পুক্কিংগী থোড়চং অসিদ য়েংশিনব ঙমদে। মসিদি পুক্কিং চপ য়ুংব নত্তে।

১৫৭। সুপা সুপি তিয়বগী মুঙাইবসি মুঙাইব সুপ্পনৎ নত্তে। মসি পুক্কিং হায়বসিন মীনথিবা অমনি।

১৫৮। মী পুম্নমক সন্যাসি ওইব য়াদে। মখোয়দ মথল মথা অয়াম্ব অপুনবশিং অমসুং নপশিনবশিং লৈ। মখোয়দি কামি ওই অদুন সংসার অসি থাদোকপ ঙমদে।

১৫৯। ইশান সিংজব অমসুং ব্রহ্মচার্য্য হায়বসিদংন থবাইদগী শোয়দব মহৌশাগী ওইব চাবোক্কনবগী নিয়ম্নি।

১৬০। ভক্তিগী গীতা অধ্যায় অমমম পাও। শিব ভারব কাওবদ মীনম চাওদব হায়বসি কিরেপ অম ওইয়ু।

১৬১। মিহৌছন শক ফজবী হুপি অমদ নপুক্কিং অসিন মত্তুং ইনথুবদি নংগী নপুক্কিংদ হুপি অদুগী শকুম, শক, মথি-ময়ুং অমসুং নমথি হাৎচৈশিং অদুন শাব মশা অদুগী ফজরব কোটো অমা থম্মু। নংগী হুপি অমদ শেংদব মিৎয়েং লৈয়িবদু মাঙথিগনি। মিহৌবা অদুবু তুকচ্চো, হুপি অদুবুদি নত্তে।

১৬২। তপ্প তপ্প থুম অমসুং মত্তে থাদোকউ। থুম কাম অমসুং অপাম হেনহল্লি। থুমন ইন্দ্রিশিংবু মথিৎ শিংহল্লি অমসুং মপাক্কল কনথহল্লি। থুম থাদোকপন পুক্কিং অমসুং শিংজিগী কিবম ঙংন লৈহল্লি। মসিনু ধ্যান

তৌবা মতেং ওই। অহানবদি নঙোন্দ অয়াব অম ওইব যাই। মতুংদদি নংন থুম যাওদব চিক্লাকী মুঙ্‌ইবনু কংগনি।

১৬৩। হকচাং অমমুং লন-থুম পাবসিন অকিবগী হৌরকফমনি। য়াকিব অমমুং অপাম্ব অনিসি থাইদোক্লব যাদে। মখোয় অসিদি য়ৈ অমমুং মৈশাগুবনি।

১৬৪। অশিবগী সংসার অসিদ ঐখোয়বু হয় হয় পুরকইবসি অপাম্ব অসিননি। নংন করিগুম্ব অপাম্ব অমত্ত কৈত্রবদি সংসার অসিদ নং অমুক লাক্লরোই।

১৬৫। সংসার অসিদি প্রজাশিংগী মীথুংশঙ অমনি। মসিদ মীশিংন মতম থর তিন্নরমলগ অমুক হেক কায়নৈ।

১৬৬। ইনাকথুনব মীশিংন লাইরব মীশিংদগী হেন্ন পুকচেল পীকই। পুকচেল পীকপ মী অমন ইচম চম মরম অমগীদমক্ত অতোপ্পগ থংনৈ। মহাক্তি থংনগনবন মহৌশা ওই। মহাক্তি চাওখোকল্লি অমমুং শাওগল্লি।

১৬৭ অঙাংগী মপুক্লিং অসি থজিত্তং হোৎনরগ য়ায় কজন শেম যাই। অঙাংগী নৌরিব পুক্লিংদ মমি তাখিবদি শিব কাওব লেঙন নৈ। মখোয়দি কাউগনে। মখোয়বু মথক খোংব অমমুং অহল-লমনশিংদ ব্যবহার তৌব তম্বীগদবনি।

১৬৮। মুপিশিংন পতিব্রত ধর্ম্মগী মরু ওইবদু থঙগদবনি। মখোয়ন লাইশংদ চৎপগী দরকার করিসু নৈতে। মখোয়গী মপুরোইবদগী হেনব ঈশ্বর অমা নৈতে। ইহান হানবদ মখোয়ন মসি থঙগদবনি।

১৬৯। নংন হকচাং অমমুং পুম্পি অসি যাওন পুম্মক থাদোক্লব শেম শারত্রা? মদুতদ নংন ঐঙোন্দ লাকপ যারে। মতুতদ নংন নিভৃতি মার্গগী লম্বী অমমুং সন্যাস লৌব য়ারে।

১৭০। অশেংবমক লম্বী অসিদি অবাবন থল্লি। অবা-অনা থাঙব কনব অমমুং নীংব কনব মী অত্তুতন লম্বী অসি চৎপ ঙমই।

৭৭১। হৌজিক্কী মতম্দা সন্যাসি কাওবন সন্যাসি অহু ওইনবগী দমক পৈশা বা দরকার নৈদে। অহানবদা শেল-থুমগী নীংতম, মথংদা আধ্যাত্মিক সাধনা তানবা তাই।

৭৭২। অকোয়বদা লৈরিবশিং অহু কত্তবা নত্তে, তৌইগুম্বসুং নংগী কত্তবদি নপুক্কিং অহুনি। নংগী নপুক্কিং অহু নীংথিনা থকশি-খাসি নাইয়ো। অকোয়বদা লৈরিবশিং অহু কত্তে হায়রুগদ্রু, নংগী নপুক্কিং অহু হায় কত্তে হায়জৌ। অহানবদা নংগী নপুক্কিং অহু হায় তম্বীথো।

৭৭৩। পৃথিবী অপুম্বন হায়নিংব হায়জসু। ঐখোয়দা লেঙগুম্সিং চংকুম্সি। ঐখোয় ইশান ওইরিংত্তুদা শেংন ওইসি। শ্রীসিব, শ্রীকৃষ্ণ, শ্রীরাম, কাওব আলোচনা তৌনৈ।

৭৭৪। মৌন হায়বদি তুমিন্না লৈবগী বাশক লৌবত্তুনি। মথল মথা অয়াম্বা মৌনগী মথল নৈ। মসিন নীংবগী শক্তি হেনগৎহল্লি। মসিদি অচুম্বা চৎপা অমসুং অশাওবা লাকশিনবগী থ্বাইদগী চাউরবা উপাই অমনি। মৌন তৌরিবৈঙ মতম অহু জপ অমসুং ধ্যান তৌবদা শীজিন্নৌ।

৭৭৫। নংন হুমিৎ নিফুনি চুপ্পা অহুস্থান তৌনীংলবাদি হুমিৎ নিফুনি অত্তুমক মৌনিদা লৈয়ু। নং অঙকপা কংন শান্তি ওইগনি।

৭৭৬। বিশ্ব-জগৎ অসি পুম্নমক মপুং কায়বা বুঝ অত্তুন সুষুপ্তি মৌনদা লৈবা অত্তুনি হায়বসি লেঙদন য়ানয়ব অমনি।

৭৭৭। অশেংবা মৌনদি পুক্কিং অসিবু লেঙদন লৈহনবসিনি। মপানগী চিন্দা বা-ঙাঙবা অসিন পুক্কিংগী মৌনি তারকই।

৭৭৮। ব্রহ্মচার্য্য হায়বসিদি হৃপা হুপীগী কামগী বাথল অমসুং অপায় অত্তুদগী নীংতম্বনি। মসি বাথল, বাহৈ অমসুং থবক্ক ইন্দ্রি লাকশিনবনি। কামগী শক্তি অসিবু মপুংকান লাকশিন্নবা মী অত্তুদি অতোপ্পা উপাই অমত্তন কংবা ওয়েবা শক্তি লৈ।

১৭৯। কত্তব লমচৎপু খুদক্ত থাদোকপ হায়বসি অকব অমনি। ভুমিৎন ভাল্লিব সংসার অসিদ ওইথোক্তব অমত্ত লৈতে।

১৮০। ইন্দ্রিশিং অসিবু থকসি-থাসি নাইদ্রবদ করিগুম অবাংব সাধন অমত্ত ওইথোক্তে।

১৮১। ঈশ্বরন ভক্তশিংবু মথোয়গ চানদ্রব মকমশিংদগী থমজুন চাং য়েংগনি।

## ৬। ব্লিস ডিভাইন

### (ক) বাহৌদোক

১৮২। নহাক্ত মায় ইনাক খুল্লবদি নশাগী হুভাইব অমসুং কায়বগীদমক জহাজ, রেলগাড়ী অমসুং এরোপ্লেনচিংব লৈব মাই। তৌইগুমসুং নংন নংগী আত্মা অম লৈবদি মারোই। আত্মাদি পুম্নমক্কী অপুনবনি। মসিদি কনাগুম অমগী রেজিষ্টার তৌরবা মাল-চাং অম নত্তে।

১৮৩। ইন্দ্রিশিংগী জ্ঞান অসিদি মপান্দ উব জ্ঞাননি। অচুব অদু নত্তে।

১৮৪। পুম্নমক্কী মপুং ফারব অচুগ হকথেংনব অদুনি সমাধি হায়রিবসি। মসিন ব্যক্তিত্ববু মাঙহনবদি নত্তে। মসিদি ব্যক্তিত্বদুবু হেন্না মপুং ফাহনবনি।

১৮৫। অবাংব থাক্কী ধ্যানদদি মিং অমসুং মওং পুম্নমক মাঙখি।

১৮৬। আত্মা জ্ঞান হায়বসি নৌন তানগদব অম নত্তে। নংন আত্মা নত্রগা নশামক অদু য়োব নত্রগা কংগদবা অম নত্তে। তশেংনমক, নং নশামক অসি আত্মা নত্রগা অথোইব ঐ অদুনি। মুপ্পগী নংন মুংগী মিং অসি পাঙথোকপদনি দরকার লৈরিবদি।

১৮৭। মায়াদন তোঙান থাইদোকপসি ওইহনি। মান মী-মীগী আত্মা অমসুং পরমাত্মা হায়দুনা তোঙান থাইদোকই।

১৮৮। সংসার অসি ওইনবগী মচাক অছুনি মায়া হায়রিবসি। মিৎন উরিব পোৎকী সংসার অসি মায়াদগী থোরকপনি। মিং অমসুং পোৎন ওইরিব সংসার অসি মীনম মায়ান চাইথাইদুনা থম নত্ত-ওইদবগী মেংনব পোৎশিংনি।

১৮৯। সংসার অসি পুক্লিংদগী থোকপনি। সংসার পুম্বসি পুক্লিংন শম্নোকপনি। সংসার পুম্বসি পুক্লিংদগী থোরকপনি অমসুং পুক্লিংদ লৈবনি।

১৯০। সংসারগী করিগুম্বা অমত্তা পুক্লিংগী বাংমদ লৈতে। মতম, অতিয়া অমসুং লেঙবা নাইরিবশিং পুম্নমক অসি পুক্লিংন লাকশিন্দুনা শাগৎপ ডাক্তনি। মফম অমসুং মতম অনিমক লোয়নন চৎমিন্নৈ। মফম অমসুং মতম অনিসি অমন অমগী মথা পোল্লি। মথোম অনিমক ওইদব ডাক্তনি।

১৯১। মফম অমসুং মতম অনিমক পুক্লিংন শেম্ব ডাক্তনি। মফম অমসুং মতম অনি অসি মগুণ্ডম ওইদব ডাক্তনি।

১৯২। পুক্লিং অমসুং ইন্দ্রিন মেংবদ উব ব্রহ্ম অদু সংসার অসিনি।

১৯৩। পোৎশিং অসি ইন্দ্রিশিংন থজব আত্মানি।

১৯৪। মহাশক্তি থোন্নেন অমত্তন লোন কয়ামুক্ত ডাঙবনি।

১৯৫। ওইদব সংসার হায়বসি ইরোই সোইব থুগাইদুনা মেংলব অচুম্বনি। অদুগ মরি লৈনন লৈরিবা অসিদদি কনা অমত্তন য়াদবা ডগ্নোই। মসি থবাইদগী চাওবা মিৎয়েংদ নিংথিন চুম্নবা অমনি।

১৯৬। সংসার অসি সুপওই ওইদব অম নত্তে মরমদি নংন মসিবু হাকথেংনরি অমসুং নঙোন্দ মসি কাওরি। অদুগা মসি সুপওই ওইদব অমসুনি মরমদি নংন মঙাল কংলবা মতমদ মসি মাঙখিগনি।

১৯৭। সংসার অসিদি অকবসু নত্তে, কত্তবসু নত্তে। অকব-কত্তব হায়বসিদি পুক্লিংন শেম্বনি। বাথলন মদুমক ওইহল্লি।

১৯৮। কত্তব হায়বসি সংসার অসিদ লৈতে। মসিদি পুক্লিংদদ লৈগনি। মীওইবন মপুক্লিংদগী থক্তোরকপ অদুদবু উবনি।

৭৯৯। অশেংব ধর্ম্মদি লৌশিংগী ওমখৈদগী হৌগদবনি। ধর্ম্ম হায়বসি পুন্সিনি। পুন্সি অসিদি ওইজব থাদোকপনি। মীওইবগী পুন্সিদ ধর্ম্ম হায়বসি হাকথেংনরব অম ওইহনগদবনি।

৮০০। ইশাগী ওইজব থাদোকপ থবক্ত পুক্নিং শেংহল্লি অমমতুং ঈশ্বরগী মঙাল অহু কংহল্লি।

৮০১। ঈশ্বরগী অচৌব থৌরাং অম লৈ। মহুদ ঐথোয়মন শরুক য়াগদব লৈ। হায়রিব সংসারগী শিলা অসিদ নংগী শরুম অহু নীংথিন শরুক য়াও। নংগী নপুক্নিং অহু ইবুঙোগী খুয়া থবালদ লেঙহন থম্মু। নংন ঈশ্বরগী মপান নাম্ব্রব কুপা সমুদ্র অহুদ ইরোইব কংজগনি।

৮০২। শরু অমমতুং শত্রুমগী শিব নাইব হকচাং অসিদ অপাম্ব থমগন্নু। লিয় মকু হুবগুম মসিবু হুন্দোকউ। মিকুপ অমদ হেক্ত হকচাং অসি থাদোক্লবগীদমক নপুক্নিং লেপ্পু। মপুংফান অকিব লৈত্রব অম ওইযু।

৮০৩। নংদি অমুক্তসু পোকখিদ্রি। নংদি কদৌডৈদসু শিরোই। লাকইব অমমতুং চৎখিব্রবদি মপানগী হকচাং অসিদনি।

৮০৪ পুন্নমকপু মুংশিয়ু। পুন্নমকপু থৌজানবিয়ু। নংগী নথম্মোই অহু চাওথোকহল্লু। নংগী নথম্মোই অহুদ নংবু হু পীজগে তৌরিব, নঙোম্দ নঙক করুব থাঙ শৎলিব অতুগী ফাওব মফম থম্মু।

৮০৫। মরুপশিংবু চাং য়েংলবদি মথোয় পুন্নমক নংবু থাদোক্লমগনি।

৮০৬। প্রভু বুদ্ধনা মাগী শিষ্যশিং ফাওবদ থাজখিদে। মহাক্ত কয় নারবদ হঙোইগুম্ব চোংজুন তুরেন্দ ঈশিং থকপ চৎখি।

৮০৭। পৃথিবী পুম্ব থৌশাক্লসু। নংগী নথৌ অজুদ তৌ।

## (খ) অহিংসা

৮০৮। অহিংসা হায়বসি অচুব নত্রগা প্রেমগী অতোপ্প মমিং অমনি। অহিংসা হায়রিবসিদি বিশ্ব প্রেমনি। মসিদি ঈশ্বরগী প্রেমনি। প্রেম লৈব

মকম অদুগ অহিংসা নৈ। অহিংসা নৈব মকম অদুগ প্রেম অমমুং ওইজব থাদোকপ নৈ। মথোৎ পূম্নমকসি পূম চৎনিনৈ।

৮০৯। থবাই পানব জীববু অবাব পীদব হায়বসিন মীওইবন শান্তি ফংব ঙমই।

৮১০। অহিংসা হায়বসি মপুং ফারব আত্মা অমগী নোংমগী থবক্তে য়াওরব থবাইদগী পুকচেল চাওব, থবাইদগী কব পীথোরকপ অমনি।

৮১১। অহিংসা হায়বসিদি অচৌব আধ্যাত্মিক শক্তি অমনি।

৮১২। অহিংসা হায়বসি তুবচ্চববু মুংশিবন মহুৎ শিনব পুক্রিংগী কিবম অমনি।

৮১৩। অহিংসাদি অশেংব ওইজব থাদোকপ অমনি। অহিংসা হায়বসিদি ঙাকপিবনি। অহিংসাদি শক্তি নি। অহিংসাদি অশেংবা পাঙ্গলনি।

৮১৪। থবাইগী শেংব মওংদ অহিংসাবু অভ্যাস তৌ অদুগা ঈশ্বরগী গুণ অদু লৌ। অহিংসা অমমুং লাইগী গুণ অনিসি অমত্তনি।

৮১৫। অচুম্বগীদমক হরাওন থবাই কাওব থানবগীদমক নংন শেম শাগদবনি। অমত্ত ওইরব অচুম্ব অদুদি অহিংসাদন ফংগদবনি।

৮১৬। অকিব নৈতব হায়বদু য়াওব্রবদি অহিংসাদি ওইথোক্তব অমনি।

৮১৭। পাণ্ডব মী অমন অহিংসাবু অভ্যাস তৌব ঙমদে।

৮১৮। অকনবশিংগী লমচত্তা অহিংসা হায়বসি নৈতেং ওইব গুণ অমনি।

৮১৯। অহিংসা হায়বসি অকনবশিংগী থুৎলাইনি।

৮২০। অহিংসা হায়বসি ঙাকপিবা হায়বদুগী মপুং ফাব মওংনি।

৮২১। কনাগুম অমনা নঙোন্দ সুংস্নবদি তুমিম্ন নৈয়ু। নপুক্রিং অদু কাথো। নঙোন্দ য়াম্না তমথিরম্ব য়েক্লব অদুম্ব থেৎথিগনি মরমদি মানা নঙোন্দগী লাম্বা ফংজে। নংন মুনি অমগুম লেপ্প অদুদ মানা ঙকনি অমমুং বিগনি। সুম-সুম নাংন মপান নাইত্রব পাজল ফংলকনি।

৮২২। অহিংসাদগী হেন্না কনব শক্তি অমত্ত লৈতে।

৮২৩। শেংনা থাজবা অহিংসা অভ্যাস তৌরিব মহাক অদুন পৃথিবী পুম লেঙহনব ঙমই। মহাক্না অমতগী শাখিংবু থেংনব ঙমই, পুম্নমক্তা থম্মোই অম তৌব ঙমই অমসুং শাগী রেক্রবু নমথব ঙমই।

৮২৪। যোগী অমন ঙাক্নেমক নোংলো, কৈ কাংবদা হুকুম তৌব ঙমই। মখোয়না লোয়নবা ইংগনি। মসি অহিংসাবু অভ্যাস তৌবদগী করই ভুত সিদ্ধি হায়বগুনি।

৮২৫। অহিংসা মাংখন আত্মা জ্ঞান কংব ওইখোক্তবনি।

৮২৬। অহিংসাদি সংসারগী অচৌব হিরম অমনি। মসিদি লৈবাক পুম্নমক্তা মী খুদিংনা অভ্যাস তৌগদব অমনি।

৮২৭। অচুম থৌনীংদিব মী অদুন অহিংসাবু অভ্যাস তৌগদবনি। অহিংসাদা মাবু অভ্যাস তৌরিব মী অদুবু ঙাকপি-কনবিবগী শক্তি অম। লোত্তুনা লৈ। মশক উবা ঈশ্বরগী থুংনা ঙাকপি। মসিদা কিনীংঙাই কয় অমত্ত লৈতে।

## (গ) অশাওব

৮২৮। অশাওব হায়বসি শান্তিগী যেক্রবনি। মসিদি জ্ঞানগী য় ।

৮২৯। কিংনকপ নঙ্গা লৌনবকপ কত্তব খাথনা অশাওব পোকহল্লি।

৮৩০। অশাওবদি পুক্নিংগী হকচাংদা লৈ।

৮৩১। অশাওবসিদি পুক্নিং শক্তি লোনবগী থুমনি। মতম পুম্নমক্তা মসিদি অপঙব নঙ্গা অশোনবদগী হোয়কই অদুগ নীংঙমদব অমদি মীবা ঙাংনবন লোইশিল্লি।

৮৩২। নংনা অশাওববু নমথরবদি মশান নাইত্রব শক্তি মায় তুংশিনলবনি। অশাওববু নমথরবদি পৃথিবী পুম্নমকপু লেঙহনব ঙম আধ্যাত্মিক শক্তি ফাওরকনি।

৮৩৩। সংসার অসি পাপ নত্রগা অরানব থবক্তী হৌরকখদি অপাম্ব হায়বসিনি। অশাওব হায়বসি মওং হোংদোক্নব অপাম্ব নত্রগা অপাম্ব অহুমক্নি। অশাওবদি অপাম্বহুমক্নি।

৮৩৪। অপাম্ব অমা থুংত্রবদ নত্রগা অপাম্ব অহু থুংনবগী লমদা অপাম্ব লৈরব মী অমদ অশাওব হায়বসি লাকই। অপাম্ব অহুন অশাওব ংল্লি।

৮৩৫। শঙ্গোম্ন মাথল ওনবগুম অপাম্বন অশাওব ওল্লি।

৮৩৬। বীর্য্য য়াম্ন মাঙহনবসিন শাওহনব অমদি শাওগনবগী মরু ওইব মরমনি। কামি ওইব মী অমন অতৈশিংদগী শাওগনব হেল্লি। বীর্য্য য়াম্ন মাঙহল্লব মী অহুদি করিসু লৈতব মরমগীদমক ক্বাওব শাওগল্লি।

৮৩৭। অশাওব হায়বসিদি ইশাগী অহুগা মহৌশান ওইজব থিবনি।

৮৩৮। য়াম্ন কব মী অমন থিকুপ থরদং শাওই। মধাই ওইব মী অমন পুং অহুম শাওই। অতোনব মীন অহিং অমগ হুথিল অমগ শাওই। মহাপাপ্নি অমন শিত্রিকাওব শাওই।

৮৩৯। অশাওবন মাথা, শিংলি অমসুং ঈগী ফিবম হোংহল্লি। ঈ শাগংহল্লকই। ঈদা হুগী মচাকশিং পোক্লকই। ঈদ কায়রকপন বীর্য্যদসু অমাঙব ওইহল্লি।

৮৪০। অশাওবন জ্ঞানদ লৈচিন থাংহল্লি।

৮৪১। হুংশিং মায়রমদ থাংবৈ থাল্লবদি নংন নীংথিন উব ঙমদে মতৌ অহুগুম্ন বুদ্ধি অসি ভথক ভথক্নব নত্রগা শাওহুন মথক মথা ওল্লবদি নংন চুম্ন উব, চুম্ন থঙব য়াদে।

৮৪২। কত্তব গুণ পূম্নমক কত্তব থবক পূম্নমক অশাওবদগী হৌরকই। নংন অশাওববু মুথংলবদি কত্তব গুণ পূম্নমক অহুদি মতোমত মাঙজথিগনি।

৮৪৩। অশাওবদি শক্তিগী মখোলনি। মসিন মাখোক্লহুন হাকথেংনন ভানথেংনব য়াম্ন থুদোং চাদে।

৮৪৪। নপুক্সিং অচু থৈদোকউ। আধ্যাত্মিক্কী অকন বাধল খল্লু।

৮৪৫। প্রার্থনা তৌ, নত্রগা ভাগবত গীতা, রামায়ণ উপনিষদকী শ্লোক খরা থীয়ু। থাঙব করব, হুংশিব, ঙাকপিবনচিংব লাইগী অকব গুণশিংবু মথং মথং নীংশিংউ।

৮৪৬। হকচাংগী ঊ শাগৎপসিগ চিঙ্গাক য়াম্ন মরি লৈনৈ। শঙ্গোম, উটৈ, মুগ হবাই, শঙ্গোম মপান, গেহু, লৈপাকহবাইনচিংব সাত্ত্বিক অহারশিং চাও।

৮৪৭। তিলহৌ, চরম, কোবী থমচেংমানবী, হবাই মুশোরি চাগনু। অশাব পোৎ, ইরোনব, মোরোকমেৎপ, শা, য়ু অমসুং থৈথু থাদোকউ।

৮৪৮। থৈথু থকপ, শা চাবা, য়ু থকপনচিংবসিন হার্ট শোকহল্লি। অচুন মথোম অসি পুমতোক তোকফবনি।

৮৪৯। থৈথু থকপন থম্মোইগী লায়না চেল্লহল্লি। মসিন থৈথুগী থম্মোই ওইহল্লি, ইরাই লায়না শাগৎহল্লি।

৮৫০। য়াম্ন শাগৎনব থেৎনব অমদি খনন-নৈনবদ য়াওরুগনু।

৮৫১। মতম পূম্নমক্ক অথুব অমসুং অথোৎপ বা ঙাঙনব হোৎনৌ অচুপ অকনব যুক্তি প্রমাণ শীজিন্নৌ।

৮৫২। থুম্ন ঙাঙ্গ। থবিক্কুং ঙাঙ্গ, ভদ্রলোক ওইয়, তপথৌ।

৮৫৩। অশেঙব বাখলন অশাওব কাজিল্লু। মী অমন নংবু হুই নত্রগা গাধা হায়রগা নংন শাওরিব কৌরিগীনো? নংবু হুইগুম্ন নখোং মরি অমদি নটৈ পাল্লকপ্রা? চৈব হায়বসিবু কৌরিনো? মসিবু ইচম চম হুংশিংত থৈব খোঙ্গেল অমা নত্রা?

৮৫৪। নঙোম্দ শাওবহ কাজিনব বারবদি য়াম্ন থুনা মকম অচু থাদোকউ। য়াম্ন শাংন চৎলু। ঈশিং অইংব খরা থকউ। "ওঁ শান্তি" হায়দুন চাম নিপাল্লক শোল্লু। অশাওব অচু নেমজবিগনি।

৮৫৫। অকচ, কত্তব অনিমক মীদ লৈরে। মীওইব হায়বসিদ অনিমক অসি য়াম্নশিন্নবনি। অশাওববু খিংব অমাদ অকচ থবক তৌব অসিননি মীওইববু জীব অতৈগী মথক খোংহল্লিবসি।

৮৫৬। অয়াংব থাকী ধ্যান অমসুং নিংথি কলপ সমাধি হায়বসিদি মপুক্লিং তপ্পব ভক্তশিংদন ফংগদবনি। মহাক অদুতন নিষ্কাম কর্ম যোগ সাধন তৌব ওস্লি।

## (ঘ) অবতার

৮৫৭। মসিদি মীন কান্নবগীদমক লাইন পুথরকপ অমনি।

৮৫৮। অবতারগী মরমদি পৃথিবী অসিবু খুদোংথিবদগী কন্নব, কত্তবশিংবু মাঙহন্নব অমসুং ধর্ম চেনবশিংবু কন্নবগীদমক্নি।

৮৫৯। অবতারশিং অসিদি অমত্ত ওইব অখোইব অদুগ মশা অমত্তনি। মখোয়দুদি ইচম চম জীবাত্মা মচেৎ অমা নত্তে। মীওইবশিংবু মাঙনব অমসুং কনবিবগী থবক অসি তৌইরগা মখোয় অসি পৃথিবীদগী হনখি।

৮৬০। অবতার হায়বসি মথল য়াম্লি।

৮৬১। মখোয়দি মীওইবন তৌবগুম্ব অশেংব পোকপ শিব অসি লৈতে।

৮৬২। চক্রি অমনা অহোম্ব মীগী কোট চুবগুম মশাগী কোট চুজব ওস্লি, মতৌ অদুগুম অতোপ্পগী হকচাং শেম্বিরিব ঈশ্বরন মশামক্তী হকচাংসু শেমখৈ। মসিদ অরুব করিসু লৈতে।

৮৬৩। অবতার অমনা নংগী নমাঙদ কেপ্পরবসু নংন মাবু খঙ্দোকপ ঙমলোই। মাবু অবতার ওইন উনব মংগী থিং লৈতে। নংন মাবু চুম্নগী মীচম অমগুম্ম লৌগনি।

৮৬৪। সাধুদন সাধুবু খঙব ঙম্মী।

৮৬৫। অহানবদ মত্তিকচাব অমা ওইদু অদুগ মথংদ অপাব শেম্ম।

৮৬৬। অশেংব যিশু মক্লগা কৃষ্ণদি নংগী নথম্মোই মসুংদ লৈবনি। মাদি মতম পুম্নমক্ত মকম অতুদ লৈবনি। মাদি নংগী সুংদ লৈবদুনি। মাদি নংগ মতম পুম্নমক্ত লোম্নবনি।

৮৬৭। সুংদ লৈবিরিব ইবুংঙো মাগা মাম্নব মরূপ অম লৈতে। মঙোন্দ চঙ্কজৌ। মাবু খঙজৌ অদুগ ননীং তমজৌ।

## (ঙ) ভক্তি

৮৬৮। ভক্তিদি ঈশ্বরদ চঙজদুন পোথাবনি।

৮৬৯। মোংচাবীন যেত্তুম চিংশিনবগুম ঈশ্বরন জীববু চিংশিনবিব অদু ভক্তিনি।

৮৭০। ভক্তি হায়বসি মরম লৈতন সুংশিবনি। ভক্ত অমন সম্পূর্ণ ঈশ্বরদবু পাম্মি মতুদ করিগুম্ব ওইজব আশা অমত্ত লৈতে।

৮৭১। ভক্তিদ অকিব লৈতে। মচা অমন লেসন জর্জি ওইব মপাবু কিব্র ? চুপিন মংরোইববু কিব্রা ? মতৌ অদুগুমন ভক্ত অমন ঈশ্বরবু কিদে।

৮৭২। পুক্লিংদ খুক লাংনা ফাওরকপ অদু ভক্তি নত্তে। পুক্লিং চোইরকপদু ভক্তি নত্তে। মথোম্নসিদি ইচম চম্ব পুক্লিংগী ঊখিলনি।

৮৭৩। ভক্তি হায়বসিদি ঈশ্বরবু নীংব অমসুং মাগী মরমদ কংজব জ্ঞান অদুগী থোক্লেনদনি। মসিদি ঈশ্বরগী মপান নাইত্রব প্রেম অদুনি। অসিন মথৈদ জ্ঞান ওইন শাৎকায়রকই। মসিন শিব নাইত্রব নক্লগা ঈশ্বর কংবদু ওইহল্লি।

৮৭৪। ভক্তি হায়বসিদি ফিদম অদুদ থম্মোই ফাওদুন চৎপনি। পুম্নমক্ত সুংশিব হায়বসিদি হৌনশানি।

৮৭৫। ভক্তিদি কিবম পুম্নমক্ত মী, পুম্নমক্ত অভ্যাস তৌব য়াই। মসিদ দরকার ওইরিবদি ঈশ্বরবু লেপ্তুন নীংজব অসিনি।

৮৭৬। ঈশ্বরদ চঙজনবগীদমক লৱৌ পুম্নমক্কী ভক্তিন লায়। মরম অসিননি ভক্তিগী লৱৌ অসি পুম্নমক্ক থুংহনবিরমলিবসি।

৮৭৭। ভক্তিশিংদি নোল্লুকই, নোল্লুকপ মতৌ হায়বসিন ভক্তিগী মুঙ্কমনি।

৮৭৮। জ্ঞান যোগ হায়বসিদি বুদ্ধি লৌশিংগী যোগনি। মসিদি থুগাইডুন য়েংব অমসুং থন্দোক থজিন তৌব লৱৌনি। মসিদি থৱ নাইদমখৈ থন্দোক-থজিন তৌবনি। মসিদি য়াম্ম শুদো'থীব লৱৌনি।

৮৭৯। রাজ যোগ হায়বসিসু অরুব অমনি। মসিদি সমুদ্রগী ঈথকশিংবু নেমহনবনি। মসিদ নংন রাথলগী ঈথক পুম্নমক ফাজিনব তাই।

৮৮০। কর্ম যোগ হায়বসিসু অরুব অমনি। মসিদি খরাইদগী রাংব চীংদোলদু কাবনি। নংগী অঙকপ কংলব লীংবগী শক্তি লৈব তাই।

৮৮১। অরাইবদি ভক্তি যোগ মথন্তনি।

৮৮২। অঙাংন মমাদবু, সুপ্পগী মমাদবু নীংই। কামি ওইব মপুরোইবম মাগী হুপিদবু নীংই। মীহৌচাউব মী অমনা পৈশাদবু, সুপ্পগী পৈশাদবু নীংই। মতৌ অদুগুম্ন, ভক্ত অমন মাগী থৱোইদ মাগী ইষ্ট অদুদবু, সুপ্পগী ইষ্ট অদুদবু লাৎকদবনি। মদুতদ মানা লায়ন ঈশ্বরগী দর্শণ ফংজগদবনি।

৮৮৩। পোৎশিং অসিদি ঈশ্বরগী মরীদদি য়েক্রবশিংনি। ইচা, হুপি, মান-চাং শা-যণ, য়ুমশিং, মরূপশিং অমসুং মরীমতাশিং অসি ঈশ্বরগী মরীদদি য়েক্রব ঙাক্তনি। নংন মথোয়শিং অসিগ ওয়-তৈনব রাথলশিং অদু য়োকথৎকদবনি।

৮৮৪। নংন হকচাং অমসুং মাগী অপাম্বশিং অসিগী মরীদ কাগেম্ন থম্মোইদোবনি। হকচাংগী রাথল, চিন্তাকী রাথল, হুপিগী রাথল, অমসুং অঙাংগী রাথল অসিন মরম ওইডুন নংন ঈশ্বরবু কাউথোকই। নংন আত্মা নত্তব পোৎশিং অসিগী মরীদ থল্লিব মথৈ নংন ঈশ্বরগী মরমদ থনব ঙম্মোই।

৮৮৫। ভক্ত অমন ঈশ্বরবুদ্ধি ঙাইহাক্তং থনব অদুগ অতৈ মতমদন মতু, মচা, শেল, য়ুম, শা-যণ অমসুং লন-থুম অতৈগী থক্কব অদু ওইরবদি ব্যভিচারিনি ভক্তি কৌই। প্রেম অসি মচেৎ তারে। ঈশ্বরদন পুক্কিংগী মচেৎ থজিক্তং পীরে। অরেপ শরুক অদুন ইমুং মচুং অমসুং মান চাংশিংদ পীরে।

৮৮৬। ভক্ত অমন অয়োবীদ, পুক্কিং অনি লোৎদন আত্মা সমর্পণ তৌরবতদ ইবুংঙো মানা ভক্তগী মথা পোল্লি।

৮৮৭। ইবুংঙো মাদি য়াম্ন তংথিংনি, মানা ভক্তশিংবু অয়োব চাং য়েংই অমসুং পরিক্ষা তৌই।

৮৮৮। অপাম্ব নত্রগা নাপলগী পীকখুব এটোম অমতং লৈরিমথৈ ঈশ্বরগী থোজাল ফংব ঙহৈথোক্তে।

৮৮৯। ভক্তিন চাওখৎলকপদ অপাম্বন অপনব পী।

৮৯০। ভক্ত অমন ঈশ্বরবু ঙ্ংশিজৈ অদুগ ইবুংঙো মহাক অমসুং মাগী সৃষ্টি অসিবু সেবা তৌবৈ। মহাক্ত মুক্তিগীদমক নীংদে, তৌইওবসুং মদুদি ইবুংঙো মানা হায়জ-নিজরুদন অদুম পীবি।

৮৯১। ভক্তিগী ভাব মথল তরুক লৈ। ইরোই-লোইব অদু মাধুর্য্য ভাব নত্রগা কান্ত ভাব কৌই। মসি ভক্তিগী থবাইদগী ৱাংব থাক অদুনি।

৮৯২। ঙ্ংশিব অমসুং ঙ্ংশিরিব অনিমক অমত্তনি।

৮৯৩। ভক্ত অমসুং ঈশ্বর অনিসি মশা অমত্ত ওইন থবৈ। অম্বুকন্নু মথোমনা মথোমগী মরক্ত লৈরিব প্রেমগী মহাও অদু লৌননবগীদমক মথোম অনি অমত্ত ওইবত্ত থাইদোক্লে।

৮৯৪। কান্ত ভাব হায়বসিদদি কামনরবসু অমত্ত ওইন লৈ অদুগ অমত্ত ওইরবসু কামনব ওইন লৈ। রাধা কৃষ্ণ অনিগী মরী হায়বদু মসিনি।

৮৯৫। পরা-ভক্তি হায়বসিদদি পুম্নমকপু কোনশিনব, পুম্নমক য়াওরবনি।

মাগীদি সংসার পুম্বসি বৃন্দাবননি। মাদি মন্দিরদা লাই খুরুম্বা চৎত্রে। মাদি পুম্নমক্ক ঈশ্বরবু দর্শন তৌরবনি।

৮৯৬। নামদেবনা হুই অমদা চারবি "হে হুইগী শক্তম লৌরবা হুং-শিরবা ইচাগুপা, তনা অকংবা পুক্নুম চেনগন্নু, মতুন নংগী থোৎলবা নখনাউ অদুদা থেংনগনি। ঐনা হায়জরি তনা অদুদা ঘি থকিল্লা হাপচগে" বাশিং শিংসি হায়রদুনা হেক্তোং অমদা ঘি হাপলদুনা হুই অদু তাবি।

৮৯৭। শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংসনা লাং তারবী হুপি মচা অমদা থুরমদুনা হায় "হে ইমা কালি, ঐনা নঙবু হুপিমচা অসিদা উত্তরে।"

৮৯৮। মহারাষ্ট্রগী ভক্ত একনাথ হায়বদুনা মযুমদা চঙলকপা হুরানবা অমদা থুদোপ অম পীরগা হায় "হে হুরানবা, থুদোপ অসি লৌবিয়ু, নংগী নথোঙদা পোৎ হুরানবা নিদ্রে। নংদি কৃষ্ণনি, নিঙ্গা অসি শাস্ত্রবিবনি।" নংনা পুকচেল চাওরবা ভক্তশিং আসগী অবাংবা ফিদমশিং অসি খঙবা ঙম্বা? নঙোন্দগী লোংমদি শোয়দনা ওইবকনি।

৮৯৯। ভক্তি হায়বসি প্রেমদগী হৌই, অদুগা জ্ঞান হায়বসিনা বাখল অমসুং থুগাইদুনা য়েংবদগী হৌই। অনিমক অসিগী অরোইবা পান্দম ঈশ্বর ফংবা হায়বসিদি অমত্তনি।

৯০০। ভক্তদি পীকশিনবনি অদুগা বেদান্তিশিংদি চাউথোকপনি। ভক্তিদি পীকশিল্লগা আত্মা-সমর্পন তৌদুনা ঈশ্বরদা চঙজবনি। বেদান্তিশিংনা মশামকপু চাউথোক্লবা হাপচিনা হাপচিন্দুনা মশক তাকই অমসুং ব্রহ্ম অদুগা অমত্ত ওই।

৯০১। ভক্তিগী মতুংদা জ্ঞান অসিনি। য়াম্না কুশিংহরবা জ্ঞান অদুনা ভক্তিনি। শংকর, মধুসূদন অমসুং সুকদেবনচিংবা জ্ঞানীশিংনা ফাওবনা ব্রহ্ম-জ্ঞান ফংলবা মতুংদা ফাওবা ঈশ্বরগী অমৃত ওইরবা অদু খাংহনবগীদমক ভক্তি অসিদা চঙজরবই।

১০২। ইবুংঙো মাবু খুরুম্মু। ইবুংঙো মাগী গুণ লেকউ। ইবুংঙো মাগী নাম্ব লোল্লু। মহাক্কী কৃপা পাত্র অম ওইযু। মাগী লবীজ থিযু। মাগী আশীর্বাদ হৌ। মাগী অনীংব মথুং কখোকউ। নংন ব্রহ্ম জ্ঞান মতুগ লমন্ন ওইগনি।

## (চ) ব্রহ্ম

১০৩। ব্রহ্ম হায়বসি মায়া ওকুপ্পর ময়মনি, মতুম ওইনমক মথ্রুক্তি ইচম-চম্ম অরাইব অচুব অমনি।

১০৪। ব্রহ্মদি ঐখোয়গী থবয়ইগী থবাইনি। মাদি ঐখোয় ইশামক্ত অসিনি। মাদি মুংগী বায়েনব মতুনি। মাদি মুংদ লৈব অমতুনি।

১০৫। ব্রহ্ম হায়বসিদি সংসার পুমমক্কী মপুনি। মাদি অখোয়ইব আত্মা অতুনি। মাদি জ্ঞানগী অচৌব লমথুংকম অতুনি। মাদি পুমমক্কী অথোইবা চঙ্গকম অতুনি।

১০৬। ব্রহ্ম হায়ব ওইহ অসি ব্রিং হায়ব ধাতু অসিদগী থোরকপনি। মসিগী অর্থদি চাওখৎপ, হেনগৎলকপ, অতিয়া পুমক্ক শিনথুংব, মপুংফায়ব অমদি মথনর হায়বনি।

১০৭। অহোংব নাইবশিং অসিগী মচুংগ খুপলেঙ্ক-লেঙ্গব, হোংব নাইদব অশেংব হায়ব অম লৈরি। হোংব নাইদব অশেংব অদু ব্রহ্মনি। মিরাংগী মশক ওইরব সংসার অসিদ ব্রহ্মন মিরাং মরীশিংতুনি।

১০৮। ব্রহ্মসি মপান নাইদ্রব জ্ঞান অতুনি। মতাংসিদ আনন্দ হায়বসি মাগী মমিংনি। অশেংব জ্ঞান হায়বসিন মাগী লৈকয়নি। তুমিন্ন লৈবসিন মাগী লোলনি। তুমিন্ন লৈযু। মান বা ভাঙলক্তি। হায়জো। মাদি লোন থোক্কনি। নংন মাবু ফাব ঙম্মোই।

১০৯। সমুদ্রদি সমুদ্রগ চাংদমব মাই। অকাশন অকাশগ চাংদমব মাই। মখোই অচুগুম্বন ব্রহ্ম নত্রগ অমত্ত ওান্নব অদুদি ব্রহ্ম মথন্দগ চাংদমব মাই।

২১০। ব্রহ্মগী মরমদা রাহৈন থুখ পাওথুম পুম্নমক মপূং ফাদবনি। অমত্ত ভাগ্নবা অদুদি পুক্তিং অমসুং রাহৈগী রাংমদা লৈবনি।

২১১। ব্রহ্ম নত্রগ অমত্ত ভাগ্নবা মহাকতনা পুম্নমক্তা হৌরককমনি অদুগ মহাক মশামক্তি হৌরকক্ম লৈতবনি। মহাক্তি হুন্তি পুম্নমক অসিগী হৌরককমদুনি।

২১২। মসিমু মানদব অদুগ মদুমু মানদব অদু ব্রহ্ম নত্রগ লোম্ব নাইদবদুনি।

২১৩। থওনিব অমসুং থওনেব অনিমক মশা অমত্তনি। জ্ঞান স্বরূপদি ঈশ্বর অমসুং ঐ অমত্তনি। মরুদদি জীব অমসুং ঈশ্বর অমত্তনি।

২১৪। হোৌগোং অমসুং উচিগী থবাই অমত্তনি।

২১৫। ব্রহ্মদি মওং লৈতে। জ্ঞান হায়বসি মওং লৈতে। রুপা হায়বসি মওং লৈতে। শান্তি হায়বসি মওং লৈতে।

২১৬। নংন লং লোৌথোকপুবদি কি উররোই। লংদি লশিং নত্তন অতৈ করিমু নত্তে। নংন লংবু মৈ থারবদি পুম্নমক উৎ ওইরে। কি, লং, লশিং অমসুং উ হায়বসিদমক লৈ। লৈব হায়বসি ব্রহ্মগী অশেংব মওং অমনি। মথোগ্ন পুম্নমক অসি তশেং তশেংই। মসিন ব্রহ্মগী ফজব মওং অদুনি। নংন কি, লং অমসুং লশিংবু পাঙ্মী। মসি ব্রহ্মগী আনন্দ নত্রগ রুপা ওইব মওং অদুনি। সৎ-চিৎ-আনন্দ হায়বসিদনি অশেংব ওইরিবদি। কি, লং অমসুং লশিংনচিংব পুম্নমক মিৎন উব ওইদব ভাক্তনি। মিং অমসুং মওংশিং অসিদি মায়া ভাক্তনি।

২১৭। পূংস্থূপ সুপ্নব অদুদন মতম পুম্নমক্ত সাক্ষী কার্ত্তানি। মান কদোৌভৈদমু থওননব পোৌংং অম ওইদে।

৯১৮। করিগুম্ব আত্মা অসিন খঙনব পোৎ অমা ওইরবদি মসি ঙমথৈ নাইব পোৎ অমা ওইব ত হৈ।

৯১৯। পুক্লিংদি মপানগী পোৎশিং অসিদবু খঙব ঙম্মী। খঙলব মহাকপুদি পুক্লিংন করম্ন খঙব ঙমগদগে ? নংন নংগী নরেংবান্দ চোংথৎপ ঙম্ হৌনদে। মৈন মশাবু চাকচব ঙমদে।

৯২০। ব্রহ্ম অসিদন পুম্নমক্কী মরমনি। পুক্লিং অসিন মাগী ফলনি। ব্রহ্ম হায়বসি দি ঙমথৈ নাইদবনি। পুক্লিংদি ঙমথৈ নাইবনি। করম্ন ফলন মবম খঙগদগে ? করম্ন মচেৎন মপুমবু খঙগদগে ? করম্ন ঙমথৈ নাইব অদুন ঙমথৈ নাইদব অদুবু খঙব ঙমগদগে ?

৯২১। ব্রহ্মগী মবমদ উপনিষদ নত্রগ থিয়োরিগী অচম্ব জ্ঞান থম্নন আত্মা জ্ঞান নত্রগ নীতশাস্ত্র ফংব ঙমদে।

৯২২। লৌশিং অমসুং ইন্দ্রি পুম্নমক মথৌ লেপকদবনি। অপঙব হায়বসি কৃপা সমুদ্র অদুদ লুপথুগদবনি। ব্যক্তিগত আত্মা অসি মপুংফাম্নব ব্রহ্ম অদুদ লুপথিগদবনি। মদুদ ভক্ত অমন মুক্তি ফংগদবনি।

## (ছ) ব্রহ্মচার্য্য

৯২৩। ব্রহ্মচার্য্য হায়বসিদি দৈব্য-শক্তিনি। মসিদি যোগগী অপুনব, অস্থল অদুনি।

৯২৪। নংন ব্রহ্ম ফংনব নত্রগ য়োনব অচার্য্য নত্রগ লমচৎ অদু ব্রহ্মচার্য্যনি।

৯২৫। মসিদি অমত্তওইব, মপুংফাব অদুগী মফুংদ হিংবনি। মসিদি ঈশ্বর নত্রগ আত্মা তম্ন চৎপনি।

৯২৬। ব্রহ্মচার্য্য হায়বসিদি ৱাথলদ, ৱাহৈদ অমদি থবক্ত অপেংব অদুবুনি। মসি বীর্য্য থিংব অমদি য়োকপনি।

২২৭। ব্রহ্মচার্য্যসি চুম্না খুদ্ম পাঙ্গবসি নত্তে।

২২৮। অথুব মিৎয়েংগী থাৱরগ ব্রহ্মচার্য্যগি কথী (বীর্য্য) ঙাকত্তপ ঙমসিবুনি। অচৌব মিৎয়েংগী চাৱরবগি মসিদি ইন্দ্রি পুম্নমকপু খুত্থাচনবনি। মপুং ফাব ব্রহ্মচার্য্যগি নির্ৱান নত্তুগ মপুঙ ফাৱ অতুপী চঙকপ্ত ঙোম্বা অতুনি।

২২৯। এলেক্ট্রিক মপব মমম ওইবগু ব্রহ্মচার্য্যন যোগী স্বামী মকম্বা ওই। ব্রহ্মচার্য্য য্যাওবন আধ্যাত্মিক চাউথৎপা ওইথোক্কে।

২৩০। থম্ন মথেক য্যাওনব লোপ অমম্ব লৈতে। মসুৌ অদুগুম্না ব্রহ্মচার্য্য য্যাওবন হকচাং ফুন দৈব্য জীবন অম লেনম্ব ওইথোক্কে।

২৩১। অপোংব ব্রহ্মচারি স্বামী মফমদগি চে মচেৎ অম, উতুম্না অমম্না অমসুং চু মচেৎ অম শোকপগা চুপি অম শোক্তপগা থোক্নব লৈতে।

২৩২। অচুম্ন ব্রহ্মচারিত্তন ভক্তি চৎপা ঙম্মী। অচুম্ন ব্রহ্মচারিত্তন যোগ অভ্যাস তৌব ঙম্মী। অচুব ব্রহ্মচারিত্তন মমাংব জ্ঞান তানেব ঙম্মী।

২৩৩। বীর্য্য শক্তি অসি আত্মাহনি। হকচাং কনমগী অরেনেব তত্বদি মসিগী জীবনি শক্তি অসি য়োকথৎপনি। শক্তি অসি মাঙহনব মীতুন হকচাং, পুক্নিং, থাখল অমসুং আধ্যাত্মিক চাউথৎপ কংব ঙমদে।

২৩৪। বীর্য্য অসি লেত্তব নাইব ঈশ্বরনি। বীর্য্য অসি পুক্নিংগী মরুনি। বীর্য্য অসি আত্মা-শক্তিনি। বীর্য্য অসি থাখল, লৌশিং অমসুং মতুব চাৱবতুগী মচি অতুনি।

২৩৫। চুমী মলা পুম্নমক চিনিন শীনখুংন লৈবম্নম, শজোমগ মজোম মপান লৈবম্নম হকচাং পুম্নমক বীর্য্যন শীন খুংন লৈ। মসিন হকচাং পুম্নমক্ত মলক নাইদব মওংদ লৈ।

২৩৬। চুপিগী যোনিগ মরি লৈনব থাখল অমদি যোনিগী মপাম্নবগী কামকপ ঊথিল অতুন মম্নম ওইতুন বীর্য্যগু মশক নাইব মওংদ য়োনিদ তাহল্লি।

৯৩৭। নীংশিংনব শক্তি য়াৎপ, মতম চাদন অহন মানব, লিজগী মথৌ তৌদব, মিংকী লায়না কয়া অমসুং মথক মথা অমাখ শিংলিগী লায়ন কয়া হায়রিব জীবনি-শক্তিগী মহি অসি মায় মাগুহনবদগী ওইরকই।

৯৩৮। ইবুংঙো মাগী কপা নত্তনদি পুক্রিংগী অপাম্ববু মক্ক কংন মাগুহনব ঙমদে। মশাবু তেংবাংজবশিং অদুদ ঈশ্বরন তেংবাংবি।

৯৩৯। কাযগী চিংশিনবশিং অসি আধ্যাত্মিক সাধনা য়াৎপননি।

৯৪০। হুপি পুন্নমকপু ইমা ওইন মেংঙু।

৯৪১। নারব অমদি অথেম (পামহনবা) কয়া য়াওরবসু পুক্রিংগী ব্রহ্মচার্য্য ঙাক্লব হোৎনগদবনি। মদুগদ নঙবু বল্লগদবনি।

## (জ) বুদ্ধিজম

৯৪২। বুদ্ধিজম হায়বসি হিন্দু ধর্ম্মগী লম হেল্লব অর্থাৎ শাক্য মুনি গৌতমন লিংখৎলম্বনি।

৯৪৩। ব্রাহ্মনশিংন চুম্ন মখোয়গী ব্রাহ্মন ওইন পোকপগীদমক ব্যবহার কংনিংলমই। মখোয়না বেদ তন্ত্র অমদি অতৈ ধর্ম্মগী সাধনদি থৌওইদ্রে।

৯৪৪ বুদ্ধগী নৌরব, হুংশিবন থল্লব থম্মোয়ন ধর্ম্মগী অশেংব মমিংদ মরান লৈত্তব কমাগী ঈ তাহনবসিদ খাঙব ঙমদব অমা ওইথি।

৯৪৫। বুদ্ধন ঈশ্বরবু য়াদব তৌদে। মানা মসিগীদমক হায় "ঈশ্বর লৈব্রা, ঐ অসি লৈব্রা", "সংসার অসি অশেংবরা, নত্তবরা" হায়বনচিংব ৱাহংশিং অসিদ থৌওইক্লগনু। কায়দব থম-নৈনবশিং অসিদ নঙগী মতম অমদি শক্তি মাঙহনগনু। কর্ম্ম ক্ষেত্রদ ধর্ম্মগী মী অমা ওইয়ু। নঙগী থম্মোই অদু শেংদোকউ। পুক্রিং অদু লাকশিন্নু। ধর্ম্মীক জীবন ওইয়ু। নঙন অয়ান খুবম নঙ্গগ লোয়্ন লাইদব কুপাহু কংগনি।

৯৪৬। বুদ্ধন কালমাসদা হায় "পাও তমজুন তাবশিং অদু লৌরগদু। চৎনবীবু লৌরিগদু মরমদি মসিদি কুইরবনি অমসুং মীয়োন কয়াগী মীথাং ঊরক্লবনি। মতমদি মসি ওইব তারে হায়দুনা থুনা হেক্ক লৌশিনগদু।"

৯৪৭। শাশিংগী বল্লি থিংনবগীদমক মতম পুম্নমক্তা মথবাই থানবগীদমক শেম শাখিবদি মধাক মথন্তনি।

৯৪৮। মানা মতম অমদ নিংথৌ অমদ হায়খি "য়াও অমা বল্লি তৌবন নংগী স্বর্গ কাবদ মতেং ওইরবদি মী অম বল্লি তৌরবদি অমুক হেন্না মতেং ওইগনি, অদুন ঐবু বল্লি তৌ।"

৯৪৯। প্রেম অমসুং অহিংসা হায়ব যুদ্ধম ওইব ধর্ম্ম অনি অসি বুদ্ধগুম কনা অমত্তন সাধনা তৌখিদ্রে। বুদ্ধগুম নৌব, থৌজান হৈব, অমদি ভাকপিহৈব থম্মোই চেনব অমত্ত লৈখিদ্রে।

৯৫০। মাগী হৌখিব পুজিগ তমখিরব, শাহিংচাব মপুক লাখলব শা অমদ মশা অসি দান তৌদুনা পীজখোকখি। মপোক কয়ামুক্ত তৌখিব থৌজানগী থবকশিং অদুন অয়োইব মপোক অসিদ বুদ্ধ ওইনা পোক্লরিবনি।

৯৫১। সংসার অসিদ হাকথেংনরিব অয়াব নত্রগ দুখ হায়বসিন বুদ্ধগী বাখলগী হৌকমনি।

৯৫২। বুদ্ধগী ধর্ম্ম অসিদি নির্বানগী কম্মব অদুদ চৎনব লম্বীনি। মসিদি লম্বী অমনি। সংস্কৃতি অমদি নত্তে। মসিদি আধ্যাত্মিক চাওখৎনবগী থুজিল-থৌরাং অমনি, পাওত্তাক পয়েং অম নত্তে।

৯৫৩। বৈজ্ঞানিকশিং অমদি দিক্তেটরশিংগী শাস্তি লৈতে, পোথাকম লৈতে। জাতিশিংগী লুচিংবশিংন মথোয় মশেন থাজনদে।

৯৫৪। তুকচবদু তুকচবন কহৌদৈদদু লায়েংব য়ারোই। মসিদি তুপ্পগী প্রেমত্তন লায়েংগদবনি। পৃথিবী অসিন হম হম তম্নগদব পারাদি মসিতনি।

## (ঝ) দান

৯৫৫। দান হায়বসিদি অতোপ্পগী থাইকনবগীদাক অমদি মথোয়গী কনবগীদমক লন পৈশিন্দবনি।

৯৫৬। দান হায়বসিদি বিশ্ব-প্রেমনি।

৯৫৭। দান হায়বসিদি হুংশিবত্থুন থবক ওহাফপনি

৯৫৮। দান হায়বসি য়ুমদগী হৌ, অদুবু মসি মপান্দ অহুম অমুম পাকথোকহনগদবনি।

৯৫৯। পৃথিবীসি নংগী ইমুং মচুংনি। নং অসি পৃথিবী অসিগী নাগরিক অমনি। পৃথিবী অপুম্বগী থাইকনবগীদমক নংগী পুক্চেল চাওবা থাখন অদু য়োকখৎলু।

৯৬০। পৈশা পৈশিনবসি প্যাপ অমনি। লন পুম্নমক ইবুংঙো মাগী ঙাক্কনি। মাগী লন পায়ব অম ওইদুনা লন অদু দান তৌবদ শীজিন্নদনা মীয়ামগী লন পুম্নমক ইবুংঙো মাগীনি খল্লি অমসুং হুংঙাইদনা লৈ। মহাক্না মুক্তি নত্রগ লোম নাইদব শান্তি অদু ফংই।

৯৬১। প্রার্থনা তৌবনা নংবু ঈশ্বরগী মফমদা লম্বী তংথাই চঙশিলহল্লি। চরা হেনবনা মাগী অথোইব মন্দিরগী থোঙ অদু য়োংহল্লি। অদুগ দান তৌবনা নংবু মচুং অদুদা চঙহল্লি

৯৬২। লম্বীদা তাব তিম্মাং অম নত্রগা গ্লাস মচেৎ অম থুন্দোকপসি দান অমনি।

৯৬৩। হুংশিবিব অমদি থৌজানবিব মসি দাননি। নংঙোন্দা তৌবক অরানব খর ঙাকপিব অমদি কাউথোকপিবসি দাননি। অরা-অনা তারব মী অমদা থৌজানগী বাহৈ অম হায়বিরবসু দাননি।

৯৬৪। থবাইদগী ফব দান্দি বিদ্যা দান তৌহুন লৌশিং পীবসিনি। নংনা লাইরবদা চিঙ্গাক পীরবদি মান অমুক্তম চিঙ্গাক পামলকনি। অদুগ জ্ঞান অপঙব হায়ব হকচাং পুবগী মরম অসি মুথৎলবদি অরা-অনা পুম্নমক মতম চুপ্পগীদমক পুমমুং মুথৎলবনি।

৯৬৫। মহোন্দ দান তৌদুন সেবা তৌনবগী থুদোংচাব অম নহোন্দ পীরিব মী অদুবু থাগৎলু।

৯৬৬। নংগী দান অমদি দান তৌগনব মতৌ অদু কদোইদম্বু উৎ-থোক্লোইদৌবনি।

৯৬৭। পীথোকপ হায়বসি হৈনবী অমা ওইহল্লু। দান তৌবদ নংন অয়োবী ফুঙাইব অদু হকথেংনরকনি।

৯৬৮। তুমিন্ন দান তৌ। উৎথোকহু। চাউথোকহু। নংগী নখুৎ য়েৎন তৌব অদু নখুৎ ওইন খঙলোইদৌবনি।

৯৬৯। থবাইদগী ফব পোৎ থম্লগা পীয়ু। অফবা চিঞ্জাক, অফব উটৈ, অফব সংগোম, অফব ফিরোনশিং, মরুপ মপাং, যুমলোম্বব, খঙন্দব, অতিথি অমদি মিনাইশিংদ পীয়ু। নংন মপান নাইত্রব ফুঙাইব অমদি পাঙল কংগনি। অসি নশান অভ্যাস তৌ অদুগ মসিগী কাম্নবসি নশান লৌ।

৯৭০। অরিকপ মী অমন মপোক লিশিংলক পোক্ত্নন্নু আত্মা-জ্ঞানগী মঙ মঙব ঙমদোই। প্রভু যিশুনা হায় :—"ইনাকখুনব অমন ঈশ্বরগী লৈবাক অদুদ চঙববুদি উট অমবু য়েন্ত্রুম মনাদ লিংহনবন হেন্ন লায়।"

৯৭১। অরিকপ মী অমন মাগী অয়ানব থবক অমম্তুং পীকশিন্নকপ থম্মোই অদুন আতয়া পুম্নমকপু হু চেলহল্লি।

৯৭২। নংগী অরৈবদু অতোপ্পগ শরুক য়ামিল্লো। নংগী ফুরিৎথাওদ, পৈশা অচোইব থরাদ মতম পুম্নমক্ত অদুম য়াওহল্ল্। অদুগা মদু লাইরবশিংগী দাদ তৌবদ শীজিল্লো। মসি খুদক্ত অভ্যাস তৌ।

৯৭৩। হয়াও ফুঙাইব অমম্তুং শাস্তি হায়বসি অতোপ্পগ শরুক য়ামিন্নবদ (য়েন্নবদ) লৈ। য়েন্নব হায়বাসন ইশাগী ওইজব থিব অদ্ মাঙহল্লি অমম্তুং ওইজব থাদোকপদ্ হেনগৎহল্লি। শরুক য়ামিন্নবসিন পুকচেল শেংদোকহল্লি। শরুক য়ামিন্নবন অমত্ত ওইব অদ্ হেনগৎলকই।

৯৭৪। দানদি মায়া নোল্লুক ভোগদবনি। দানদি থৌজানগ লোয়নন ভোগদবনি।

৯৭৫। কনাগুম্বগী অরিকপ মশুগ অসিবু মাঙহনগ্রবদি সাধনাগী অচৌব শক্তক অম লোইরে।

৯৭৬। মসিগী পুক্চেল চাওরব জমচৎ অসি য়োকখৎলু। নংন নিংথৌশিংগী নিংথৌ ওইবগুম হুডাইগনি। নংনবু পীথোক্লবদি সংসারগী লন পুম্নমক নংগী ডাক্কনি। পৈশান নচোম্ব চঙজরকনি। মসিদি মাঙব নাইদব, মমেংতাব লৈতব, হেনগৎপদ মথংব প্রকৃতিগী নিয়ম অমনি।

৯৭৭। নংন কংলকপ অহুন নংন হিংনরি অদুগা নংন পীহুন অতোপ্প অমবুন্সু হিংহল্লু। মতম পুম্নমক পীদুনত লৈয়ু, পংন্দ্রিদ পীথোকউ। মসি মরাং কায়নবা অমত্তং আধ্যাত্মিক জীবন অমা ওইনবগী অয়োনব তত্বদুনি।

## (ক) সভ্যতা

৯৭৮। পুক্নি অসি মপুংফান করিগুম অম নত্রগ অমগী মথা পোল্লে। জীংতম হাৱবসি থডনব্রে। সুইচ বেরা ভোৱগ য়ুমদ মৈ ডান্ত্রে। জীশিং দম্বকার মায় লৈরবসু চৌতিদ জীশিং তাব্রে।

৯৭৯। ত্রৈন সুপ্নগী ভল অদুদমক চান্নীংদে। ভল অদুদ সদোম মপান অমদি জাম তৈব তাই। মী অমন মায়্ম তৈংশিংন অতোপ্প অমদুবু লোনম ভোব তম্বরে।

৯৮০। নংগী ইন্দ্রিশিং অদু অয়োবী থাক্ত মথুম-মরাঙ হৌহনবন মপোং ডাক্ত পীক থম লৈরে। মদুন নংবু ঈশ্বর অমসুং অদুবদু কাউহল্লে।

৯৮১। হুপা, হুপি ভোং থোম্বদুন ফজব তাম্বরে। ইনাকখুনব মহাজন অমন বাযেল্লে। য়াম্না ফজবী হুপিদুদ হুপা মমাম চহদুন ভোং থাদরে

মহথাম্বন মনাস্থ লৌমরে। থ্বাইগী মকোকওইব মনা কহে হুপিদুবু ইনাক-খুনব হুপাদুন চাকী বার্ত্তন তৌরে। মহাকপু মাঙহল্লে। মসিনি হৌজিকী সভ্যতা।

৯৮২। ইনাক খুনব ইঞ্জিনিয়ার অমন হায়:— "ঐগী পুন্সিদ কায় কুহ্রাদি ঐ শীজিন্নরে।" ইনাক খুনব ডাক্তর অমন হায়:—"ঐগীদি য়ুমদ মীনাই কুন শীজিনৈ।" উকিল অমন হায়:—"ঐদি ইয়ুরোপ অমস্থং আমেরিকাদ তরায়ক হন্ন চংলুরে।" অচৌব কারখার ধালা অমন হায়:— "ঐদি মকম তোঙান তোঙানবদ থাজবা চাযঙ্গাংলৈ। ঐদি ক্ষির অমস্থং য়লঙ্গলা য়াওদ্রবদি চাদে। ঐগী উইহদি বোথে, কলিকতাদগী লৈ।" ইরাং পাম্ব অর্জ অমন হায়:— "ঐগীদি সুট চনি, ফুরিং চঁহুম লৈ।" "ঐ গায়ত্রি জপ লাখ কুনমরি তৌরে" হায়বদি কনাস্থ হায়দে। ঐ যোগবসিস্ত তরায়ক, গীতান চামরক, রমায়ণ য়াম্থেরক পারে, ঐদি নোংমাইজিংদ পুং ১২ ধ্যান তৌই, ঐদি হুতিগী পুং অহুম প্রণায়ম তৌই হায়বদি কনাস্থ লৈত্রে। মসিনি হৌজিকী সভ্যতা হায়বহু।

৯৮৩। কেসন হায়বসিদি খি তংখাই খোকপন ওইরে। মখোয়ন মহু সাইন্টিফিক ওইরিবনি হায়গনি। থবাক তংখাই অম, থুদাং তংখাই অম, মখোঙ তংখাই অম থাদোকপসিন হকথেলগ মরি লৈনব হকচাংগী শরুকশিং থাদোকপনি হায়গনি। মসিনি কেসন হায়রিবহু। মখোয়ন মশম মনা পুম্নমক তৌনীংবদ তৌখে। কেসন হেনগৎপসিন কামগী রাগ হেনগৎলি।

৯৮৪। কেসনদ মাঙহল্লিব লৈপা ময়াম অসি মথল মথা অয়াবা থবক, দান তৌব, সমাজ সেবা তৌবনচিংবদ শীজিন্নবদি মীওইব অসি লাইবু ওন্নানি অমদি লোথ নাইদব শান্তি অমস্থং কৃপা অহু ফংজরগনি।

৯৮৫। নহাক্কী হৌজিকী মতমদ কেসন পাম্ব মী নতন অতৈ কনা উরিবগে? পোশাকম থঙবব, লাংতক্কব, অবাব, থকিব, তাঁইবেৎ তাইব,

মমায় ঈ থাংদব গ্রাক ঙাম্বরবনি। মখোয় অহু মূগাগী কোট অচোনব নম্রগ অনৌব কেসিনগী চাক চাবদ শেংনব সুট অমসুং মত্তোন অনি লোচব তেংগ্ল ময়েকপ টাই পুনব য়াই। তৌইগুবসু:, হৱাও মচাইব য়াওদ্রব, অথীব মমায় অমদি নংনা উগনি।

৯৮৬। নংন ডাকপিব, হুংশিবিব, ভক্তি নৈবনচিংব অকব ধর্মশিং অসি চাওখৎহল্লবদি নংবু ইকাই খুম্নগনি অমদি তশেংন ব্যবহার তৌনগনি। কনা-গুম অমন শেগায়ব শেংলবসু মসিন নংবু হেন্না কুইন চৎপ ব্যবহার কংহনগনি। মহাত্মা গান্ধীহু মাগী ফিজেত্ত কন্না চথবু ব? য়ামানা মহর্ষিহু কয়া চমখুব? মহাক্না কৌপিন অমত্তমক শেংলি।

৯৮৭। পুন্সি অসি য়ান্না থুংশেম ওইরে। হৌজিক অসি হকচাংগী ওইন, পুক্নিংগী ওইন অমসুং লমচৎকী ওইন মাঙখরক্লি।

৯৮৮। পুন্সিব হায়বসি খঙজিল্লকত্রে। মীশিং অসি ঙম্ন ঙম্ন শিনরে। মখোয়ন ফার্ন অম কাওব চৎপ ঙম্রদ্রে। মখোয়ন রিকসো হেক্ত কোরে। অঙাংন অঙাং পোক্লে।

৯৮৯। ঙসিন মশাগী তোঙানব মীনাই অম, পুজারি অম পামলে। নংন মীনাইবু খোঙ্উপ তোংহনবীংলে। অঙাংন অন্না (মোকচবী) পামলে।

৯৯০। বিজ্ঞান মীওইবগী অকে-অমৌ য়ান্ন হাপকৎলে। ইলেকত্রিক থবক পুন্নবক তৌরে। তৌইগুবসুং খুদোংচাবদগী খুদোংচাদবন হেন্নি। মী অসি হৌজিক হেন্ন পোত্থাকম খঙজিল্লকত্রে।

৯৯১। ঙসিগী অকে অমৌন হৱেংগী তঙাইকদব অম ওইরে। ইন্জিন-শিংবু পেলহনবন পুন্সিগী লমখুংকম ওইরে।

৯৯২। অশিংব মীন নৈশা চানবগী অশিংব উশাই নীজিন্নরে। নৈশা তাম্নবগীদমক মথল মখাগী পুক.চন শেংদব ঙাক্ত ঙায়রে। হায়রিব পুন্নমক অসি বিজ্ঞানগী পোৎথোক অমদি নোংচুপকী সভ্যতানি।

৯৯৩। অনৌব চাওখৎপগী যুগ হাক্কনব যুগ অসিদ মিহৌব, মাগ পোক্‌পা অমম্বুং মশাগী ওইজব খিৎসি লোংমমোংমগী মথক্ত পুং পুংগী হেনগৎলক্লি। মুপাশিংন ফ্পাগী মঙুগ পুম্নক মাইনরে।

৯৯৪। ইনাকখুনব, মশক কজব, নহাওইব মুপা থোংনরবদি মুপিন মবা খাইনরে অমম্বুং মপুম পাক্লে। কনখুমগী শক্নক মাম্ম কংনবগীদমক মনাও মুপান ময়াংবু হু পীজরে। মী কনামতনা বাশক ভাক্লাক্র। মপান মচাবু থাজক্রে। মুপিন মপুরোইববু থাজক্রে।

৯৯৫। কলি যুগ হায়বদু মসিনি। ধর্ম্ম হায়বস্তুদি থাইনগী অরিব ওইরে। মাদি অরিব ডাক্তরশু অমদ লৈখ্রে। মী পুম্নমক অসি অনীং অনীংব অক্কুপ তৌনরে। অথিংব অমত্তবু লৈক্রে। মী পুম্নকসি গুরু চাক্ক ওইরে। মুক্তি হায়বদুদি মওং লৈতব মতগী মাদ লৈরে।

৯৯৬। মী ওইন পাম্নবগীদমক পৈশা দরকার লৈ হায়নসিমদি চিংনব নিঙ্গায় মরৈক্রে, ওৌইঙুদম্বুং পৈশা হায়বসিংক্কন পুক্কিগী পদ্মকম ওইবদি নক্তে।

৯৯৭। ডোক্টারন নঙোংক্ক শাক্তি অমম্বুং কুপা পীব গুমদে।

৯৯৮। দরকার লৈরিবদি অহাংব, মপান নাইদব বাখলগ লোয়নন অপাকপ নক্রগ মুংশি চাউব থম্মোইনি। নং ইগী পীবগ্রব থাংপোকশু অমদ লৈব মাই।

৯৯৯। নং নশামকনা পুন্সি অসিবু মাম্ম চনৈনব অম ওইহল্লে।

১০০০। জাতী অমন জাতী অমবু বিনজরে। জাতী অমন জাতী অমব্‌ দান অমগীদমক শেম শারে হায়ন চিংনরে। অম্মুম তৌন পুন্সি অসি মাম্ম শোয়নিঙাই ওইব অম ওইরে। মসি চমম্মব, কাংথোংচাইবগী মপৈ নক্রগ মপুল অম ওইরে।

১০০১। চুম্ন য়েংশ, চুম্ন খনব, চুম্ন ফাওব পুক্নিং য়াথল নত্রগ ভাব, চুম্ন থবক ভৌব অসিনচিংবগী হৈনবা লমচৎশিং য়োকখৎলু।

১০০২। সভ্যতাদি পুকচেল শেংব, নোম্লুকপ অমসুং ধর্ম লৈব অসিনি। জ্ঞান অমসুং ভক্তিন লৈতেংবছু সভ্যতানি। সেবা অমসুং ওইজব থাদোকপগী পুকচেল চেনব অছু সভ্যতানি।

১০০৩। মহুংগ ফজব অছু ওইয়ু। মপানথোংগী ফজবদি খুইথব নায়বনি।

## (ড) স্মৃষ্টি।

১০০৪। সংসার অসি অঙকপ অমনি। কনানসু মসি কমদৌন ওইরকপনো হায়ব ঙমদে।

১০৫। লৈতব হায়বছুদগী লৈব হায়বছু ওইরকপ য়াদে, অছুগ লৈরিব অসিসু লৈতব য়াদে। অনিমক অসিগী অচুব অছু জ্ঞানিশিংদন খঙই।

১০০৬। করিমত লৈতবছুদগী করিগুম্ব থর থোরকপ য়াদে। করিগুম্ব থর অছুদগী করিগুম্ব থর শোয়দন থোরকদবনি।

১০০৭। মিৎন উরিব সংসার অসি ঈশ্বরগী খুৎশেমছুনি। সংসার অসি কাংথোং চাইছুন থব অম নত্তে। মসিদি নীংথিন শেম শারব লৈব্য সংস্থান অমনি। সংসার অসি ঈশ্বরগী মখিনি।

১০০৮। খল্লুব ঙমত্রব সংসার অসি ব্রহ্ম অছুন মাগী লিলা নত্রগ শাম্নবগীদমক মাগী মায়া শক্তিন মরম ওইছুন শেমনি।

১০০৯। অমত্ত ভাবয়ব ব্রহ্ম অছুন মাগী শক্তিন মরম ওইছুন মশীং লাকঙমত্রব মিং অমসুং মওংশিং অসি ওইছুন ময়াম ওইন উরিবনি। মহাক মশামক্তদি অহোংব করিসু লৈতে। সংসার অসিদি ইচম চম্ন মিৎন উব অমনি।

১০১০। সংসার অপুম অসি ঈশ্বরনী মশা অত্তুমক্তি। সংসার অসি ঈশ্বর অত্তুনি নত্রগ বিরাট স্বরূপ অত্তুনি।

১০১১। সংসার অসি অপিব পোৎশিংগী নত্তে, মসিদি অহিংব হায়বত্তু-মক্তি। ব্রহ্ম নত্রগ অমত্ত ওইব অত্তুন মওং নাইক সংসার অসি ওইন উবনি।

১০১২। সৃষ্টী অসিমক অমথকতং অত্তুন হয়াওত্তুন মশাবু কোংদোকচব অত্তুনি।

১০১৩। ব্রহ্ম হায়বসিদি অমত্তনি। শক্তোনদি য়.বনি। অম অত্তুন মমাম ওইরকপনি।

১০১৪। সংসার অসিদি হৌব্রব, হৌখিক অমমুং ওইরকদব মতম পুম্মমক্ত লৈতে। মসিগী পাউতাক অসিদি তোঙাম লৈত্তুন ধ্যান তৌরক অরাংব থাকী সাধুশিংদন শত্তব ত্তমই।

১০১৫। নংন এলাহবাদত থা তকক লৈরুবদি নংগী পোক্লকম লমদম মাদ্রাজবু কাউগনি। নংন এলাহবাদত লৈরিবৈদদি মাদ্রাজতু লৈতে, অমরোমদম্ব নংন মাদ্রাজদ লৈরিবৈদদি এলাহবাদ হায়বত্তু লৈতে। সংসার অসিদি পুক্লিংন শেম অচম সংস্কার চবুল অমনি।

১০১৬। নংন সাধনা অমদি সমাধি তৌত্তুন পুক্লিং অসিবু মাঙহনবদি সংসার অসিদি মশা মতোমত মাঙথিগনি। স্বপ্নগী ব্রহ্মাদমক লৈহৌগনি।

১০১৭। নংন খবর পাবনচিংব পুম্মমক লেপ্তুন হুমিৎ ১৫ নিরোম কা অমদ ধ্যান তৌত্তুন সংসার অসি লৈব্রা লৈতব্রা হায়বত্তু য়েংউ।

১০১৮। পুক্লিং অমমুং 'ঐ' হায়রিবসি মশা অমত্তনি। 'ঐ' হায়বসিদং মাঙহল্লু অত্ত ওইরবদি পুক্লিং হায়সিসু মাঙথিগনি। খত্তব, কাউব অমমুং থবক্লচিংবগী খুৎলাই ওইরিব পুক্লিং অসিবু মাঙহ্নবদি মপান্দ ওইরিব সংসার অসিসু মাঙথিগনি।

১০১৯। লোৎ নাইদব ব্রহ্ম অত্তন অচুৎ হায়ব অত্তুদ চঙজুন লৈবনি। করিগুম অমত তশেংন লৈতবনি। সুপ্নগী ব্রহ্ম, অনি গুত্রব, সৎচিদানন্দ হায়বত্তুদগী থাইদোক্লব য়াদ্রব অত্তুদমক লৈ।

১০২০। সৃষ্টী অসি মঙ অমনি। মিকপ থোক্লিব অসিসু মঙ অমনি। হকচাং অসি মঙ অমনি।

১০২১। সংসারগুম অসি ওহোক্ল থীন লানথ্রব, চুমদিত্রব অমনি। সংসার অসি সুপনৈ লৈতবনি। ইন্দ্রিগী সুংঙাইবশিং অসিদি ওক্তবী সুপীগী মচান মমঙ শাস্নবগুম খাংনি।

১০২২। স্বর্গ, মুক্তি অমসুং সংসার পুম্নমকসি ওক্তবী সুপিগী মচাগুম ইচম চম বাহৈ ঙাক্তনি।

১০২৩। সংসার অসিদ করিগুম অমত্তসু পোক্তে, করিগুম অমত্তসু শিদে। তাক্লিব, ভম্লিব পুম্নমক অসি সুপ্নগী বাহৈ নত্রগ খোঙ্গেনগী শাস্নব ঙাক্তনি।

১০২৪। কনাগুম্বন মশামকপু কাউথোকপ মতমদ ব্রহ্ম অসিবু সংসারসি ওইন উই। কনাগুম্বন মশামকপু চাওথোকহল্লবদ সংসার অসি ব্রহ্মহু ওইন উই।

১০২৫। ব্রহ্মবু খঙলবদি অদুম ব্রহ্ম ওইরে। সমুদ্রগ তিন্নরব মরিক অদুদি সমুদ্রগ অমত্ত ওইরে।

## (খ) শিষ্য।

১০২৬। গুরুন তাকপত্নু মঙেক অমসুং বাথন্দ ইস্লিব অমদি মাগী পুক্সিচুপ্পদ মদুমক তোত্নুন অতেংপ্পদ শক্লোকইব মহাক অদু শিষ্যনি।

১০২৭। অচুম্ব শিষ্যদি গুরুগী দৈব্যগুণ অদুতগ মরি লৈনৈ। মী অম ওইন তৌব গুরুগী থবকশিং অদুগ শিষ্য অমগ মরি লৈনদে।

১০২৮। মতম পুম্নমক্ত নীংশিংউ মদুদি সন্ন্যাসি অমগী মহৌশা অসি থুদ্দপ মশাং খিঙমদন লুপ্রে। মাব মেংঙ্গহু। নংগী অপঙব, মতিকচাদব

লমটৈ অহুন মাগী আধ্যাত্মিক প্রকৃতিদু ওল্লুগনু। সংসার পুম্বগী মিৎমেৎ তৌরকপ গুরুগী থবকশিং অহুবু য়েংলুগনু।

১০২৯। গুরু শিষ্য অনিসি অমত্তনি। গুরুন শিষ্যবু কৃপা তৌবিব, লমজিংবিব অমসুং থৌগৎপিবনচিংব তৌবি। মান মাগী আধ্যাত্মীক শক্তি-শিংদু পীবি। মহাক শেংদোকপি অমসুং আধ্যাত্মিক ওইহল্লি।

১০৩০। গুরু অমদ চঙজব মতমদ নহাক মতিক চান নোল্লুকপ অম ওইগদবনি। চুম্থঙব, সংসারিক ওইব পোৎশিংদ হেন্না পামশিল্লব, পুক্নিং অমসুং ইন্দ্রিশিং লাকশিনব, কামগী অপাম্ব লৈতব, গুরু থাজব, ঈশ্বর থাজ বনচিংবশি শিষ্য অমন গুরুগী মকমদ চঙজবদ লোইনগদব গুণশিংনি।

১০৩১। নংগী গুরুবু দৈব্য-ভাবক্ত সেবা তৌ। ব্যক্তিত্বগী মরু পাল্লব কেন্দ্রারগী অনাবদু তুমজখিগনি।

১০৩২। জহাজগী কেপটেন অদুন মিৎ-না শিংনবৈ। ডুমশিংন মতম পুম্নমক্ত মমিৎ-মনা শিংই। মতৌ অদুগুম্ন, খৌরাংলব, মপুক লাম্লব, শিষ্য অদুসু মতম পুম্নমক্ত গুরু সেবাদ মমিৎ-মনা শিংবা তাই।

১০৩৩। গুরু সেবাগীদমক্ত লৈয়ু। নংন খুদোংচাব পুম্নমক য়েংগদবনি। অমুক হায়নব ঙাইনগনু। গুরুগী সেবাদ নশান থবাই মাওশিল্লু।

১০৩৪। নংন গুরু সেবাদ শক্তি মাঙহল্লিব অসুপকী মথৈ নঙোন্দ দৈব্য শক্তি হেনগৎলক্কনি।

১০৩৫। গুরু সেবা তৌরিব মহাক অদুদি সংসার সেবা তৌরিবনি।

১০৩৬। নংন গুরু সেবা তৌরিঙৈদ কাওরকপ হৃংগী পুক্নিংগী মওং অদু থন্দোক থজিন তৌদুনা য়েংউ।

১০৩৭। গুরুন হায়ব ইনব শিষ্য অদুতন মশাবু মাথং তৌব ঙমই।

১০৩৮। শিষ্য অম ওইব হায় তন্নু। মতুংদ নং গুরু ওইব ঙমলক্কনি।

১০৩৯। নংন টৌতিদগী ঈশিং থক্লিংলবাদি নংন নকোক লোম্বব তাই।

মতৌ অহুগুম্ন, নংন গুরুনা মচীন্দগী চেহ্নরকপ লোম্ব নাইদ্রব আধ্যাত্মিকী অমৃত অহু থক্নীংলবদি নং পসি নোঙ্ক্ কপ হায়বহুগী মূর্ত্তি অম ওইব তাহ।

## (দ) মঙ

১০৪০। চুৱা সে কৌব চীন লৈবাক্কী দর্শনীক অমন নোংম মমঙদ কুয়াক ওইরম্মী। মিকপ থোরক্লগ মান মশা মতোমত হায়জৈ "হৌজিক, ঐ অসিবু কুয়াক অম ওইন মঙ মঙলিব মী অম নত্রা? নত্রগ কুরাক অহুন ঐ অসি চুৱাংদে ওইন থনত্রা?

১০৪১। মঙদ নখোয়ন চহি ৪০গী থোদোকপু পুং অমত্তংদ ঊব ঙমই। নংন চহি য়াঙ্খৈ তশেংন লেনখিবদোন ফাওই। অহান তাব, মিকপ থোকপ পুং অম নত্রগ মঙগী চহি য়াঙ্খৈগ করম্বন অচুম্ব ওইগদগে? অমনিম্বক অচুম্ব ঙাক্তনি।

১০৪২। খুংনাইবগী থবক তৌব হুপা অমন অহিং খুদিংগী পুং তরানিথোই নিংথৌ ওইদুন মঙ মঙবগ নিংথৌ অমন অহিং খুদিংগী পুং তরানিথোই খুৎনাইব ওইদুন মঙ মঙবগ ঐদি মাটৈ হায়ন নীংই।

১০৪৩। পোং অদু মওংদি অহোংব লৈতে। হোংলিবদি পুক্নিং অসিদনি।

১০৪৪। মঙগী সংসার অসি মিকপ থোকপগী সংসার অসিদগী তোঙানবনি। মঙ মঙদন কম্ন তূম্ব অসিসু মঙগী সংসার অসিসু মিকপ থোকপগী সংসার অসিদগী তোঙানবনি।

১০৫৪। নংন হেক মিকপ থোকপগ মঙ অদু ওইদব হেক্ত ওই। মঙ মঙলিঙৈদ মিকপ থোক্লিঙৈগী ফিবম অসি লৈতে। অহুগ কম্ন তুমলি-

ঙৈরেন মিকপ থোকপ অমম্বুং মঙ মঙব অনিসিগী ফিবম অনিমক অমত্ত লৈতে। মিকপ থোকপ অমদি মঙ মঙবদ কয় তুৱগী মওং অসি লৈতে। মৱম অসিন হায়রিব ফিবম অদুমক ওইদব, অয়ানব ঙাক্তনি।

১০৪৬। মিকপ থোক্লিঙৈগী পুক্লিংদ মথি তাখিবশিং অদুন মঙদ পুক্লিং অসিমক্ক পোৎশিং শেমগৎ শাগৎলি। করিগুমদ পুক্লিংগী হকচাং মখাদ লৈব্রব, হৌখিব পুন্সিগী হাকথেংনখিব জ়ানশিং অদু মঙদ থঙহৌদন ঙাম্বোরকই।

১০৪৭। মঙদ উব পোৎশিং অসি পুক্লিংদগী তোঙান্ন মনিং তন্ন লৈব নত্তে। মথোয় অসি পুক্লিংদগী তোঙান্ন লৈব ঙমদে। অাগরৎ মত্রগ মিকপ থোকপ ফিবমদ পোৎশিং অসি পুক্লিংগী মথা পোন্দে।

১০৪৮। মিকপ থোক্লিঙৈদ থেংনব পোৎশিং অসিদি মী পুম্নমক্কী ওইন চপ মান্নৈ। অদুগ মঙদ থেংনব পোৎশিংদি মঙ মঙখিব মীদুগী মরম্নাই পোৎনি।

১০৪৯। মিকপ থোকপ মতমদ নিংব থুংখিদব অপাম্বশিং অদু মঙদ পাংথোকখিব কম্নানি। মঙ হায়বসি অঙকপ মওং অমনি। মসিদি মিকপ থোকপগী সংসার অসিদগী হেন্ন মুংঙাইব মথল অমনি।

১০৫০। অপাম্বগী মপান থোংগী মথৌদি মিকপ থোকপ (তুমদব) পুন্সিসিনি। অপাম্বগী পুক্লিংগী মথৌদি মঙ অসিনি। মিকপ থোকপ (তুমদব্র) মতমদ ইন্দ্রিশিং অসি অপাম্ব হায়বসিন থৌই। মঙ মঙলিঙৈদ অপাম্বন পুক্লিংবু থৌই।

১০৫১। মিকপ থোকপ মতমদ ইন্দ্রিশিংগী মথেংন পুক্লিংন জ্ঞান ফংই। মঙদ পুক্লিং মতোমত্তন জ্ঞান ফংজে।

১০৫২। মঙ হায়বসি ইচম চম্ব পুক্লিংগী শম্নব অমনি।

১০৫৩। পুন্সিগী পাওখোং কয়ামুক মতম পীরকপ ইঙ্গিং মতুংইন্ন কোংনব কয়া নৈ। করিগুম অকক্নব থোদোক অমদ কমদৌন চংথগদগে হায়বনচিংব অহু মতম তাক্নকপ য়াওই। অক্নব খুদোংথিব মতাংদ মতম সাধু-সন্যাসিশিং উই অবন্নুং মখোয়গী লথী তাকপিরব য়াওই।

১০৫৪। কবিতানচিংব পুক্নি গী অহা'ব মও'শিং অসি কাওব মতম কংই। অনাবগী হিদাকশিং মতম তাকপ য়াওই। করিগুমদন মতম উব পোং অতুমক ভাইবংদ হাকথেংনন উব য়াওই।

১০৫৫। মওশিং অসি মওশিব মী অদ্গী আধ্যাত্মি ক অমদি লমচংকী অনেম অরাং য়েংনব মরম অমন্নু ওই।

১০৫৬। ব্রহ্মজ্ঞানিশিং নত্রগ সাধু-মুনিশিংদি মও মতমে।

১০৫৭। কনাগুম অমবু য়াগী মতমগী মশক থওব ঙম্মী।

১০৫৮। ঐথোয়গী নৌশিং অমন্নুং লমচংকী চাওথোকহনব পুন্নমক্ত মওনি হেক হায়বসিদ পুমাং হেক মাঙই।

১০৫৯। মিকপ থোকপ (ভুমদব) মতমদ থেংনরিবশিং অসিদি মও অমন্নুং মদুগী কলশিংদগী মনিং তম্বনি অদুবু মওগী থেংনবশিং অসিদি মিকপ থে ক্লিডদ তাথিব পুক্নিগী মমিশিং অদুগী কলনি।

১০৬০। মও হায়বসিন মিকপ থোকপ (ভুমদব) ক্নিবমদ ওইরকই, অদুগ মিকপ থোকপগী ক্নিবম অসিমু আত্মা-জ্ঞানগী থাক্ত লাকই, অদুন খ্বাইদগী বাংব অচুম্ব অদুগী মিৎয়েংদগী হায়ব তারগদি মিকপ থোকপ (ভুমদবগী) জ্ঞান অসিমু ওইদব অমনি।

১০৬১। মও অসি মওশিব মী অদুদদি মও নত্তে। মিকপ থোকপ মী অদুতদ মওবু মও ওইন থওবনি। মতৌ অদুগুমদুন, মিকপ থোকপ (ভুমদব) অসিবু মিকপ থোক্কুন (ভুমদন) নৈব অমদদি অপেঙব অদুম মওই।

১০৬২। তুমদব, মিকপ থোকপ অসি দীর্ঘ স্বপ্ন, হায়দুনা চুম্নগী ভাইহাকী মঙ অসিগী ওন্ন তৈনব অশাঙব মঙ অমনি।

১০৬৩। করিগুম্বা পোৎ, অমবু ঐখোয়না কাওরিবসি অয়াবনি, মায়াগী পোৎশিং অসি অমগী অকক্নব মওং অমা লৈ মরমদি পুক্নিংনা অদুম থাজৈ। অশেংবরক্কি, মঙ অমসুং মিকপ থোকপ অসিগী পোৎশিং অসি ওইদব ভাক্কনি।

১০৬৪। মিকপ থোকপদন হকচাংগী মওং অদুগ মঙদন পুক্নিংগী মওং লৈরদনি।

১০৬৫। মওং নাইব পোৎ অমন লৈবসি পুক্নিংদ পোৎ অদুগী থোইদোকপ মওং অম লৈরিব মথৈতনি। পুক্নিংগী মরি নত্রগ ফিবম অসিন হোৎলকপদ পোৎকী মওং অসিসু হোংলকই। মরম অসিননি অজ্ঞ জ্ঞান ফংলব মতুংদ সংসারগী ওইরিব মওং অসিন মাঙপ্রবসি।

১০৬৬। মঙ অসিন চুমদব ওইব মরম্ন মিকপ থোকপ (তুমদব) অসিসু চুমদব অম ওইক্নম থোকই।

১০৬৭। মিকপ থোকপ (তুদব) মতমদ নংগী বাখলবু ষেংশিনব শাক্তি অমা ওইব তম্ম।] নংন মঙ মঙলিদৈদুদ মঙ মঙলি হায়বসি থঙগনি।

১০৬৮। নংন মঙ মঙলিদৈদদ নংগী বাখল অদু ননিং ভৌন হোংদোকপ লেপহনব নত্রগা অশোপ্পা বাখল অম থনব ঙমই। নংন মঙ মঙলবসু জ্ঞান তাব হায়বদি মসুংদ লূন মিকপ থোকপা ঙমগনি।

১০৬৯। মিকপ থোকপ (তুমদব) গী বাখলবু লাকশিনব ঙমলবদি নংন মঙগী বাখলশিংসু লাকশিনবা ঙমগনি।



## (ধ) শিক্ষা—

১০৭০ শিক্ষান মরুনি। নৈনব হায়বসিনা মপালনি। লৌশিং হায়বসিন মহৈহুনি।

১০৭১। শিক্ষাদি চয় হিংব, বাংল থনব হায়বসিদ তায়রুব থ্বাইদগী ফব মওং অদুদ হোত্তুন শেমগয়বনি।

১০৭২। শিক্ষান ছাত্রবু মাগী অকোয়বদ লৈরিবশিং অদুগ চাশিনব ওয়হনগদবনি, অদুগা মাবু পুক্নিংগী শিনকম অসি থেংননব অমদি আত্মা জ্ঞান ফংননব হোংনবদ মতেং অমা ওইহনগদবনি।

১০৭৩। শিক্ষা হায়বসিন ছাত্রশিংবু অচুম, লমচৎ, কিদব, নোলুকপ অমসুং থাবপিহৈব হায়বসোমদ লমজিংগদবনি।

১০৭৪। মপুংফাব থৌজাল নত্রগ মপুংফাব জ্ঞানগী সমাধি হায়বসিদি অচুম শিক্ষা অমদি চুম্ন নৈনবা অদুগী ফলনি।

১০৭৫। কিদমগী মীশকশিং অসিদি কিদমগী তম্বশঙশিংদগী কিদমগী শিক্ষা ফংব চাক্তনি।

১০৭৬। ওঝা অমসুং ছাত্রগী মরীদি মুংশিচাউব মপা অমসুং হায়ব-ইনব মচা অমগী মরীদু ওইগদবনি মসিদি পৈশা তাংবগী মওং অমা ওইহল্লোইদৌবনি।

১০৭৭। লমচংকী থক-থা নাইবদি মাওদব, লৌশিংদগী ওইব শিক্ষাদি মীওইবগী চাওখৎ লম্বীদ অথিংব পীব অমনি।

১০৭৮। লমচৎ মাওদব জ্ঞান অসিদি মী অদুদ অমদি মাগী মরূপশিংদ থুদোংথিনবগী মরূপ অমনি।

১০৭৯। শিক্ষাদি অকনব, অশেংব অমসুং ফজব লমচৎ শেমনবগীদমক্ত ওইগদবনি।

১০৮০। ঐখোয়গী হৌখিকী নহারোলশিং অসিদ লমচৎ মাতঙ্গয়ল্লিবসি

হৌজিককালগী বিষয়দ অধ্যাত্মিকি অমদি অমচংকী ওইব বিষয় য়াওদবদগী থোকপনি।

১০৮১। মুপামচাশিংবু ধর্ম হায়বদু য়াওদনা ভখিরবদি নংনা অঙকপ তাকু ঙাক্ত শেমগৎলবনি।

১০৮২। শিক্ষা অসিনা সভ্যতা অমা শেম্মি নত্রগা য়াঙহল্লি। বিশ্ব-বিদ্যালয়শিং অমদি তশেংনা জাতিগী লমচৎ, ফিদম অমদি সভ্যতাগী খুর্মী পায়বনি।

১০৮৩। আইনগী শক্তিদগী অচুম্ব শিক্ষানা য়াম হেন্না থবক পাঙব ঙমই। মনুষ্য মী হায়বদুবু শিক্ষা পিদ্রিবৈদি আইন হায়বদুদি অশিবা ময়েক ওইদ্রুন অদুম লৈগনি।

## (ন) নিংতম্ব

১০৮৪। নিংতম্ব হায়বসিদি মীওইবগী জীবন সত্বনি।

১০৮৫। নিংতম্ব হায়বসিদি অচুম্ব ফজব—মুঙাইবদুনি।

১০৮৬। নিংতম্বদি শিব নাইদবদুনি।

১০৮৭। নিংতম্বসিদি জ্ঞাননি, শান্তি অমসুং কৃপানি।

১০৮৮। থগুনবু ওইরবস্থু থগুদনবু ওইরবস্থু, হৈশিংনবু ওইরবস্থু নত্রগ হৈতনবু ওইরবস্থু পূর্ণমক অসি নিংতম্ব অসি তায়ব ঙাক্তনি।

১০৮৯। নংগী থোংথাং খুদিংমক নিংতম্বদু তায় চৎপ ঙাক্তনি।

১০৯০। নিংতম্ব হায়বসিদি আত্মাগী মগুণ অমনি। মসিদি নংনা পোকপদ য়াওরক্লব অমনি। শক্তি অমনা নত্রগ মীওইবগী অথিংব অমত্তনা মসিগী অপাম্ব অসিবু নমথব ঙম্লোই।

১০৯১। নিংতম্বগী মৈরি অসিদি মতম পুম্নমক ঙাম চাকই।

১০৯২। অশেংব স্বরাজদি মীন মশাগী মপু ওইজবচুনি।
মসিদি আত্মা স্বরাজনি।
অশেংব নিংতম্বদি পোকপ অমসুং শিবদগী নিংতম্বসিনি।
অশেংব নিংতম্বদি কর্ম কলগী অপুনবদগী নিংতম্বনি।
অশেংব নিংতম্বদি হকচাংগী অপাম্ব অসিদগী কোকপনি।

১০৯৩। অপাম্ব হায়বসি জীববু পোকপ শিবগী সংসারিক চক্র অসিদ ফাজিন্নবগী থরাইদগী শক্তি লৈরব মায়াগী থুংলাইনি।

১০৯৪। খঙ্গোক খঞ্জিন ভেমদবদগী অমদি পঙজবদগী আত্মাবু হকচাং অসিদ ফাজিন্দুন লৈ হায়ন পুক্লিংন খল্লবনি।

---

## ( প ) গুরু

১০৯৫। গুরু হায়বসিদি ঈশ্বর মশামক অদুন শিষ্যবু লমজিংবিনবগী মমক মীওইনা থোরকপনি। ঈশ্বরগী থৌজান অদুমক গুরুগী মূর্তি ওইবনি।

১০৯৬। গুরুবু উবদি ঈশ্বরবু উবনি।

১০৯৭। গুরুদি জীব অমগা শিব নাইদব অদুগগী মরক্ত লৈব মরী অমনি।

১০৯৮। গুরু ওইব তারবদি মহাক অদুন ঈশ্বরদগী মাথং লৌগনি।

১০৯৯। অশেংব সৎগুরু হায়বচুদি ব্রহ্ম মশামক্তি।

১১০০। গুরুদি মোক্ষ-দ্বারনি। মহাক্তি অথোইব, অচুম্ব জ্ঞান অদুগী থোঙ্গাল চঙকমনি।

১১০১। গুরুগী লুচিং মথাদা লৈজরিব শিষ্য অদু কোয়চৎ চৎপদগী ফাজিনবিবনি।

১১০২। সৎ সজ নত্রগ গুরু তিন্নজবদি অপাম-লাং অমসুং ভৌতিক জগৎকী শক্তি পূর্ণমক্তগী নথোরবু ঙাকথোকচনব শাপোৎ-লানপোৎ অদুনি।

১১০৩। মীওইবন পৃথিবী অসিদ তৌগদব মথৌ অনি লৈরিবছিদি পুন্সি অসিবু ঙাকপ অমদি মশামকপু খঙবসিনি।

১১০৪। মওোন্দ সংসারিক জ্ঞান তাকইব গুরু অতুবু শিক্ষা-গুরুনি। মওোন্দ আত্মা জ্ঞানগী লম্বী তাকইব অদু শিক্ষা-গুরুনি।

১১০৫। শিক্ষা গুরুদি ময়াম ওইব যাই অদুগ দিক্ষা গুরুদি অমতংন ওইব যাই।

১১০৬। পুন্নমক্ক হ'য়ব হাও, তৌইগুদবসুং অমত্তগী মতুং ইন্মু। পুন্নমকপু ব্যবহার তৌ, তৌইগুদবসুং অমত্তবু পূজা তৌ।

১১০৭। পুন্নমক্কগী জ্ঞান ভাণশিল্লু, তৌইগুদবসুং গুরু অমত্তগী পাওত্তাক মতুং ইন্মু। মদুতদ নংগী অধ্যাত্মিকী হেন্ন চাওখৎপদু ওইগনি।

১১০৮। শক্তি সনচার হায়বসি দাই-গুরু হাক্তক্তগী চৎনয়কপনি। মসি লোত্তুনা লৈব অঙবপ নিজ্ঞান অমনি। মসিদি গুরুদগী শিষ্যদা মথং পীথরকপ অমনি।

---

## (ক) নুংঙাইব

১১০৯। সংসারিক ওইব মী অমদি মতম পুন্নমক্ক অরাবদ ঊরাক্লব ঙাক্তনি। মহাক্তি মতম পুন্নমক্ক পৈশা থর, শক্তি থর, ক্ষম থর অসিনচিংব থর তায়হুনত লৈবনি।

১১১০। সংসার অসিদ নুঙাইব কনামত লৈতে।

১১১১। নুঙাইব হায়বসিদি পুক্নিং শান্তি ওইবদগী থোকপনি। পুক্নিং শান্তি হায়বসিদি অপাম্ব লৈতব, পোৎকী বাখল লৈদব পুক্নিংগী ফিবম অদুদগী ওইরকই।

১১১২। নংন শান্তিগী লমদম অদুদ চঙক্রিদৈ মমাঙদ অপাম্বগী বাখল পুন্নমক অদু কাউথোকখিগদবনি।

১১১৩। নংন বাদন মুঙাইব কংলোই। মুঙাইব অদুবু নৈরবদি মচুদ অরাব অম মরৈরে।

১১১৪। মুংথিলগী মুমিদাংন মতুং ইল্লি। অঙানববু অমম্বন মতুং ইল্লি। মুঙাইববু অরাবন মতুং ইল্লি।

১১১৫। মুঙাইব অমসুং অরাব হায়বসি পোং অমগী মমিং অনিনি। মথোয় অসি পোং অমগী মমায় অনিনি। দর্শনগী জ্ঞান য়াওদব, সং-সারিক অমন মথোয় অসিবু তোঙান তোঙানব ওইন উজবদনি।

১১১৬। মুঙাইব অমসুং অরাব, কজব অমসুং অথৌবনচিংব পুম্নমক অসি পুক্রিংগী মীনম্ব কল্পনা ঙাক্তনি। পুক্রিং অ'স মীনম্ব, ওইবব পোংথোক অমনি।

১১১৭। পোং অদুদ মুঙাইব অমসুং অরাব হায়বসি নৈব নত্তে। মসি পুম্নমক অসি পুক্রিংন শেমব ঙাক্তনি।

১১১৮। নংন কয় নাবব মতমদ সংসারগী পুক্রিং চুপ্ব পুম্নমক লোইন মাঙখি। অদোংব পোং অমন মী থুদিংবু মতম পুম্নমক্ত মুঙাইহনগদব অম নত্রা?

১১১৯। অরাবগী মবমদি মুঙাইব অসিননি।

১১২০। অপাম্ব চপ্পরিব মতৈং মুঙাইব হেনগংলি।

১১২১। স'সংদ করিগুম্ব পোং অমতদ মুঙাইব হায়বসি মুপনৈ নৈতে। ঐখোয়গী ইন্দ্রিগী পোংশিং নত্রগ পুক্রিং অসিদগী মুঙাইব লাকই হায়ন থল্লিবসি য়াম্ন অপঙব অমনি।

১১২২। সংসার অসি ইচম চম্ব মিংন উব অমনি। পুক্রিং অমসুং ইন্দ্রিশিং অসিন নংবু মিকুপ থুদিংগী মীনম্বীবি।

---

## (ব) হকচাং ফব।

১১২৩। মী পুন্নমকী মশাগী হকচাং ফব নক্কগ লায়না চেনব তায়বসি মশা মশানা ওইহল্লবনি। লায়না হায়বসিদি পুন্সিবু স্রোকথংলিব হকচাং ফবগী নিয়ম অদু ইন্দবগী কলনি।

১১২৪। অহানব লনদি হকচাং ফবসিনি। মসিদি থ্বাইদগী চাউব সম্পাতিনি। মসিদি ধর্ম পুন্নমকী যুম্ফমনি।

১১২৫। মীন নংলিব অবাব, খুদোংথীবশিং অসি হকচাং ফত্তবদগী ওইরকপনি। মশা ফরিব মীতুদি আশা লৈরিবনি। আশা লৈরিব অদুদি পুন্নমক লৈরিবনি।

১১২৬। নংন নশা ফত্তবদি পুন্সিগী করিগুম খোঙথাং অমত্তদমু চাওথংপ ঙমলোই।

১১২৭। হকচাং ফত্তনদি নংন প্রার্থনা তৌব অমসুং ধ্যান তৌব অমত্ত য়ারোই। শাস্ত্রন হকচাং অসিবু সংসার সমুদ্র লায়ব ংিনি, অফব থবক তৌননব অমদি মুক্তি ফংনবগী খুৎলাইনি হায়দুন লাউরম্লিবসি অসিননি।

১১২৮। খুৎলাই অসিদি লুন, অমসুং কয় মশা ফন থমগদবনি। হকচাং অসিদি নংবু লমথুংফম অদুদা পুননব শগেলনি।

১১২৯। হকচাং ফব হায়বসিদি পুন্সিগী তুংদা লেপলিবী ইমা প্রকৃতিগী খুদোল অমনি।

১১৩০। মতম পুন্নমক্ত হকচাং ফন অমদি মুঙাইন লৈনবগী তত্ত্বদি মতম পুন্নমক্ত থরদং ওইরবসু লামহনত্তুন লৈব অসিনি। চাকথাও অসি হেন্ন হাঞ্জিনগনু।

১১৩১। হকচাং ফন থম্বগী মফদি আত্মা-জ্ঞান তাম্নবগীদমক্তনি।

১১৩২। অয়াম্ব মীদি ময়ান মোংকম তৌই।

১১৩৩। জাতীগী অনাব ভংখাই অমদি চিক্লাকী চাং চায়দবদগীনি।

১১৩৪। অকব চিক্লাক্তি থরচ চাওব নত্তে। নীংথিন চাং শেয়ব চিক্লাক্তি মমল যামদে। লৌথংপ যাদন অংলিবদি চিক্লাকী অ্যান অসিনি।

১১৩৫। নপুক্লিংদ করিগুম্ব খর থম্লিবত্ত্ব হকচাং অসিন কোংদোক্লদবনি।

১১৩৬। পুক্লিং বাবসিন ব্লড প্রেসর, থম্মোইগী লায়না, শিংলিগী লায়না-চিংব শিব য়াব লায়নাশিং অসি পোকহল্লি।

১১৩৭। লায়না পুম্নমক্কী হৌরকফমদি পুক্লিং অসিনি। কত্তব বাথল হায়বসিমক্ক মাঙহল্লবদি লায়নাদি মতোমত চৎচখিগনি।

১১৩৮। পুক্লিং অসিবু হান্ন লায়েংউ। মপানগী হকচাং কব অসিদগীদি পুক্লিংগী হকচাং কবসিন তেম্ন মরু ওইবনি।

১১৩৯। লোকপ অমম্বুং হরাও তয়াদ্বসিন হকচাংদ ঊগী ঊচেন কগংহল্লি। মথোয় অসিদি ঊগী হিদাক্তি।

১১৪০। হকচাং অসিদি সুপ্নগী পুক্লিংগী মমি ওইজবতনি। মসিদি পুক্লিংন মশাবু কোংদোকচনবগীদমক হৈজুন শেমজব মওং অমনি।

১১৪১। নংন থনবগী মতুং ইন্ন নংন ওইবনি। মতম পুম্নমক্ক "ঐদি পুক্লিং হকচাং কন্দি" হায়ন থল্লু।

---

## (ভ) হিন্দু ধর্ম্ম

১১৪২। চৎনরিব ধর্ম্মশিংগী মঙ্গুংদ হিন্দু ধর্ম্মন থবাইদগী কুইরবনি।

১১৪৩। হিন্দু ধর্ম্মদি মীন শেম্ব ধর্ম্ম অম নত্তে। মসিদি মী অমন হৌদোক্লব নত্তে।

১১৪৪। মসি ইসলাম অমসুং খৃষ্টানশুম নিয়ম অম ওইন হৌদোকখিব নত্তে।

১১৪৬। হিন্দু ধর্ম্মবু সনাতন ধর্ম্ম অমসুং বৈদিক ধর্ম্ম হায়রগসু থৃঙৈ। সনাতন ধর্ম্ম হায়বদি লোই-নাইদব ধর্ম্ম হায়বদি থাইনগী নিয়ম হায়বনি, বৈদিক ধর্ম্ম হায়বদি বেদগী ধর্ম্ম হায়বনি।

১১৪৬। হিন্দু ধর্ম্মদি সংসার অসিমক চপ মায়না কুইরবনি। হিন্দু ধর্ম্ম অসিদি ধর্ম্ম পুম্নমক্কী অপোকপী মমানি।

১১৪৭। হিন্দু ধর্ম্মগী মচুংদ পোকপ, চাউব প্রভু বুদ্ধন মতাং থরদ হোংদোক হোংজিল তৌদুনা অনৌব ধর্ম্ম অম শেমগৎলমই।

১১৪৮। বুদ্ধ ধর্ম্মদি হিন্দু ধর্ম্মগী লোঙথোরকপ মশা অমনি।

১১৪৯। বেনারস অমসুং কাশ্মীরদ তপ তৌরম প্রভু যিশুন হিন্দু ধর্ম্মগী পাউভাক অমসুং নিয়মশিং অদু থনগত্তুনা পেলেষ্টাইনগী ঙা কাব-শিংগ চানব ধর্ম্ম অম শেমগৎলম্বনি।

১১৫০। মহাবীরন হোংদোক হোংজিন তৌদুনা জৈন্য ধর্ম্ম হায়ব অম শেমগৎলি। মচুন বুদ্ধ ধর্ম্মগী লোংথোরকপ মশা অমনি।

১১৫১। জোরোষ্ট্রানিজম অমসুং খৃষ্টানিটিনচিংব সম্প্রদায়িক ধর্ম্ম পুম্নমক অসি অশেংবমক হিন্দু ধর্ম্মগী লোঙথোকখিব মশা ঙাক্তনি।

১১৫২। হিন্দু ধর্ম্মদি মীথাপোন্দব মনিং তম ধর্ম্ম অমনি।

১১৫৩। মসিন কনাগুম অমতদ করিগুম অকক্লব চংনবী, লাইনিং লাইশোন অমত্তবু নমদুন পীশিন্দে।

১১৫৪। হিন্দু ধর্ম্মদি থমথেংনা পাকচাউব অমসুং চাংদ লৈব অমনি। হিন্দু ধর্ম্মগী যুমকম হায়বত্ত মসিনি।

১১৫৫। হিন্দু ধর্ম্মন ধর্ম্ম পুম্নমকপু ব্যবহার তৌই। মসিন ধর্ম্ম অমত্তবু তাথীব নৈতে।

১১৫৬। মসিদি ধর্ম্ম পুম্নমকী অপুনব অদুনি। মসিদি দর্শন পুম্নমকী অপুনব অদুনি। মসিন মী মথল খুদিংগী মকম পী।

১১৫৭। নংন হিন্দু ধর্ম্মগী মরমদ থগুব হেন্নকপ অদুপকী মথৈ নংন মসিবু ইকাইখুম্নব অমদি লুংশিব হেন্নকনি।

১১৫৮। নংন মসিবু নৈনম্নিব অদুপকী মথৈ মসিন নংগোন্দ জ্ঞান পীরক্কনি অমসুং নংবু পেলহনগনি।

---

## (ম) মূর্ত্তি পূজা

১১৫৯। চুম্নগী অঙৌব চে মচেৎ অম নত্রগ মচুগী চে অমসি থোইদোকপ মমল লৈতে। নংন মদুবু হুন্দোকই। তৌইগুমসুং, মদুদ মুহোর নম্নব অমদি নিংথো নত্রগ নিংথোরেনগী তশবির য়াওরবদি মদুন লুপাগী নোট ওইরবদি নংন মদুবু নংগী শেনগাওদ থমজিনগনি। মতৌ অমুম, ইচম চম্ব লুং অম অসি নঙোন্দ মমল লৈতে। নংন মদুবু হুন্দোকই। তৌইগুমসুং মদুন প্রভূ কৃষ্ণগী মূর্ত্তি নত্রগ অতোপ্প মন্দিরগী মূর্ত্তি অম ওইরবদি নংন নখুৎ লোম্নদুন নকোক নোন্দুন খুরুম্নী মরমদি নুং অদুদ প্রভুগী মুহোর নম্নে।

১১৬০। ফিরাল হায়বসি মচু মরাংগী ফি মচেৎ অমনি অদুবু সিফাইশিংগীদমক্তদি য়াম্ন লুন তোঙখ্রব পোৎ অমনি। মাদি ফিরাল অদুবু তাক্লবগী দমক মথৱাই কাওব থাগদৌরিবনি। মতৌ অদুগুম, ভক্ত অমদ মূর্ত্তি অসি য়াম্ন লুংশিগ্রব পোৎ অমনি।

১১৬১। মূর্ত্তিদি মূর্ত্তি ওইদুন অদুম লৈজবনি, অদুগ প্রভুদ চৎখ্রিবদি খুরম্ব অদুনি।

১১৬২। মূর্ত্তি খুরম্বসি হিন্দুশিংন তৌব তোঙানব অম নত্তে। খৃষ্ট্যানশিংন ক্রোসবু খুরম্নী। মথোয়গী মপুক্লিংদ ক্রোসকী মমি লৈ। মহম্মদশিংন

খুরুখুদক কুনব অমদি লাই খুরুমদ কাবাগী হুংগী মূর্তি অদু থমই। যোগী অমসুং বেদান্তী থর নত্তন পৃথিবীগী মী পুম্নমক মূর্তি খুরুম ঙাক্তনি। মথোন্নন মপুক্লিংদ মূর্তি অম নত্রগ অমদি শোয়দন থম্মী।

১১৬৩। পুক্লিংগী মূর্তি অসিসু মূর্তি মথল অমনি।

১১৬৪। বেদান্তী ফাওবন কোয়চৎ চৎপ পুক্লিংবু ফাজিনবগীদমক ওঁ (অউম) গী খুদমসি থম্মি।

১১৬৫। মসি থাজৈশেংন অঙকপ যাহুনি। কোটোন অহিংব ওইরকই। মূর্তিন বা ঙাঙলকই।

১১৬৬। ভক্ত অমন মূর্তি অদুদ থাজৈশেংব মবু্ংঙো অদুবু উব ঙমই। মহাক্ন মূর্তি অদুদগী পাওতাক লৌই। মূর্তি অদুন মাবু্ লমজীংই। মসিন মঙোন্দ বা ঙাঙই।

---

## (য়) ভারতবর্ষ

১১৬৭। ভারত অসিদি মশীং লাকভমদ্রব মুনি, ঋষি, যোগী, লম্বোইব অমসুং ঈশ্বরগী পাওপুবশিং পোকখিব শেংলব লম অমনি।

১১৬৮। যিশু ফাওবন মাগী পুজিগী মাঙখিব মতম অদুদ কাশ্মীরদ লৈরম্মী অমসুং ভারতকী যোগীশিংদগী যোগ তমখি।

১১৬৯। মী খুদিংমক্ক দর্শনগী করিগুম্ব থর থঙবসি স্থপ্নগী ভারত অসিতদনি।

১১৭০। নোংচুপ্ত লৈবশিংগী মপা মপুশিংন মপুংফান সভ্যতা ফংদ্রিবৈ পংবৈ লৈনরিবৈদ ভারত অসিদি আত্মা জ্ঞান লৈরব, থবাইদগী বাংন লৈনরব অমসুং সথ্যাৎকার ওইরব সাধু, সান্ত, যোগী, মুনি, মহাঋষিশিংন থম্ন লৈরম্মী।

১১৭১। গ্রীক অমসুং রোম হিন্দুশিংগী মতৌ তমজয়মী অমসুং হিন্দুগী বাখলশিং অহু লৌশিনজয়মী।

১১৭২। নংন ভাবগু অমসুং হিন্দু ধর্ম্মগী মরমদ খণ্ডলক্লিব মখৈ নংন মসিবু সুংশিন্নকনি অমসুং নংবু ভারত্ত হিন্দু ওইন পোকহনবীয়মগীদমক ইবুঙো মাবু থাগৎলকনি।

১১৭৩। গীতা অমসুং উপনিষদশিং অসি মাওদ্রবদি ভারত্তি ভারত ওইররোইদৌবনি।

১১৭৪। নোংচুপকী সভ্যতান পুক্লিংবু মপান্দ পুখোকই। নোংপোক্কী সভ্যতান পুক্লিং অসিবু মমুংলোমদ লৈশিলহল্লি।

১১৭৫। নোংচুপকী সভ্যতান মায়াগী লাংদ থুহল্লি। নোংপোক্কী সভ্যতান মুক্তি কংহল্লি।

১১৭৬। নোংচুপ পদার্থবাদীনি। নোংপোক্ক আধ্যাত্মিক বাদীনি।

১১৭৭। ভারত্ত লৈব নোংচুপকী মতৌ তম্বশিং অসিদি মথয়াই শিববনি। মসিদি তশেংনমক হুংশিবিকম খোকপ অমনি।

১১৭৮। ভারতবর্ষগী তুংগী মবাইবত্তি মাগী লন থুমশিংদগী মাগী আধ্যাত্মিক শক্তি অসিদন হেন্ন মরা চেৎলি।

---

## (র) জীবন মুক্ত

১১৭৯। জীবন মুক্তদি অবান-খুবম কংলব সাধুনি। মহাক্তি হিংন হিংন লাল্লবনি।

১১৮০। মহাক্তি ঈশ্বর অদুমক্লি। মহাক্তি পৃথিবীদ লৈব ঈশ্বর অমনি।

১১৮১। মহাক্তি ব্রহ্মগী কৃপা চাববনি। মঙোন্দ পৃথিবী অসিমকীম্বু জ্ঞান লৈ। মাদি লোন অনি খঙব মীওমনি।

১১৮২। যাদি সম-দৃষ্টি নত্রগ মায়ব মিংয়েং লৈবনি।

১১৮৩। থবক তৌরিঙৈদসু যাদি মিকুপ অমতসু মাগী ব্রহ্ম জ্ঞান অছু মাঙদে। যাদি মতম পুম্নমক্ত চৈতন্য স্বরূপ নত্রগ অশেংব জ্ঞান অদুদ লেঙদন লৈ।

১১৮৪। যাদি শাস্ত্র অমসুং সমাজগী নিয়ম পুনদ্রে।

১১৮৫। মান তৌথোরকপ পুম্নমক অসি শাস্ত্র নত্রগ অশেংব লাইয়িক-শিংগ হেক্ক চানগনি।

১১৮৬। যাদি কর্ম্মগী মথক্ত লৈ অদুন কর্ম্মন মাবু শোকপ ঙমদে। মহাক্ক সংসারগী কিদমগীদমক থবক তৌই।

১১৮৭। ভগবানন মহাকপু দৈব্য কর্ম্মশিংগীদমক্ত থম্বনি।

১১৮৮। মাগী তুমিনলৈবসিদি অথোইব লোন অমনি। মাগী দৈব্য জ্ঞান অমদি দৈব্য-চৈক্ষু লৈ। মান লৈব মফমদ চিংনব পুম্নমক কোকই।

১১৮৯। সাধু অমন মপান্দদি কি শেত্তব য়াই। মাগী মনাক্ত কবিগুস্ব অমত্ত থমদব য়াই। মান মাগী মথুং অসিন ভিক্ষাগী পাত্র গুইন শিজয়ব য়াই অমসুং মান উথো'দ হিপ্ল য়াই। মান বন্দ লৈব য়াই।

১১৯০। পাপ্প মঙোন্দ চঙব ঙমদে। মঙোন্দ পোকপ শিব লৈতে। অরা অনা হায়বদুন মাবু গুৎ-নৈব ঙমদে।

১১৯১। জীবন মুক্তগী কিবম অসিদি পুম্নমক মঙোন্দগী থোকপ পুম্নমক মঙোন্দ তিনবনি। মসিদি মপুং ফাদুনত্ত লৈব মওং অমনি। অপাম্ব পুম্নমক অসি চাকথেকথ্রবনি।

১১৯২। মহাক্ক নীংব কায়ব, অৱাব, মুঙাইতব পুম্নমকপু অয় তৌরবনি : যাদি হৌজিক পৃথিবী অসিগী লমজিং মৈরানি।

১১৯৩। নংসু নীংবু নীংলবদি হায়রিব মতোন অসি য়োন কাব ঙমুই।

## (ল) কর্ম্ম

১১৯৪। কর্ম হায়বসিদি থবক খঙনব সংস্কৃত ৱাহৈনি। হকচাংগী নত্তগ পুক্নিংগী থবক পুম্নমক কর্মনি।

১১৯৫। থবক্তা মহৈ অসি তপেংনমক তোঙানব অম নত্তে। মসিদি থবক্তা শরুক অমনি অমসুং তোঙান্না থাদোকপ য়াদে।

১১৯৬। ৱাখল, অপাম্ব, পুক্নিংন থনব, (ভাবন শাব) পুক্নীংদ কাওব খুদিংমক অসি ফল অমমম থোকহল্লি। পুণ্যন মশাগী মনা পুজরকই। পাপন মশাগী দণ্ড পুজরকই। কর্ম ফলগী নিয়মদি মসিনি।

১১৯৭। ঈশ্বরন অকববুম মনা পীদে, কত্তবমুম দণ্ড তৌদে। মনা অমসুং দণ্ড পীরিবদি মাগী কর্ম অদুমক্রুনি। কর্মগী ফল অমসুং প্রতিফল অদুননি মহৈ পীরিবদি।

১১৯৮। ফল অমসুং প্রতিফলগী নিয়ম অসিদি হকচাং অমসুং পুক্নিং অনিমক্ত লৈ।

১১৯৯। ঙসি ইশান হোংনজবসিন হয়েংদি ইরাইবক হায়বদু ওইগদৌ-রিবনি। ইশান হোংনজব অমদি ইশান লাইবক লেপচব হায়বসি অমত্তনি, চপ মান্নবনি। প্ররাব্ধ অমসুং পুরুষার্থ অনিমক অমত্তনি। মথোয় অসি পোৎ অমত্তব খঙনব মখিং অনিনি।

১২০০। পরাব্ধদি হৌখিবদগ় মরি লৈনবনি। তুং অসিদি নংগী নখুত্ত লৈবনি। নংন নংগী নরাইবক অসি হোংদোকপ ঙমই। থবক তৌনবগীদমক নংগী ননীংতব ৱাখল লৈ।

১২০১। অনৌব মিংয়েং অম য়েংউ। অরংব, মঙল ওইরব তুংন নংবু ঙাইরি। হৌখিবদুদি লৈনুংদ ফুমখিনবা সত্ত। হৌজিক নংন অঙকপ থবক তৌব ঙম্মি।

১২০২। লাইবক হায়বসিদি নহাক নশান শেমজবনি। নশাগী বাখল অমম্তুং থবক্ক নহাক্ক নরাইবক শেমজবনি।

১২০৩। লুপা থোকপ থবক ভৌ। তপ ভৌ। পূক্সিং চত্তউ। লোংলোকউ। ধ্যান ভৌ। লাইবক্ক তম হায়বত্তুদ থাজব অম ওইগনু।

১২০৪। নীংশিংবিয় মরুপশিং। মীওইবসি মশান মশাগী ভাগ্য-বিধাতানি

১২০৫। অতোপ্পন ভৌখিব অত্ত নংনস্তু ভৌব তম ভাক্তনি। মসিদ করিস্তু চিংননিঙাই লৈতে।

১২০৬। বাখলন নংগী লমচৎ অসি শেম্মী। পোৎ ওন্থব বাখলবু থবক কৌই।

১২০৭। নংন থবক অম ভৌরবদি মতুগী হৈনব অম লৈ। হৈনব অম লৈবদগী লমচৎ অসি ওইরকই। লমচৎ অম শেমখিবদগীদি লাইবক হায়বত্তু লৈরে। মরম অসিদগী লাইবক হায়বসি নশান শেমজবনি হায়রিবনি।

১২০৮। নংন হৌজিক ওইরিব ফিবম অসিগী দায়ত্তদি নহাক্লি। নংন হায়বদি মত্তু নংন ভৌজবনি। নংন অবাবদ তারবদি মত্তুস্থ নংন তাজবনি। থবক পুন্নমকসি থুন নত্রগ তপ্প ফল অমমম শোয়দন লৈ।

১২০৯। নংন থবাইদগী য়াম্ন অফব পুরকপ অমস্তুং থবাইদগী হন্থব ফজ্জব পুরকপ থবক অত্তু তৌনব হোংনগদবনি।

১২১০। লাইবক হায়বসি মীগী বাখল, হৈনবী অমস্তুং লমচৎ অসিন শেমবনি। বাখল অমদি লমচৎ, শাজৎ শেমদোক্তুন চুমথোক্লবগী থুদোং চাবত্তু মিকুপ থুদিংদ লৈ।

## (ব) পূন্সি

১২১১। পুন্সি অসিদি ঈশ্বরন মশাবু কোঙদোকচবনি। পুন্সিদি হয়াওব শুডাইবনি। পুন্সিদি কৃপা সমুদ্রদ তাউব আত্মানি।

১২১২। পুন্সি অসিদি জ্ঞানগী ঈচেল অমনি।

১২১৩। পুন্সিদি সেবা অমস্তুং থাদোকপনি। পুন্সিদি প্রেমনি। পুন্সিদি মহিমতা থোক্লবনি। পুন্সিদি কবিতানি। পুন্সিদি কালা অমস্তুং কল্পনানি, তৌইগুম্বস্তুং বিজ্ঞান অমদি নত্তে। পূন্সিদি লাই খুরম্বনি।

১২১৪। ঐখোয়মন সিদ লৈরিবসি তীর্থ চৎপ যাত্রিকশিংনি। ঐখোয়গী লমথুংকমদি ঈশ্বরনি।

১২১৫। পূন্সিগী অমত্ত ওইব পান্দমদি আত্ম-জ্ঞান ফংব নত্রগ মপুং ফান নীংভবনি।

১২১৬। পূন্সি অসিদি অথনব, মপুং ফাব অদু ফংনব লান অমনি। পূন্সিদি মপুং ফাব নীংতম্বদু ফংনবগী লানফম অমনি।

১২১৭। পৃথিবীদ হিংব পূন্সি অসি ইশাগী মপুং ফাজনবগী উপাই অমনি।

১২১৮। মীওইবগী পূন্সি অসি ধর্ম্ম য়াওদ্রবদি মীওইব ওইরম্রোইদবনি।

১২১৯। পূন্সিগী অর্থ নীংথিন খঙউ, অদুগ মথংদ থিব হৌগংলু। পূন্সি অসি নংগী থবাইদগী চাউব মনাহ্নি। সেকেও অম ফাওব অকব, কাম্নবদ শীজিম্নৌ। মতম ঙাইন শূবশিং অদুদ মাম্নপাকপন তোম্বন লাক্কে।



## (শ) সেবা

১২২০। মীওইবগী চাওখৎচনব ঈশ্বরন শীনবিব খুজিন থোরাংদি থবক হায়বসিনি।

১২২১। ঈশ্বরবু হুংশিব অমদি মীওইববু সেবা তৌব হায়বসিন অশেংব পৃক্সিগী অবোনব তত্ত্বনি। অশেংব পৃক্সিগী অর্থদি সেবা অমসুং থাদোকপসিনি।

১২২২। অতোপ্পগী সেবাগীদমক নপুংসি অড় য়োকউ। নংন অতোপ্পগী কায়ব অমসুং সেবাদ নংগী পাদল, শক্তি শীজিন্নংরব অদুপকী মতিক নডোন্দ দৈব্য-শক্তি হেনগৎলক্কনি।

১২২৩। আধ্যাত্মিকী লম্বীদ অহানব খোঙথা দি মীওইবগী সেবা তৌবসিনি। ওইজব থাদোকপ থবক হায়বসি মুক্তিগী লম্বী য়েংনব ৱাৎৈনি।

১২২৪। ওইজব থাদোকপ থবক অমসু দানন থম্মে ই চাওখৎহন্নু অমসুং অতোনব পুক্নিং অড় শেংদোকউ।

১২২৫। কর্ম যোগদাদ থবক অচৌ-মচা নাইদে। কর্ম যোগীশিংদসু অচৌ-মচা নাইদে।

১২২৬। অতোপ্পবু মতেং পাংনব অমদি সেবা তৌনবগী খুদোংচাব অমত্ত মাঙহনগনু। নপুক্নিং চঙন হবাওন সেবা তৌ। ছুটিগী নত্রগ হয়াম থাউগী মায়থোং অম থক উৎকনু।

১২২৭। মাবু সেবা তৌনবগী খুদোংচাব অম পীবিবগীদমক মাবু থাগৎল্লু।

১২২৮। মী পুম্নমক্ত নৈব ঈশ্বর অদুন সেবগী থোঙদ নংন খুরুম্ব অড় ওকপিবি হায়ন নীংতুন সেবা তৌ। ঈশ্বরগী শক্নে নংশিং অড় নত্তুন সংসাব অসি কবিম্নু নত্তে।

১২২৯। প্রজাগী সেবাদি ঈশ্বরগী সেবানি। সেবাদি ঈশ্বর খুরুম্বনি।

মসি কদৌঙৈদসু কাউগনু। ঈশ্বরগী জীবশিংবু সেবা তৌবসিন ঈশ্বরবু সেবা তৌব অমসুং খুন্নবগী থবাইদগী কব মওং ওইব য়াই।

১২৩০। ডাকশেনব অম ওইন থবক তৌ, মপু অম ওইন তৌগনু। ঐগী হায়ব অদু য়াওদবনিন নংবু পুনশিনবিরোই।

১২৩১। ব্রাদন ফংব করিনু লৈতে।

---

## ৭। সৎ-সঙ্গ অমসুং স্বাধ্যায়

১২৩২। মায়া অসিবু কনান লানথোকই অমসুং কনান থুড়ুম চল্লি? ফত্তব সঙ্গ থ দোক্লব, অচোব থম্মোইগী মীওইশিংদগ লোয়নরব অমসুং "ঐগী হায়ব" অসিদগী মনীং তমলব মহাক অদুতন ঙমই।

১২৩৩। অচৌবশিংগ তিন্নজব হায়বসিমক ফংবদ অরুব অমনি। কমদৌন অমদি কদৌঙৈ মীশিংসিবু অচৌবগী সমাজদ পুশিনগদগে হায়বসিসু অরুব অম ওই। তৌইগুমসুং, অমুক্তংবু অচৌবশিংগী সঙ্গ ফংজব্রবদি মথং মথং চাওখৎখিন অমুক তারকপ লৈরে।

১২৩৪। অচৌবশিংগী সঙ্গ ফংজবসি ঈশ্বরগী থৌজানতন ওইথোকই।

১২৩৫। জ্ঞান চক্ষু নত্রগ থন্দোক-থজিনগী শক্তি অসি, ভগবান বামন থনগৎলবশিং নত্রগ মখোয়দ মগাক্কী কৃপা পাবিরবশিং অদুন হুড়াইজব য়াব নত্রগ ফংজব য়াব সৎ সঙ্গ অদু য়াওদন ফংদে।

১২৩৬। সৎ সঙ্গ হায়বসিমক মতম পুন্নমক্ত কান্নবা ওইব, গুড়াইনিঙাইদ ওইব মরম্ন থবাহদগী ফত্রব টগকী মীওই কাওব মুণি ঋষিশিংগ তিন্নজব নত্রগ সঙ্গ ফংজবদগী ধর্ম্মগী মীওই অম ওইন হোংদোকপ য়াই।

১২৩৭। সাধুশিংদগী জ্ঞান লৌ। মখোয়সি নংগী লানবিরশিংনি। মখোয়গী পাউতাকশিংদু ইল্লু। মখোয়ন নংগী ৽তেং পাংবিগনি, লমজিংবিগনি অমসুং নংগী লমথুংকম অদুদ পুবিগনি।

১২৩৮। যুমলোমদ ওল্লো। সংসারগী মরুভুমিসিদ কোয়ব থক্লে। মরুভুমি অসিদ মরুদ্যান থর লৈ। মথোয়শুদি সাধুশিং অসিনি। মথোয়দগী লৌরগ য়াম্ন থকচিল্লু অতুগ হৌবককম, নংগী অশেংব নযুম তাগ্ন খোঙশাল্লো।

১২৩৯। সৎ-সঙ্গ হায়বসিদি পুন্সি হিনাওনি। বাথলন নংগী কম্পা-সনি। বৈরাগন নংগী ফিজেৎনি। ওা থম্ব ইগী কেপটেন, সংসার সমুদ্র অসিদ নংগী হি অদু, অকিব লৈতন হোল্লু অমসুং শিব নাইদ্রব পুন্সিগী তোর্বান অদোমদ লাম্মোকউ।

১২৪০। সাধুশিং অসি লম্বীনি অমসুং লমথাংফমসুনি। মহাক অশিবু ভগবান মশামক্তগী ফাওব হেন্ন চাউন থম্মৈ। ভক্ত তুলসিদাসন হায়, "ত্রৈন চেৎন থাজৈ মতুংদি রামগী ভক্ত অমন মতোন্দগী চাউব হেল্লি" ভক্ত পুম্নমক্ক মসি য়েৎনব লৈতন লাউবিবনি।

১২৪১। ঈশ্বরন মফম পুম্নমক্ত লৈববসু গুরু অমগী কৃপা য়াওদন মাবু থেঙব ঙমদে। সাধু নত্রগ গুরু হায়বসিদংন লম্বীনি। সংসাব অসি-দগী লাম্মোক্নব অতোপ্প লম্বী অম স্থপলৈ লেতে।

১২৪২। থম্মোই শেংনবগী মবমদ ওইব করিগুম্ব উপাই খুদিংমক সৎ-সঙ্গনি থনগদবনি।

১২৪৩। পুম্নমক্ত মশাক্ক লৈরিবদ, ফাওব অমদি মী পুম্নমক্ত নত্রগ পোৎ পুম্নমক্ত মহাকপু উবগী অভ্যাস অদমক অচৌব, অশেংব সৎ-সঙ্গনি।

১২৪৪। সৎ-সঙ্গ হায়বসি পুন্সিগী লাযনা থুদিংদ কান্নব হিদাক্নি।

১২৪৫। নংনদবু নপুকচেল শেংলবদি সংসাবগী লল পুম্নমক নংগী ওইবগদবনি।

১২৪৬। থম্মোইদ ইনাকখুনব স্থপা অদুতন অশেংব ইনাক খুনবনি।

ধর্ম্ম অমন লুপা ক্রোর অমদগী হেন্ন মমল য়ামই। দানগী থম্মোই অম য়োকখৎলু।

১২৪৭। পৃথিবী পৃম্বসি ইমুং অমতনি হায়বসি খঙজ্রন থবাই পানব পূম্নমক্তী ফনব থবক্ত নপৃক্লিং লৃপ্পু।

১২৪৮। "নিপা অসিন হম্ববনি অতোপ্প অমসিন মথক থোংবনি" হায়না নঙোন্দ কাংহল্লিব অত্নমক মায়ানি।

১২৭৯। অতোপ্পগীদমক্ত হিংবত্র অশেংব পূন্সিনি।

১২৫০। পূম্নমক্ত লৈব অফব অত্র উনব হোৎনৌ। দোষদৃষ্টী নত্রগ মরান থিবগী হৈনবী অদু য়োকখৎকহু।

১২৫১। নংন অতোপ্পদ লৈরিব অফব অদুতমক উনব হোৎনগদবনি। মদুতদ নংন পূম্নমক তিন্নব ঙমগদবনি।

১২৫২। নহাক্ত নশাগী অশেংব, মরুওইব মগোশা অত্র কাউরে। নশাগী সংচিদানন্দ ওইব মওং অত্র থঙড্রে। মবম অত্রন নংন হুড়াইববু মপানগী ইন্দিগী ওইব পোৎশিংদ লৈব ওইন নীংলে।

১২৫৩। সৎ-সঙ্গ হায়বসি ঈশ্বর ফংনবগী চঙদব য়াদ্রব উপাই অমনি।

১২৫৪। সাধু, মহাত্মাশিংগীদমক্তদি সং সঙ্গ হায়বসি চরাওগ, হুড়াইব অমসুং ময়াম পূনন সেবা তৌমিন্নব অমনি।

১২৫৫। অশেংব সৎ-সঙ্গ ভবনদি নংগী থম্মোই মহুংদনি।

১২৫৬। হকচাং অমসুং পূক্লিংবু ঐনি থনব অসিমক্তন অন্না-অনা পূম্নমক্তী মরুনি। অশেংবমক্তি নংদি সংচিদানন্দ স্বরূপ অত্রনি। অশেংব মওং অসিদ শক তাকপতন লোম্ব নাইত্রব শান্তি অমদি অধোইব কৃপা অত্র ফংনবগী শোজৈনি।

১২৫৭। ঐগী জনথুগদি মপান নাইদে, তৌইগুবসুং ঐগী ওইনদি করিস্নু লৈজদে। মিথিলা পুম্নমক তুম্ন চাক্তুন উৎ ওনত্রবসু ঐগীদি করিস্নু চাকপ ঙম্মোই। (রাজা জনক)

১২৫৮। দরকার ওইরিবদি পুক্লিংগী ফি লৌথোকপদুনি। অপাম্ব, মিহৌব, মায়া অসি লৌথোক্লগা নপুক্লিং অদু মরু কোকথোউ। নংন লৈনিংবা মখমদা লৈব য়াগনি।

১২৫৯। হকচাংগী ওইব জ্ঞান অসিগী মথক্ত কাবংজবতদা অথেংব ধর্মাদি ইচম-চম চংনবী; নমচৎ অমস্থং সাধারন তৌনরিবশিং অসিগী বাংম লালবতদা হৌরকপনি।

১২৬০। সিদ্ধি হায়বসিদি পুক্লিং খিংজিনবদগী থোরকপনি। আত্মা জ্ঞানগী মরমদদি সিদ্ধিন করিসু তৌনিংজাই লৈতে।

১২৬১। ফত্তব সঙ্গ তৌবদগী পুক্লিং অসি ফত্তব ভাবশিংন থুম লৈরবনি।

১২৬২। করিগুম্ব য়ুমগী মুপি অদুনা ধর্ম্মগী ভাব অসি করি অমত্ত লৈত্রব অমস্থং সংসারিক রাথল অসিদ লুপ্লগা অম ওইরবদি, মাগ লৈমিন্নব অদুমক ফত্তব সঙ্গী মহুং চন্নি।

১২৬৩। নংন সংসার অসিদ মশাগী ওইজব থাদোকপ মরুপ অম কাওব থিব ফংলোই। চেকশিল্লু।

১২৬৪। নংগী থম্মোইদ লৈরিব লেঙদব মরুপ অদুতদ থাজব থম্মু। নংন পাম্ব পুন্নমক মাদন পীবিগনি।

১২৬৫। আত্মা জ্ঞানদ চাং নাইন সাধন তৌরিব মহাক অদুদ সংসারগী অবার-মুঙাইতব অসিন কদৌঙৈদস্থু চঙলকপ ঙম্লোই। মহাক মতম পুন্নমক্ত মপুক্লিং মকালায় অমদি মিৎয়েং মান্নন লৈগনি। মহাক অদু মতম পুন্নমক্ত শান্তি ওইগনি অমদি হরাওগনি। মঙোন্দ মায়ান চঙলকপ ঙম্লোই।

১২৬৬। নংগী ব্যক্তিত্ব অদু মাঙহন্নব হোংনো।

১২৬৭। প্রকৃতিদ নংগী নপুক্লিং অদু লুপশিল্লগদি আত্মাগী মঙাল অদু মঙোন্দ লাক্লরোই।

# ৮। চুপীশিংগী পাউতাক

১২৬৮। হুপি অমগীদমক মপুরোইবন লৈতেং পুম্নমক্কী অথোইব লৈতেংনি। মপুরোইববু কাম্নরবদি মশক ফন ফজত্রনন্নু মঙাল য়াওদে।

১২৬৯। কলিকতা বিশ্ববিদ্যালয়গী ভাইস-চান্সেলার ওইরম্ব স্বর্গীয় আশুটোস মুখর্জিন হুতিগী মশান মমাগী মথোঙ হাময়ই, অদুগ মান আকিস কাম্রিডৈদ ঈশিং (থোংজম) অদু থক্কই। মসিগী ঈশিং অসিবু "চরনামৃত" কৌই। মসি অচৌব থগৎখোইবু শেংদোকপ অমনি।

১২৭০। নোংচুপলোমদদি মমাবু মতুগী মথা পোম্ন থময়ই। ভারতদি মতুবু মমাগী মথা পোম্ন থমনৈ।

১২৭১। লুহোংবগী পান্দমদি মচা মোক্তুনা অনিমক হুডাইন লৈমিন্নব অমস্তুং ঈশ্বরগা সেবা তৌবনি।

১২৭২। অশেংবমক হুপিগী পুক্লিংদি খুত্তুপ ওনদ থুংদবনি। মস্থুন হায়, "হুপিগী পুক্লিং অমস্তুং শিপাগী মরাইবক লাইমক্তসু হায়ব ঙমদে। মী কনান মাপু খঙহন্দ্রগদগে?"

১২৭৩। সিন্দু শাস্ত্রন হায়, "লৈশাবীদি মপাগী বারক মখাদ লৈগদবনি। লুহোংলব মতুংদ মপুরোইবগী ঙাকশেনব অমদি লমজিং মথাদ লৈগদবনি। মাগী মপুরোইব লৈজদ্রবদি মচা মিপাগী ঙাকশেনবদ লৈগদবনি।"

১২৭৪। পৃথিবীগী মরাইবক অসি নংগী (হুপিগী) গুপ্ত লৈবনি। সংসারগী চুম-শো পুম্নমক নংন পায়রিবনি। নংগী য়ুমদ বৈকুণ্ঠ পুথরকউ। নংগী অঙাংশিংবু আধ্যাত্মিকী লম্বীদ লমজিংবিয়ু। মখোয়ন নহা ওইরিঙৈদ আধ্যাত্মিকী মরু হুনবিয়ু।

১২৭৫। ঐন নোলুক্ক হায়জরি হুপিশিংন অয়ুক তেক হৌগৎপগ ঈশ্বরগী নাম থর শোনবিয়ু। মখোয়গী অঙাংশিংবুস্থু নাম অসি শোনব তম্বীগদবনি।

১২৭৬। নাম শোনব অসি কলি যুগ অসিদ ঈশ্বরগী দর্শন ফংজনবগী খায় লায়রব লমীনি।

১২৭৭। মুপিন নিপাগী থবক তৌব ঙমদে, নিপানসু মুপিগী থবক তৌব ঙমদে। অঙাং য়োকপ, মচৈ তম্ব, অঙাংপোকপ, অঙাংশিংগী ফনবগী হিরমশিং অমদি য়ুম কোইবগী থবকশিং অসিদ মুপীশিংন হেন্না মতিক চায়।

১২৭৮। নিপাশিংগ মনীং তম্ন লোয়নব মুপি অমন মতম কুইন সতিত্র ঙাকপ ঙমদে। সমাজিক পুক্সিদ নিপাশিংগ মনীং তম্ন লোয়নব অতুগ মশাদি শেংন লৈব মুপিদি তশেংনমক অথোইব মীনি।

১২৭৯। মুপিবু ইকায় খুম্নব মথোয় অতুতন মুঙাই যাইফব ফংই।

১২৮০। নীংবগী শক্তি শোনব মীশিংন মিহৌবসি লাকশিনব ঙমদে।

## ৯। প্রনায়মগী বিদ্যা

১২৮১। যোগ বিদ্যা অসিন হকচাংগী অরূপ অসিবু অহংঙবদ পাইদুন য়োনীংব মফমদ মিৎন কুপ্পদ য়োব য়ানব হম্বহনব ঙমই হায়ন যোগীশিংন লাউরি।

১২৮২। মথোয়ন সিদ্ধি ফংনবগী লম্বী অদুবু সাধনা কৌই। প্রনায়ম হায়বসি সাধনাশিংগী মতু'দ য়ায়ম মরু ওইব অমনি। ভারতকী ধর্ম্মদ প্রনায়ম হায়বসিন য়ায়ম মরু ওইব মফম অম কল্লি।

১২৮৩। য়ায়ম ওপ্প লেপ্তন অমদি পুক্রিং লৈতান স্বর চিংশিল্লু। নংন হেক ঙম্মিবমথৈ স্বর অদু ফাজিন্দুন থম্মু। মতুংদ তপ্প হোন্দোকউ।

১২৮৪। শিব মতমদ স্বর অসি লবাই, ব্রহ্মরেন্দ্রদ থায়ব মী মহাক অদু কদৌডৈদসু অমুক হয় পোক্লরোই।

১২৮৫। চাং নাইন অভ্যাস তৌরগ স্বর অসি করিগুম্ব অমগী মতেং মাওন মিনিট অমদগী অহুম ফাওব লেপথোকপ য়াই। শিংলি অমসুং

পুক্লিংথু মপাঙ্গন কলহন্দুন হকচাং ফন লৈনবগীদমক মিনিট অহুম মর লেপ্পগী অভ্যাস অসিন চপ চারবনি।

১২৮৬। সাধনা অসিবু নীংথিন চৎথরব অমসুং মথোরগী মপুক্লিং অদু কাক্সিন্দুন অতোপ্প মাথকৈদ চৎহনব্রব থোরশিং অদুন মমৈথংদ, মতমগী মতুং ইন্না অয়ান-খুবম ফংই।

১২৮৭। স্বর অসি প্রাণ পূম্নমকী শক্তোন অমনি। চাং নাইন প্রনায়ম সাধন তৌদুন স্বরগী অচুম্ব ক্ষিবম অম তাহনগদবনি। সাধ।বন, সংসারিক মী ওইশিং অসিদি স্বর অসি য়ায়া চাং নাইদে।

১২৮৮। পুক্লিং, প্রাণ অমসুং বীর্য্য অসি য়ায়া নক্লব মরি লৈনৈ। কনাগুম্বন বীর্য্য শক্তি অসিবু খুডুম চন্নবদি পুক্লিং অমসুং প্রাণ য়াওন খুডুম চন্নবনি।

১২৮৯। কুম্ভক তৌবন পুক্সি শাংদোকহল্লি।

১২৯০। নহাক্ত স্বর চোনবদ মিনিট অম থন্নবদি হায়রিব মিনিট অসি নংগী পুক্সি শাংবদ হেনগৎহনবনি।

১২৯১। কুম্ভকী অভ্যাস তৌদুন চাংদেবন চহি লিশিং অম চামরি লৈবন্দ্রা।

## ৯০। পূক্লিং জয় তৌব

১২৯২। অশেংবমক্তি পুক্লিং হায়বসি কবিশ্ব নত্তে। তৌইগুম্বসুং মসিন অঙকপ কয়া তৌই। মসি কবিশ্ব নত্তব অম ওইরবসু পুক্লিংগী মহৌশা থঙদব মী অমগী মকমদদি মসিন পূম্নমক ওই।

১২৯৩। সংসারগী মায়া থাদোকপ অমসুং মুক্তি ফংব হায়বসিমক পুক্লিংন ওইবনি। সংসার অসিমক বাথলনি। সংসার অসিদ লৈরিবসি পুক্লিং অসিদনি।

১২৯৪। মতোমতন চাঞ্জব নত্রগ পরংব্রহ্ম মহাক্তন পুক্লিং নত্রগ সংসার অসি ওইন উবনি।

১২৯৫। পুক্লিংবু লাকশিন্দুন শুন্দদ হন্থহনবন ভক্তি যোগীশিংন পুক্লিং হায়বসিমকপু হাত্তোকপ ঙমই।

১২৯৬। মশাগী ওইজব থাদোকপগী সাধন তৌদুন, ওইজব থিব থাদোক্তুন অমদি ত্যাগ তৌহনব কর্ম্মযোগী অমন পুক্লিংবু মাঙহল্লি।

১২৯৭। পুক্লিং অসিন তৌনাংদব থবক অম তৌ। অদুগ পুক্লিংন পাম্ব থবক অর্ট্টু তৌক্লম্নু। মসি অনীংবগী পাঙ্গল কংখনব অমদি পুক্লিং চাওখংনবগী অতোপ্প লম্বী অমনি।

১২৯৮। করিগুম্ব মন্ত্র অম জপ তৌবন পুক্লিংগী শেংদবশিং মাঙহন্দুন পুক্লিংবু মন্থুং হনজিলহল্লি, অপাম্ব হন্থক্লি, ধ্যান তৌবদ মতেং ওই মদুন পুক্লিং লাকশিনব অমদি ব্রহ্মজ্ঞান ফংবদ লমজিংই।

১২৯৯। কীর্ত্তন নত্রগ ঈশ্বরগী নাম শোনব (শকপ) সিন কপি যুক্ত পুক্লিং লাকশিন্নব অমদি মুক্তি ফংনবগী থবাইদগী লায়রব লম্বীনি।

১৩০০। প্রার্থনা হায়বসি আধ্যাত্মিকী চাউরব শক্তি অমনি। মসিন পুক্লিং শেংদোকই, ফত্তব পুম্নমক মাঙহল্লি অমসুং ঈশ্বরগ পুক্লিং চানব ওইরকই। পুকচেল শেংব ভক্তদন প্রার্থনাগী কান্নব, শক্তি, মমল অমদি চাওখংপশিং অদু থজই।

১৩০১। পুক্লিং চায়বসি অপাম্ব অমসুং বাখল, বল্লনাশিংগী মপুক্তি অমনি। মসি অপাম-পামদশিংগী ময়োম অমনি।

১৩০২। সাপোনন মপালর্গা হকচাংগী অমোৎপ শেংদোকপগুম মন্ত্র, জপ, ধ্যান, কীর্ত্তন অমদি ম্নম তৌবন পুক্লিংগী অমোৎপশিং শেংদোকই।

১৩০৩। পুক্লিংবু মায়থীব পীবন মীওইববু লাই ওইহল্লি। পৃথিবীবু জয় তৌবগী করিস্নু কান্নদব অদু থওঙু। লানকমদ জয় ওইবদগী পুক্লিংবু জয় ওইবন হেন্ন কৈ। শান্তিগী মীশক অম ওইয়ু।

১৩০৪। আধ্যাত্মিক সাধন তৌগুন পুক্নিং অসি শেংদোক্লবদি নহাক্ত নশাবু থঙব ঙমগনি।

১৩০৫। আত্মা-সংযম নংগী শক্তি হেনগৎকনি। আত্মা-সংযম হায়বসি য়াম্ন শেংব অমনি। আত্মা সংযম নংগী পাপ পুম্নমক চামথোক্লবদি নংগী শক্তি পুম্নমক পীবিরক্কনি অমসুং মতুংদা থবাইদগী রাংব বাথলগী কপা অদু ফংগনি।

১৩০৬। আত্মা-সংযমগা মায়ব কর্তব্য অম লৈতে। মসিদি সংসার অসিদা ইশাবু লাকশিনজবন থবাদগী রাংব ধর্ম্ম অমনি। আত্মা-সংযম নংবু পুন্সি অসিদা অমদি মথংগী মপোক্ত থবাইদগী রাংব ঙাকথোকইব অদু ফংগনি।

১৩০৭। ধ্যান তৌরিব অমসুং ধ্যানগী মূর্ত্তি অনিমক অমত্ত ওইরকই। মতুদা নংন থবাইদগী রাংব জ্ঞান অমসুং অথোইব, লোম নাইদব শান্তি অদু ফংগনি।

১৩০৮। অপাম্বন মাঙখ্রবদা পুক্নিং হায়ব অম অমুক লৈত্রে। মতুদদি নং অসি পুক্নিং লৈতব (য়াওদব) অম ওইরে।

১৩০৯। বাথলগী চৌরকককমদা য়েংশিল্লু। বাথল অসি কদায়দগী চোংথৎত লকপগে হায়বত্ত থিদোকউ। চৌরককম অদু মুথৎলু।

১৩১০। পুক্নিং অসিদি আত্মা-শক্তিনি, পুক্নিদি মায়ানি। পুক্নিং অসিদি প্রকৃতিদগী পোকপনি। ব্রহ্মন মশামকপু মথল-মথা অয়াম্ব পোংন থম্নব সংসার অসি ওইন কোংদোকইবসি পুক্নিংদনি।

১৩১১। মিংন উরিব পোৎ পুম্নমক অসি অশেংবদি অমত্ত লৈতবনি। পুক্নিং অসিত্তন পোৎ ময়াম অসি ওইন শন্দোক্তুন চোংথোকপনি।

১৩১২। সংসার অসি পুক্নিং অসিমক নত্তন করিসু নত্তে। মশা মথন্দন ঙাক্লব পারব্রহ্ম অতুত্তন পুক্নিং নত্রগ সংসার অসি ওইন উৎপনি। পুক্নিং অসিত্তন সংসারসি ওইরিবনি।

১৩১৩। পুক্নিং অসিদি সংস্কারশিং নত্রগ পুক্নিংগী মমিশিং অদুগী অপুনব অমনি।

১৩১৪। মসিদি চিত্তাকী শক্তিগী ওইরকপনি। পুক্নিং অসিবু তককত্তুব ইন্দ্রি ওইন. লৌনৈ।

১৩১৫। পুক্নিংন খণ্ডলিবসি পোৎকী সংসার অসিতনি, মসিন পোৎশিংবুদ্ খল্লি। চিত্ত হায়বসিন মথংগী পুক্নিংনি। মসিদ পুক্নিংগী মমিশিংন থম্ন লৈ। থোইদোকপ পুক্নিংদি সংসাব অপুম্বগী পুক্নিংনি।

১৩১৬। পুক্নিং অসিন ইন্দ্রিশিংগ মরি লৈনব, লোম্ব নাইদ্রব বাখল কম্না পোকহল্লি অদুন সংসার অসি ওইরকই।

১৩১৭। করিগুম্ব পোৎ অমতন পেলহনব ওমদ্রদুন পুক্নিং অসিন পোৎ অমদগী পোৎ অমদ তত্তন চোংই, মরমদি করিগুম্ব পোৎ অমত্তন লেত্তদব হুওাইব পীব ওমদে। অদুন শত্তন হোংব গাই। মংশী অমুম্ব পুক্নিং অসি পোথাব লৈতে।

১৩১৮। যোগ সাধন তৌ। ইন্দ্রিশিংবু শম্বীযু, পুক্নিংবু লাবশিল্লু। জ্ঞানগী থোঙ হাংদোকউ অদুগ দৈবা জ্ঞানন নশাদ্র থ্‌মহল্লু।

১৩১৯। হৌথিব পুল্সিদ তৌথিব থবকশিং, পামজবী অমমুং হৈনবী অদুন পুক্নিংদ সংস্কার ওইদুন মমি তাহৌই।

১৩২০। নংন হৌথিবদ থোংনথিবশিং অদু নংন নপুক্নিংদ কাউথ্রবমু পুক্নিংগী লৈথাদ চেৎন মমি তাথ্রবনি। সংস্কারগী অম্নাম্ব শক্তক থরদি হৌথিব পুল্সিদ নত্রগ পুল্সি কম্নাদ তানশিল্লক্ত্ন হৌজিক্কী পুল্সি অসিদ অমুক লৌন হিংগৎলক্লিবনি।

১৩২১। সংস্কারগী অপুনব শক্তক অদুন পুক্নিং অমমুং মাগ মরি নক্কবশিং অসি ওইরিবনি। পুক্নিং অসি জীবাত্মা অমমুং পরমাত্মা অনিগী মরক্ত লৈব অচৌব ফক্লাং অমনি।

১৩২২। পুক্নিংগী মহৌশাদি খন্দোকপ অমদি খেন্নব সিনি। মসিন কাম্বনহন্নি, থাইদোকই অমদি চাং ককই।

১৩২৩। হন্থব পুক্নিংদি নংগী অশেংব য়েক্লবনি মরমদি মসিন নংবু সংসার অসিদ পুনশিন্নি।

১৩২৪। অচেৎপ আসন অম য়াওবা নংন ধ্যানগী অভ্যাস তৌব চশোই। হকচাং অসিবু লেপত্রবদি পুক্নিং অসিমু লেপ্পে।

১৩২৫। করিগুম্বা ধ্যান অমত্তমু অভ্যাস তৌদব মী অহুন পুক্নিংগী শান্তি ফংব ঙম্মোই।

১৩২৬। পুক্নিংবু চাংদ থমলিব মীহু অশেংবমক অচৌব থবাইনি। মতম পুম্নমক্ত পুক্নিং অসি চাংদ লৈরব মী অত্র ওন্ন-তৈনব অনিন ওইব সংসার অসিগী মথক্ত লৈরবনি।

১৩২৭। অপাম্ববু তম্বীবতন পুক্নিংবু জয় তৌব ওইথোকই। মরম অহুন, বৈরাগ্যন, খন্দোক থম্বিন তৌবন অমদি ব্রহ্মগী ধ্যান তৌহুন অপাম্ব পুম্নমক মাঙহল্লু।

১৩২৮। লৈমায় অহু হান্ন শেম্মু। পুক্নিং অহু হান্ন শেংদোকউ। মহুতদ পুক্নিংগী মবুঙো অহুন নংগী থম্মোই সিংহাসনদ লেংশিনবিরক্নি।

১৩২৯। নহাক নশাবু শিব নাইদব আত্মা ওইন নপক তাকউ করিগুম্ব নপুক্নিংদ ককত্তব বাথল অম লাকপ মতমদ থিগৎলু—"ঐ অসি কনানো"?

১৩৩০। বাথলন মীওইবসি শেমই। মীওইবন সভ্যতা অসি শেমই। পুক্নিগী অচৌব ঘতনাশিং অমদি পৃথিবীগী ইতিহাস অসিগী মকমদ অচৌব বাথলগী শক্তি লৈ।

১৩৩১। থিজিনব অমদি অচৌব পুর্ব্বোকপশিং অসিগী মকমদ, ধর্ম্ম অমদি দর্শন পুম্নমকী মকমদ, পুক্নিবু কনব নত্রগ পুক্নিবু মাঙহনবশিং অসিগী মকমদ লৈরিবসি বাথলনি।

১৩৩২। বাখল অসি চীন কোংদোকই অমসুং খবক পাঙথোকই। বাইেদি বাখলন শাবনি অদুগ খবক মদুগী অরোইব ফলনি। মরম অসিদগী "নংন খনব অদুমক নংনে ওই" হায়নরিবনি।

১৩৩৩। সধারন মিকপ থোকপ, তূমদব মতমদ পুক্নিংগী লৈফমদি থোপসিনি। মঙ মঙব মতমদ থৌরিদ লৈ। অদুগ কন তুম মতমদ মসি থম্মোইদ লৈ।

১৩৩৪। পুক্নিং হায়বসি হকচাং অমসুং থরাইগী মরক্ত লৈব ফক্লাংনি।

১৩৩৫। অভ্যাস নত্রগ প্রাক্টিস তৌদুনা অমদি বৈরাগ্যন মরম ওইদুনা নংন পুক্নিং লাকশিনব ঙমগনি।

১৩৩৬। পুক্নিংগী মতেং বাওদনা ইন্দ্রিশিংনা করিসু তৌব ঙমদে।

১৩৩৭। মিকপ থোকপ, তূমদবগী ফিবম, মঙ মঙবগী ফিবম অমদি কন তুম্বগী ফিবমশিং অসি পুক্নিংগী ফিবম অদুমনি।

১৩৩৮। নংগী নপুক্নিং অদুনবু অপাম্ব, অনীংব অমদি নকশিন্নবশিংদগী ননীং তমলবদি নং অমুক হন্ন পোক্লরোই।

১৩৩৯। ধ্যান তৌবন আধ্যাত্মিক শক্তি য়ান্ন পোকহল্লি। আত্মাদ তত্তন ধ্যান তৌবন কনাওব অমবু মুক্তি ফংহল্লি।

১৩৪০। নংগী বাখল অদু খেংশিন্নু। নংগী বাখলগী সাক্ষি অম ওইয়ু। বাখলগী মথক্ত অমদি বাখলন চঙব ঙমদ্রব অশেংব জ্ঞানগী লৈফম অদুদ লৈয়ু।

১৩৪১। পুক্নিং হায়বসিন পুন্নমক ওইরিবনি। মপুক্নিং শেংব মী অমন পুন্নমক শেংন উই। নংন শেংন উরিবদুসু পুক্নিং অসিননি। নংন শেংন তারিবদুসু পুক্নিং অসিননি। পুক্নিং অসিমক অঙকপ অমনি। খরাইদগী হেন্ন ঙকপদি নংগী আত্মা নত্রগ খরাই অসিনি।

১৩৪২। ও রাম! হোইদুনা চৎপ অপঙব শাওম হিংগন্নু। থৌনাফব

অম ওইয়ু। পুক্লিং অমসুং ইন্দ্রিশিংগ থোনা ফন লানথেংনৌ। নমায় পাক্ল থোক্লকউ। বাখল হায়বসি অচৌব শক্তিনি।

১৩৪৩। নৈনরব, খওগব অমদি তম্নব অদুগ মাগী ইন্দ্রিশিং অমদি মপুক্লিংবুদি লাকশিন্দব মীওইশিং অদু হেম্ন পওশিন্নব কাওবুনি।

১৩৪৪। নহাক্ল নপুক্লিংদবু লাকশিল্লবদি হকচাংবুসু লাকশিল্লবনি। হকচাং অসিদি পুক্লিংগী মমিনি। মসিদি পুক্লিংন মশাবু কোংদোকচব য়ানব শাচা য়েত্নন শেমজব মওং অমনি। নহাক্ল নপুক্লিংবু লাকশিল্লবদি হকচাং অসিদি নংগী ননাই ওইগদবনি।

১৩৪৫। ইকায়খুম্নব অমদি ব্যবহার থাদোকউ।

১৩৪৬। প্রভু গৌরাঙ্গন খোওউপ থন্দ্রমদ কমথি।

১৩৪৭। অরোইব চাক চামিম্নব অদুদ যিশুন মাগী সেবকশিংগী খোওউপ মরী কাক্তিংবিথি অমদি মখোঙ হামদোকপিথি।

১৩৪৮। মরোল অহুম্মকী মনুডো, শ্রীকৃষ্ণন যুধিষ্ঠির মহারাজগী রাজর্ষি যজ্ঞদ পুরোহিতশিং অমদি অতিথিশিংগী মখোঙ হামথি।

১৩৪৯। নহাক অসি ঈশ্বরগী মখুত্তু লৈব খুৎলাই অমনি, অদুগ মহাক ঈশ্বর) না নংগী থোঙদ (নওন মরম ওইদুনা) থবক তৌই হায়বসি খওউ।

১৩৫০। ইকায়ব খওউ। অবা-অনা খওউ। মসি সাধনা পুম্নমক্কী রুনি। মসি য়াম্ন মরু ওইব সাধনা অমনি। নওন সাধনা অসিমতং মঙ্গল ওইরবদি য়াম্ন লায়ন মপান নাইদ্রব, লোম্ব নাইদ্রব কুপাগী লমদম অদুদ চওব ঙমলগনি। নির্বিকল্প সমাধি হায়বদু মশা মতোমত লাকচগনি।

১৩৫১। হকচাং অসিদি পুক্লিংদগী লোঙথোরকপ অমদি উংথোরকপ শকক্লম অমনি। পুক্লিংন ইন্দ্রিশিং অসিন মরম ওইদুনা থবক তৌই। পুক্লিং অসিনবু ফরবদি হকচাং অসিসু কৈ। পুক্লিংবু নারবদি হকচাং অসিসু নারে। পুক্লিং অসিদ পুম্নমক লৈরে। নওগী পুন্সি পুম্নমক মসিগী মথা পোল্লবনি।

১৩৫২। অরোইব বাখলন মথংগী মপোক লেপই। "কনাগুম্ব অমন অরোইবদ, হকচাং অসি থাদোক্লমদাইদ খনখিব থবাই পানব অতুম জীব ওইন চঙলুই, মরমদি মান জীব অতুগী মরমদ তক্কন খনখিবননি।"

১৩৫৩। নংন পুক্নিংগী অরোইব শরদ খনখিব বাখল অতুগী মতুংইন্না নংগী মথংগী মপোক ওইরকই। হায়রিব অরোইব বাখল অসিদি নংগী পুক্নিং-চুম্নদ তোয়ন খনখিব অপাম্ব অমদি পুক্নিং-বাখল অতুগী মথা পুরা পোল্লি।

১৩৫৪। শিরমদাইগী মতমদ মখল মথা অয়াম্ব বাখল, অপাম্ব অমসুং অনীংবনচিংবগী পুক্কি ওইরব মথাংব লৈরোনগী পুক্নিং (সব-কনসিয়স মাইণ্ড) অসি হাংদোরকই। অতুগ খবাইদগী অকনব, অচৌব অপাম্ব অতুন পুক্নিংগী খবাইদগী মথকথংব লৈমায়দ কায়রকই নত্রগ পুক্নিংগী খঙব হায়ব থাক অতুম য়ৌরকই।

১৩৫৫। পুক্নিং অসিদি ইহাঙ-হাঙব, করিম্নু লৈতব অমনি। মসিদি অপাম্ব, হৈনবী-লমচৎ অমদি বাখলগী মপুন অমনি। পুক্নিং হায়বসিম্নু শিব নাই।

১৩৫৬। নংন লৈব (হিংলিব) অসিগী মরম নীংথিন খঙউ। অকব অশেংব জ্ঞান চাউথংহল্লু।

১৩৫৭। নহাক নশাবু ইন্দ্রিশিং অমসুং পুক্নিংদগী থাইদোকউ।

১৩৫৮। হকচাংগী ফিরেপ (আসন) অসিদগী পুক্নিংগী আসনন হেন্না মরু ওইবনি। মসিদি হকচাংগী আসনশিংন সাধন তৌবদগী হেন্না লুই।

১৩৫৯। বাখলগী সেফটি রেজরন পুক্নিংবু মরু কোকথোকপিয়্ন।

১৩৬০। ও মীওইব, পুক্নিং-তুরেল অসি লোম্ব নাইদ্রব কৃপা সমুদ্র তম্না চেলহল্লু।

১৩৬১। মন্দির সেবা তৌ। লাইরবশিংগী সেবা তৌ। সমাজগী সেবা তৌ। নশাবু মতম পুন্নমক্ত থবক চিলহল্লু। মসি বাখলবু লাকশিন্নবগী অতোপ্প লম্বী অমনি।

১৩৬২। বিশ্ব শান্তিগী শোইজদি পৃথিবীগী লুচিংবশিংন আধ্যাত্মিকো জ্ঞান লৈব হায়বসিনি।

১৩৬৩। পূম্নক্র সত্বগুণ মমসুং প্রেম চাউখৎহনসনু। মতুতদ সংসার অসিদ শান্তি লাকনি।

১৩৬৪। মুংশিনব, ফনব থম্নব, বাথল থওনব অমদি সহানুভূতি হায়বসি লৈরবদি শান্তি লিংখৎপ য়'রে।

১৩৬৫। শন্তি খৌব লম্বীদি সত্য, অহিংসা, প্রেম, অশেংব, অচুম্ব-লমচৎ, থাওব কনব অমদি বাথল থওনব অসিনি।

১৩৬৬। জাতিশিংগী পান্দমদি প্রজাশিংগী থম্মোয়বু মী তংখাই ওইব, অপিকপ মীওইবগী মহোশা অসিদগী অচুম্ব দৈব্য চরিত অদু অচুম্ব শাসন, অচুম্ব শিক্ষান পুরক্কুন হোংদোকহনগদবনি।

১৩৬৭। শান্তি হায়বসি মপানগী পোৎশক অম নত্তে। শান্তিদি লন-থুম পৈশিনবদ লৈতে। শান্তিদি মহৈ হৈবদ লৈতে। শান্তি নত্রগ পিস্ হায়বসিদি ঐগী অমদি ঐ হায়বসি থাদোক্লব মী অতুদত লৈবনি।

১৩৬৮। শান্তিদি নংগী জীবন সত্বনি। শান্তিন নংগী মনুং মপাল অনিমক্ত থন্ন লৈরিবনি।

১৩৬৯। শান্তি অসিতনি ( অসিঙাক্তনি ) লৈরিবসি। মিং অমসুং মওংশিং অসিদি ইচম চম মায়া ঙাক্তনি। হায়রিব শান্তি অসি থওদু অদুগ ননীং তমজো। অঙকপদি মুঙাইব অমসুং লোম নাইদব কৃপা পীরিব শান্তিগী শক্তি অসিনি।

১৩৭০। নখোয় পূম্নমক করিম্নু নত্তব মিহৌব অথবি তূকচ্চবন থনন লৈনরগ লান হায়বদু মুথৎনবগী বা ঙাওব করিস্নু কায়রোই।

১৩৭১। শান্তি হায়বসিদি দৈব্য গুণনি। মসিদি আত্মাগী লৈতেংনি। মসিদি মিহৌচাউব মীন ফংব ঙমদে। মসিদি অশেংব থম্মোইতদ লৈবনি।

১৩৭২। শান্তিদি কাম্বি ওইব মীশিংগী থম্মোইদ লৈতে। শান্তিদি মন্ত্রীশিং, উকিলশিং, ললোনবশিং, ডিক্টেরশিং, নিংথৌশিং অমদি সম্রাটশিংগী থম্মোয়দ লৈতে।

১৩৭৩। লাইরব, অনাব অযাদ অরাব তারবশিংগী শকফম লৌরিব ইবুঙো মহাক্কী সেবাদ ৱাংন কাখৎলু। পোৎথাফম খঙদব অমদি চরাঙনবশিং অদু লেপহল্লু অদু ওইরবদি নংগী থম্মোয় অদু শান্তিন থনগনি।

১৩৭৪। শান্তিদি মীওইবগী থবাই পুব মুংশা খরনি। নংন পৃথিবী পুম্বগী সম্রাট ওইরবসু শান্তিবু লৈত্রবদি নংগী রাজ পদবী অদুন করি কাম্বগনি?

১৩৭৫। মহাক্ক পোৎকী ওইব সংসার অসিদগী নপ্ৰ্ক্লিং লৈথোরক্লুন মুংগী মন্দির অদুদ লৈরবদি মতম কুইংগী শান্তি ফংগনি।

১৩৭৬। ওন্ন তৈনব অনিন শাব পোৎকী সংসার অসিদ নংন কদৌ-ঙৈদসু মপূং ফাব মুঙাইব ফংলোই। ওন্ন তৈনব অনিসিন মথং মথং ওন্দুন লৈ। শিববু পোকপন তুং ইল্লি। অমম্বু অঙানবন তুং ইল্লি।

১৩৭৭। অপাম্বন য়ামদব অদুপকী মতিক শান্তিগী চাং হেনগৎলি।

১৩৭৮। মহাক মশান নত্তন মীওইবদ করিগুম্ব অমত্তন শান্তি পীব ঙমদ। মশাগী হক্বব ইন্দ্রিশিংবু অয় তৌবত্তু নত্তন করিগুম্ব অমত্তন শান্তি পুরকপ ঙমলোই।

১৩৭৯। মহাক মশাদবু শান্তি ফংত্রবদি মপানগী পোৎশিংদ অমদি মপানগী তৌরকফমশিংদ শান্তিবু থিরুব অরেম্বনি।

---

## ৯১। যোগ আসন

### (যোগগী কান্নব তাকপ)

১৩৮০। (১) ধ্যান তৌব অমম্বুং মহৈ তম্বশি গীদমক পদ্মাসন, সিদ্ধাসন সাত্বিকাসন নত্রগ সুখাসন।

১৩৮১। (২) মুপীগী যোনি চাউথোকপ, চাফংপ, কসা চংপ, যাউ থোকপ, ধাতু মাইতাব, মচা পোক্তব, কুণ্ডলিনী হোৎদোকপ, মীংশিংনব পাঙ্গল শোনব, ঈশিং পুকচং, লাকখুত্তন য়াও ংশনব, হারা কংথু, কিদনীগী পুকশিনব, নুংতাং চিকপ, মা অমসুং মাংগোনগী অনাবশিংগীদমক— সিদ্ধাসন, শির্সাসন, সর্ব্বাঙ্গাসন, মৎস্যাসন, মত্রেগ অর্ধ মৎস্যেন্দ্রাসন।

১৩৮২। (৩) মুপীগা থাগী থোঙকাপ লেপ্প', থোঙকাপ কাম্বব, খোংকাপ কাকপদ লাম ফাংবব, ফিঙৌ চংপ, অঙাংখাউ চাফংপ অমদি অতৈ যোনিগী অনাবশিংগীদমক— সর্ব্বাঙ্গাসন, সালভাসন, অমসুং ভুজঙ্গাসন (মীরোমশিংদ্ৰ আসনশিং অসি তৌরোইদোবানি)।

১৩৮৩। (৪) মতম শাংনা পারিব শরগী লায়না— মৎস্যাসন, অমসুং সালভাসন।

১৩৮৪। (৫) চার ভুম্বংগীদমক— সর্ব্বাঙ্গাসন, বজ্রাসন, পশ্চিমোত্তাসন, অমসুং বাদ্ধঃ পদ্মাসন।

১৩৮৫। (৬) লিভর অমসুং স্প্লীন চাউথোকপ— সর্ব্বাঙ্গাসন, হলাসন, ময়ূরাসন, অমসুং বাদ্ধঃ-পদ্মাসন।

১৩৮৬। (৭) মতম শাংনা মাংব হৈগংপগী লায়না— হলাসন, ময়ূরাসন, ধনুরাসন, মৎস্যাসন, অমসুং পদ-হস্তাসন।

১৩৮৭। (৮) বৃক্কী (মুপাগী) চাউথোকপ, থোঙ খুৎ-তেনব— গরুড়াসন, ত্রিকোণাসন, অমসুং উৎকটাসন।

১৩৮৮। (৯) মুংশংগীদমক— সিদ্ধাসন, পশ্চিমোত্তাসন, শির্সাসন, গোমুখাসন, অমসুং মহামুদ্রাসন।

১৩৮৯। (১০) ঈতোন ফায়বগীদমক— বাদ্ধঃ-পদ্মাসন, অমসুং কুকুরাসন।

১৩৯০। (১১) মহুল অমসুং তাং চৌকপী লায়না— বৃশ্চিকাসন, শির্সাসন পশ্চিমোত্তাসন, সর্ব্বাঙ্গাসন।

১৩৯১। (১২) কুষ্টরোগগী মচ— শির্ষাসন অমসুং মহামুদ্রা।

১৩৯২। (১৩) পোত্থানবগী মমক— সাবাসন।

১৩৯৩। (১৪) লায়না পুম্নমকপু মাংহনবা অমসুং পুন্সি শাংনবগী মমক সর্বরোগ নিবারন অমসুং দীর্ঘ আয়ু-প্রদ)—পদ্মাসন, শির্ষাসন, সর্বাঙ্গাসন, অমসুং পশ্চিমোত্তাসন।

য়েংশিনগদবা— করিগুম্বা নংত্তোন্দা মতম কুইরবা অনাবা লায়না অমা লৈরবদি—নংনা মুদ্রা, প্রণায়াম অমসুং জপসু য়াওনা তৌগদবনি। করিগুম্বা অকক্নবা আইতেম অমনা নংগী ফিভম অদুগ চায়ত্রবদি নংগী ওঝা-গুরুগ তায়নবা য়াই। অদুগ নংনা মচু য়াম্না পূকচেল শেংনা, থাউবা কনবগা লোয়নন, মতম শাংনা সাধনা তৌগদবনি।

( মখক্তা যোগাসনগী পারাদা নম্বর ১, ২ নচিংবা ১৫ ফাউবা অসি থোইদোক্না মক ওই থনবদগী মশীং অসি থাজবনি। )

## ১২। ভুনগী তাম্বনশিং

১৩৯৪। ঐ হয়েং লৈগদ্রা, লৈরোইদ্রা কনান হায়বা ঙমগনি? ঐখোয়না করিগুম্বা অকবা থর তৌনীংলবদি ঐখোয়না মচু খুদক্তা তৌগদবনি। থেঙ্গবা হায়বসি খুদোংথিনিঙাইনি।

১৩৯৫। থঙদে হায়না থঙলিবা মহাক অদু থঙলবনি। মহাক্না থঙলে হায়রিবা মহাক অদু থঙদ্রবনি।

১৩৯৬। সাধনাগী থাক নিপানথক লৈ। শেংদোকপ, পূক্নিং থিংজিনবা, জ্ঞান লোশিনবা, ধ্যান তৌবা, জ্ঞানথোরকপ, শক তাকপ, অমত্তা ওইশিনবা অমদি মুক্তি।

১৩৯৭। অঙাংশিংদা অমদি নংগী ছাত্রশিংদা লৈরিবা ঈশ্বরবু দর্শন তৌ। নংনা মখোয়দা পীরিবা (তাক্লিবা) জ্ঞান অসি ঈশ্বরনা পীবিরকপনি হায়বসি নশাদা ফাওহল্লু। নংবু থবক তৌবা ঙমহল্লিবা শক্তি অসি ঈশ্বরগীনি হায়বদু নশাদা ফাওহল্লু। মসি হিরন্যগর্ভ হায়বদি বিশ্ব-শক্তিগী পুক্নিং শঙ্গা লাকপনি।

১৩৯৮। ধ্যানগী খ্বাইদগী খুদোংচাব মওংদি মশীং থীজুন মালা চৎপ ( জপ মালা ), নংগী অশংব মতম অমদি নংগী চাং নাইন তৌব জপ অমসুং ধ্যান অদু নত্তনা মন্ত্র ইব অমসুং থীব আসিনি।

১৩৯৯। মীওইবদ, নীংশিংব থোবক্তব মতমদগী তৌরকপ পাপ কনশিল্লব থম্মোই নৈ। মসি শক্তোম মপাংগুম পেৎহনগদবনি মদুতদ ইবুংঙো মহাক্কী মঙাল কংব গুমগনি। পুক্লিং নৌব হায়বসি মক ওইব যুক্ষম ওইব সাত্তীক ধর্ম্মনি।

১৪০০। নংন ঈশ্বরগ অমত্ত ওইবত্ নামলবদি নপুক্লিং অদু থোংনৌব তাই। নংঙ্ক নশাগী ওইজব থাদোকপ থবক তৌব দরকার ওই। থবক তৌবগ লোয়নন মদু আধ্যাত্মিক্ত ওহোবউ। নংগী থবক-থনা পুম্নমক ঈশ্বরদ কাত্থোকউ অমদি ভক্তন রাম নাম জপ তৌ।

১৪০১। মন্ত্রন অতুপকী মতিক থেক্লিব মথৈ ধ্যান্দ কনশিনগদবনি।

১৪০২। নথোম্ন পুম্নমক লোম্ব নাইত্রব মঙাল অদুগী মচা ঙাক্তনি। মতম থর নংবু অপত্তবগী অশিকপ পর্দা নত্রগ নৈচিম্ন কুপশিনবত্তনি।

১৪০৩। নংন নংগী থম্মোই, কোক অমসুং খুৎপু চাওথংহনগদবনি। মী অয়াম্বন লৌশিংদমক চাউথংহল্লি মরম অসিননি পৃথিবী অসিদ কাংথোং চাইব থোক্লিবসি। কোক, থম্মোই অমসুং খুৎ চাওথংহল্লু। মাসিন পুম্নমক্কী অপুনব চাওথংপনি।

১৪০৪। নশাবু থজউ। বেদ পুম্নমক্ক তাক্লিবত্ত মসিনি।

১৪০৫। অন্তরাত্মাগী লমদম অসিদি ঐথোয়ন থজবগী থুংলাই ওইনরিব পুক্লিং অসিগী বাংমদনি।

১৪০৬। হৌজিক, নহাক্ক নশাবু হকচাং অসি ওইন মশক তাকই, মরম অদুন নংন নশাগী ওইজব থিম্নিবনি।

১৪০৭। হকচাং অসিদি নংগী অশেংব মশক অদু নত্তে। অশেংব মশক অদুদি পুন্নমক্কী ওইব, বিশ্বরূপ অদুনি। মশক অসি নংন শোয়নদনা থগুগদবনি। নংগী থম্মোই অদু মপান নাইদনা, ওমথৈ লৈতনা চাউথোক-হনগদবনি।

১৪০৮। মশাং-বিগুণদ্রব মপোক কয়াদগী পুক্রিং অসিন ইন্দ্রিয়শিংগা মরী লৈনবশিংগী যোংশোংদা চেনশিনলক্লি। অদুনা মসিগী লাকশিনবগী মতম কুইনা চঙলিবনি। মরম অদুনা নংন মঙুং থিনা যেংবা, নশাবু থায়দোক্কুনা যেংব অমদি সুক্তিগী ধ্যান তৌবনচিংব অভ্যাসশিং অসি তৌগদবনি। লম্বী-শিংসিগী মতুং ইন্না চৎলু। লমথুংকম অদুদা চঙশিল্লু।

১৪০৯। ঈশ্বর কংবন পুন্সিগী লমথুংকনা ওইবদি ভারত অসিতনি। যোগী, ঋষিশিংবু বন্দে মাতরমনা পুনবদি ভারত অসিতনি।

১৪১০। শূন্য মশাং কয়ামুক্ত নত্তোন্দ করিগুম্বা অমত্তপাব ওমংলাই, তৌইগুম্বসুং নংন শূন্যগী মপাউদা মশাং অমা হাপচিল্লবদি নংন শূন্য অদুগী মগুণ অদু ফংগনি। জপ, ধ্যান, সেবা, প্রনায়ম অমদি আত্ম বিচার হায়বসিবু য়াওদ্রবদি মীওইবদু অরেম্বা থিংবনি।

১৪১১। "ঐন জীব পুন্নমক্ক শীনব থুংনা, মপান নাইদনা লৈ" হায়বসি থগউ। হায়রিব মপান নাইদ্রব "ঐ" অসিন নংগী লৈব হায়বসিমক্কী য়ুমফম্নি। মসিগী মঙান্ন পুক্রিং, জ্ঞান অমসুং ইন্দ্রিয়শিং মথৌ তৌহল্লি। আত্মা হায়রিবদু মসিবুনি।

১৪১২। নংদি মদুনি— হায়রিবসি উপনিষদশিংগী অরোইব বাহৈনি। ঐখোয়গী স্কুল, কলেজদা, তম্বীগদব জ্ঞান অদু মসিনি।

১৪১৩। পুক্রিং লাকশিনব অমদি জপ, সেবা অমসুং থম্মোই চাওথোকহন্দুনা নংন আত্মজ্ঞান ফংব ঙমগনি।

১৪১৪। নংন শঙ্গোম কপ অম থক্লমদাইদ মায় লায়রব ছুপা অম উরবদি নংন মঙোন্দ হায় ঙিগদবনি—মসি অচৌব মী অমগী অচৌব থবক অম ওইন নত্তে—চুম্ম, লায়রব অদুদ লৈরিব ঈশ্বর অদুন নংবু শঙ্গোম কপ অমত্তগী সেবা কৎজনবগী খুদোংচাবদ্র পিখিবনি।

১৪১৫। করিগুম অকক্লব পোৎ অমন মী পুম্মমকপু চপ মান্নন হুংঙাইব পিদে অদুগ মী অমত্তংবুসু মতম চুপ্পদ হুঙাইদ্রনত লৈহন্দে।

১৪১৬। পৃক্লিং হাপ্পবসিন মী অমমুং ঈশ্বরগী মরক্ত থাইদোক্লবগী কক্লাং অমনি। পৃক্লিং হায়বসি বাখল পৃক্লিং, অপাম-পামদ অসিগী মপুন অমনি।

১৪১৭। পৃথিবী অসিমক মাঙব নাইব অমনি অদুগ মসিদ লৈরিব পুম্মমক মতম থরদগীনি। মাঙব নাইব পোৎশিং অসিদগী নংন কমদোন লোম্ব নাইদব হুংঙাইববু কংগদৌরিবনে ?

## ১৩। সন্ন্যাসিগী দরকার ওইবশিং

১৪১৮। নংন পৈশা হেক ভাষ্টিব মথে মক্লপ মপাং অমমুং মরি মতাবু হুংশিগনি। নংন হমুব কুক্লমুং ওহদ্রন শোল্লব, ছমদ্রবদ ইমুংদ লৈব কনানম্মু নংবু হয়াওন য়েংবিরোই।

১৪১৯। নংন খর হোল্লিব মথে ইমুং মমুংগী মীশিংন নংগী নশাদু হুংঙাইন য়েংবিরগনি। পুক্সিগী খরন হৎল্লদ্রন নংগী হকচাং অসি হেক শিবদ নংগী হুপী কাংবন নংবু য়েংবদ কিগনি।

১৪২০। অঙাং ওইরিঙৈদন নংন শারদ্রন লেনল্লে। পাখঙ কারকপদ নংন লৈশাবী মতুং ইরদ্রন লেনল্লে। অদুন ওইরব কাদ্দন অবাদদ ঈরাক্লম্লে। কনানম্মু মপান নাইত্রব রাম্ম অদুদ পৃক্লিং চঙনদরে।

১৪২১। অহিং-মুংথিল, অয়ুক-মুমিদাং, নিংথম শয়ং পুম্নমক ওয়-ওয় লাকই। মতমন লৈন অ:গাই শাবদ পুন্সিন তপ্ন-তপ্ন থৌথি। অম্মুনক্তদ অপাম্বগী মরিসিদি ভংপ মরৈত্রে।

১৪২২। হকচাং অসি মজুরকই। শব অসি তৌশিন্নকই। মা তেক-শিন্নকই, শক থিশিন্নকই। হমুন হাযবন্থ ওইরহুন নংন চৈশু পায়রকই। অসিকাওবদ নংন অপাম্ব মিহৌবনু থাদোকপ লৈত্রি।

১৪২৩। নংন গঙ্গা তুরেল অমম্নুং সমুদ্রগী ভাইনকমদ তীর্থ কয়া চৎলুরে। বাশক কয়া লৌকরে। দান কয়াম্নু তৌকরে। তৌইগুম্বম্নুং জ্ঞান ময়াওদনদি নংন মপোক চামরক পোক্তনম্নু মুক্তি ফংব ঙম্বলোই।

১৪২৪। লন থুম'সিন অয়া-মনাগী হৌরককমনি হায়বসি মতম পুম্নমক্ত নীংশিংউ। লনদগী মুংঙাইব মরিক অমত্ত ফাওব ফংদে। মসি অচুম্বমক্তি। লন লৈব মীদি মচা ফাওব কিজৈ। অসিগুম্বসি পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্ত লৈ।

১৪২৫। সন্ন্যাসি কয়া লৈথ। ত'খ্রে। যোগী কয়া লৈথ। তাখে।

ভাগবদন হায়রি সংসারিক মী অমদি সংসারগী পোৎশিং অসিগ ম্নেংনরবদি মৈ অশেংবসিদি থোইনবু থুদোং থিনিঙাই ওইদে, অচাকপ মৈতাল অসিম্নু থোইনবু কিনিঙাই ওইদে।

১৪২৬। নংন, ইম্নুংদ আশিসত, ক্লবত মযদি হোটেলদ; অপাম্ব, অথোইবশিং অমদি কলঙ্ক মিহৌগী মরক্ত লৈরগ কয়ম্ন সন্ন্যাসিগী মগুণ থঙগদগে?

১৪২৭। মহাভারতন লাউরি— আত্মা জ্ঞান ফংনবগীদমক্তি সংসার পুম্নমক অসি চিংনব লৈত্তন থাদোকদবনি।

১৪২৮। অয়াব সংসার অসিদ নংন ওল্লিবসিবু করিগীনো? নংবু ইকাই-অত্রব্রা? নংন অশেংব ম্নপাগী থোনা অত্থু লৈরবদি সংসারিক মায়াগী থোহ্লিং, পোকপ শিব, অহন ওইব, অনাব, অরাম্ব-থৌয়াংবগী অপুনবশিং অসিদগী শোয়দন নাম্বোকদবনি।

১৪২৯। পূম্নমক অসিবু অপাম্ব অমদি অপঙবগী শো লোম্মুন ফেলায় থমজিলগ রাজনীতি অমদি সমাজিকী নিংতম্ব হায়বদুগ লানথেংনরুহুন করি কায়গনি। অহাঙব হুংশিৎপু থোলনি নীংহুন থৈরুবন করি কায়গনি?

১৪৩০। নংন সংসার অসিদ উরিব পোং পূম্নমক অমদি নংবু ফারিব পূম্নমক অসি নংগী নশাগী কল্পনা ঙাক্তনি হায়বসি নীংশিংউ। নমিং পাঙ-থোকউ পূম্নমক অসি অশেংব সৎচিদানন্দ অহুনি। পূম্নমক অসি মচেং ভাদ্রব, লোম্ব নাইত্রব জ্ঞান অহুনি।

১৪৩১। অরাব, মনাবশিং অসিগী অশেংব হৌরকফম অহু নংন থঙত্রে। অশেংব জ্ঞান অমদি কৃপাগী হৌরকফম অহুম্ব নংন থঙত্রে। নং অসি অপঙব হায়বদুগ পুংলুপ লুপ্রবনি। নংগী জীবন সত্ত্ব ওইরব আত্মা জ্ঞানগী নিংতম্ব অহু হৌজিকমক থিয়ু।

১৪৩২। পূম্নমকসি হৌজিকমক হুন্দোক্লবহুন চাক্লিং ওইন থোরকপসিন নংগী অরুব ওইগনি। অহুতন নং অসি থবাইদগী ইনাকখুনব মী অম ওইগনি।

১৪৩৩। বেদান্ত নত্রগ পরাভক্তি য়াওদব সন্যাসদি কায়দবনি।

১৪৩৪। সন্যাস য়াওদব বেদান্তদি চুম্নগী লৌশিং হায়বহুনি।

১৪৩৫। সন্যাসন মী অমগী অপাম্ব অমদি নত্তব থাথপশিং মাংহল্লি। অদুগ বেদান্তন মহুৎ অচুম্ব থাথপন থলহল্লি।

১৪৩৬। অমম্বদ থাজবসি মরম চান থাজব ওইহনগদবনি অদুগ জ্ঞান অসিমক হাকথেংনব জ্ঞান ওইহনগদবনি।

১৪৩৭। অমত্ত ভাইরব মহাকপু থঙবসি চুম্নগী থাহৈ নত্তে; শাস্ত্রব নত্তে। মসি থবক পূম্নমক্তগী থবাইদগী লুব থবাইদগী কনব অহুনি। মসিদ কনাগুম্ব অমগী মশামকী মমল অহু চঙই। নংবু মমলসি পিগত্রা? মসিন নংগী ব্যক্তিগতজীবন অহু পামই।

১৪৩৮। নং অসি আত্মা জ্ঞানগী সন্তাস নত্রগ বেদান্তগী মতিক চাদব অমনি হায়বসি কদৌউদ্রেস্থ থনগদ্রু। নংন অচুমত্তুগীদমক্ত হৌজিকমক চংশিল্লু-বদি মীকিথিগী মওং অসিনদি নংবু কদৌউদ্রেস্থ লেম্ন থাদোক্লোই।

১৪৩৯। অপাম্ব লৈতব হায়বত্তুন মওোদ্দ ওাদ্বোয়কপ হুমিৎ অত্তুমক্তদ কন্নাগুদ অম্বন মম্নুম থাদোকদ্রংনি।

১৪৪০। থবন নত্তে, মাল চাংন নত্তে, লন-থুম্নসু নত্তে স্বপনগী থাদোকপ হায়বসিদ্দন লোম্ব নাইদব অত্তু কংব ঙমই।

১৪৪১। ললথুমগী মতেংন লোম্ব নাইদবত্তুবু কংবেগী আশা লৈত্তে।

১৪৪২। আত্মা স্বরূপকী অপাম্ব লৈব অত্তুন থাদোকপ ঙমগনি। ব্রহ্মদ চংজব মহাক্তন লোম্ব নাইদবত্তু কংই।

১৪৪৩। স্বপ্নগী জ্ঞান্দন আত্মাবু কংব ঙমই, অতৈ ধর্ম্মগী চৎনবীন নত্তে।

১৪৪৪। মী অমদ অনংঙব হায়বসিন লৈরিব অত্তুপকী মতিক মান করিগুম থর নীংই, করিগুম থর তৌনিংই অত্তুগ অশেংবমক্তি মাদি মশান থরব, মপুং কারব অত্তুনি।

১৪৪৫। ক্বিদমদি মতম পুম্নমক্ত থয় লাপহনগদনি, চাউরাক্ত ফংবদ ওইথোক্লোইদবগুম থমগদবনি।

১৪৪৬। পৃথিবীগী মমা খুদিংমক্ত মশামকপু, মচাবু মাগী ইমুং মচুং অমদি মপুরোইববু অচুম মওাল অমস্থং আধ্যাত্মিক জীবনগী ফজব অত্তুদ মিকপ থোকহল্লবগী দাসিম্ব অত্তু মশক খঙগদবনি।

১৪৪৭। সন্যাসিদি হকচাং লৈতব, মশামকপু ব্রহ্ম নত্তগ আত্মা ওইন শক তাক্লব অত্তুনি।

১৪৪৮। ব্রহ্মচারিন বেদগী সংহিতাবু স্বাধ্যায় ওইন তৌম্ন। গৃহস্থশিংন বেদগী ব্রাহ্মনগী শরুক অত্তুগী মতুং ইন কর্ম্ম তৌই। বানপ্রস্থন বেদগী অরণ্যক হায়ব শরুক অত্তুগী মতুং ইন ফোঙোম লৈ। সন্যাসিন বেদগী উপনিষদ নত্রগ জ্ঞানগী শরুক অত্তুগী মতুং ইন্নি।

১৪৪৯। বেদগী বারমশিংবু হুন্দোক্লহুন মশাগী অপাম্ব মতুংইন্ন চৎথরব মহাক অহুন মপূংফাব, হুংঙাইব অমদি থবাইদগী বাংব লমথুংফম অহু ফংব ঙমদে।

১৪৫০। অপাম্ব কামন লাকহৎলিঙৈদ সন্যাস ভৌথিব মহাক অহুন অমম্ব, মঙাল লৈতব মফমদ চৎলি।

১৪৫১। লৈ, লিম, চাকথাও অমদি মখূৎপু নীংথিন তম্বিরব মহাক অহু সন্যাস লৌব য়ারে।

১৪৫২। ইন্দ্রি পূন্নমক অসিবু মহুংদ চিংশিনব ঙম্নব অমদি ইন্দ্রিগ মরি লৈনব পোৎশিং অসিবু হুন্দোকপ ঙম্নব মহাক অহু সন্যাস লৌব য়ারে।

১৪৫৩। নীংব থুংবন কদোঁঙৈদস্থ অপাম্ববু মুখৎপ ঙম্লোই। অম-রোমদহুম, মসিন মৈদ ঘী হৈজিনবগুম অপাম্ব হেনগৎলকই।

১৪৫৪। সন্যাসি হায়বসি মীওইববু লাইরমলেন্দ অসুম অসুম চঙশিন্নবগী অমদি থম্ব নাইব অসিন লোম্ব নাইদব অহু তানবগী চঙকম অহুনি।

১৪৫৫। মীওইবন নাইতোম ভাব, থোইদোক হেন্দোকপ অনীংবগ লোয়নন অবাংব আশাহু ফংনব চঙশিন্নকদবনি।

১৪৫৬। নংন উরিব, তারিব, মনম নমলিব, মহাও ফাওরিব নত্রগ শাক্রিব নত্রগ ফাওরিব পূন্নমক অসি অশেংবমক্তি ব্রহ্ম অহু নত্তন অতৈ করিস্থু নত্তে হায়বসে কাউগস্থু।

১৪৫৭। নং অসি শিব নাইদব আত্মা অহুনি অহুগ সংসার পুম্নমক অসি স্বপ্নগী ব্রহ্ম অহুতনি হায়ব নীংশিঙউ।

১৪৫৮। সংসার অসিদ কনাগুম্বগী মফমদ থাঙ্গৈমক শেংন হুংশিব চান্নব হায়বহু লৈতে। মশাগী হুপী নৎত্রগ মচিন-মনাও নৎত্রগ মরুপশিং ফাওবদ ওইথোক্তে।

১৪৫৯। ফুমিংকী মথাদ করিগুম্ব খাঙ্গৈমক শেংন অনৌব পোৎ অমত্ত লৈতে। পোৎ পুম্নমক অসি অতোপ্প মওং অমদ অমুক উৎথোয়ক্লবগীদমক মাঙখিব ঙাক্কনি।

১৪৬০। নংন জ্ঞানগী মশক ওইরব আত্মা অদুবু উরবদি অরা-অনা পুম্নমক থুদক্ত মাঙখিগনি, থম্মোইগী অপুনব খুদিংমক নাহ্লোকখিগনি, চিংনব পুম্ননক কোক্কনি। কর্ম্ম পুম্নমক মাঙখিগনি।

১৪৬১। য়ামদ্রবদ মচাশিংগী মরক্ত অমতংন ফাওব মমিৎ পাঙজদুন লোম্বনাইত্রব য়ুম অদোমদ মমায় লৈদুন চৎলকপ উজবসিবু মমা খুদিংমক্কী থবাইদগী চাউব খুদোংচাব অদু নত্রা ?

১৪৬২। ইন্দ্রিগ মরী লৈনবশিংগী অশোয়বশিং অদু য়েংবদগী বৈরাগ্য পোক্লকই।

১৪৬৩। মসিবু ( বৈরাগ্যবু ) ধর্ম্মগী লাইরিক পাব, সৎসঙ্গ, য়াথল তৌব ( অচুম-অরান থিব ) অমদি থিজিনবসিন মপাঙ্গল কনহলগদবনি।

১৪৬৪। নহাক্ল হন্ন হন্ন য়েংশিনগদবনি। মপানথোংগী কি থাদোকপ অমদি মপানগী শকফম অসিন অশেংব বৈরাগ্য হায়বদু ওইদে। অশেংব বৈরাগ্যদি থিজিনব অমম্লং বিচার তৌবদগী থোরকদবনি।

১৪৬৫। "মপানগী পোৎ পুম্নমক অসিন ঐথোয়দ মতম চুপ্পগী হুংঙাইবদু পীব ঙমদে। মথোয়সিন ঐথোয়বু অরা-অনারোমদদুম লমজিংই"। মসিগুম্ব অরুব য়াথল অসিন হন্ন হন্ন মতম কুইন য়েংশিলবতদ অচেৎপ বৈরাগ্য ওইহল্লি।

১৪৬৬। ইন্দ্রিগী হুংঙাইব অসিন ঐথোয়গী হন্ন হন্ন পোকপ অমদি হন্ন হন্ন অরা-অনা থাঙবগী মরমনি।

১৪৬৭। বৈরাগ্য য়াওদন আধ্যাত্মিকী অশেংব চাওখৎপদু ফংব ঙমদে।

১৪৬৮। নংন বৈরাগ্যবু ফংজরবদি অতৈ ধর্ম্মদি মশা মতোমক লাকচগনি।

১৪৬৯। ধ্যান নত্রগ সাধনা অমদি বৈরাগ্যন পুক্রিং অসি লাকশিল্লি। মথোয় অসি সাধক অমগী লোম্ব নাইদব লমদম অদুদ বাংন পাইখৎনবগী মশা অনি অদুনি।

১৪৭০। মপাম্ভোংগী শকফম নংন কনাগুম্ববু বৈরাগ্যনি হেক্ত হায়ব ঙমলোই। বৈরাগ্য হায়বসিদি পুক্রিংগী ফিভম অমনি।

১৪৭১। স্বপনগী নৃভি-কল্প সমাধিদত থ্বাইদগী বাংব হুংঙাইবদু লৈ। অতৈ পূম্নমকসিদি অৱাবগী থোরকফম ঙাক্তনি।

১৪৭২। সংসার অসিদি মতম থরদংগী ওইব, খুদোংথীবন থলব, অৱাবগী লৈফম্নি। ইন্দ্রিগী হুংঙাইব পুম্নমক অহানবদদি হুংঙাইব ওইন উগনি, তোইগুম্বমুং মমৈদদি মথোয় পূম্নমক হুগুম্ব ঙাক্তনি।

১৪৭৩। নংগী অশেংব নপাবু কনানো? মাবু থিয়্ন। শিব হায়বসি করিনো? নংন তোংশাশিং অসিবু পামলিব করিগীনো? হুংদ লৈব অমাঙ-অতা লৈত্রব আত্মা, শিব নাইদ্রব মরুপ অমদি কনব-থনবিব অদুদ অপাম্ব থম্মু।

১৪৭৪। সংসারিক জীবনগী হুংঙাই-মাইকৰশিং অসি থুনমক হৌথিগনি। মিং অমমুং থিংচৎ অসি ইচম-চম্ব অহাঙবদ থোকহনব থোক্কলনি।

১৪৭৫। সংসারগী পোৎ পূম্নমক অসিবু চৎরুগুম্ন থলব মী মহাক অদুতন থৱাইদগী চাউব অথৌবনি।

১৪৭৬। অশংব আনোক উপ্প কনাগুম্বন পোৎশিংবু শংন উবগুম্ব জ্ঞানি অমন মাগী অনৌব জ্ঞানগী মমিত্ত পূম্নমকসিবু আত্মা ঙাক্ত ওইন উই।

১৪৭৭। নংন সংসায় অসিদ পোক্রকপগী মরম অদুদ থল্লু।

১৪৭৮। বৈরাগ্য ফংলব মী অমবু সেবা ফংজনবগীদমক মায়া হায়বদুন মথুৎ লোম্নদুন ঙাই।

১৪৭৯। লায়রব অমদি অনাবগী সেবাবু সন্যাসি কৌই।

১৪৮০। বেঙ্ক অমদ নংগী লুপা ক্রোর কয়া লৈব য়াই, নংগী বাদলা তরানিথোই, হয়াগারি চাম্ম লৈবস্থ য়াই, তৌইগুম্বসুং, মথোয়শিং অতুদগী নংন পৃক্লিংগী শান্তিদি ফংব ঙমলোই।

১৪৮১। থারৌন লুপা অমবু চীক্তনহাংলি, তৌইগুম্বসুং লুপাগী চমদব মিংয়েং অমতংনস্থ মাবু (লুপাবু) হাংলি।

## ১৪। জাপ যোগ

১৪৮২। তত্তন নাম শোনব অসি যোগগী কৈরাক্ত, অহানব থাক্লি।

১৪৮৩। ইবুঙো মহাক্কী নাম শোনবগী অকনব হৈনবী অম থম্মু। মতুংদ মাবু শিরমদাইদ নীংশিংঅবদ খুদোংচাগনি।

১৪৮৪। ঈশ্বরগী সংজ্ঞা পীবদি ঈশ্বরবু য়াদবনি। নংন অকরুব পোংকী সংজ্ঞা পীবদি য়াই। অদুগ নংন করম্ম ঙমথৈ লৈতব নত্রগ মপান নাইদ্রব, পৃয়মক অসিগী হৌরকফম অমদি মপান নাইদ্রব ওইব মহাক্কী সংজ্ঞা পীগদৌ-রিবনো? নংন ঈশ্বরগী সংজ্ঞা পীরবদি নংন ঙমথৈ নাইদ্রব অদুবু ঙমথৈ নাইহল্লে, অদুন নংন মাবু পৃক্লিংগী ঙমথৈ মসুংদ ফাজিন্দুন থমলে।

১৪৮৫। অচুম অরানগী লৌশিংন চঙবগী থৌনা লৈত্রব লমদম অতুদ প্রার্থনা হায়বসিন চঙব ঙমই। প্রার্থনান চীং লেঙহনব ঙমই। মসিন, অঙকপ কয়া তৌই।

১৪৮৬। নংগী নপুক্লিংদ য়োক্লিব বাখল অমদি নংগী স্তুতিগী পুন্সিদ শাগৎলিব মুর্ত্তি অদুন নংগী হৌজিক ওইরিব অমদি তুংদ ওইরকদবশিং অদু শেমদ তেংবাঙই।

১৪৮৭। ভাব-সমাধিদ সাধক অমগী পৃক্লিং অসি অরাংব বাখল অমদি ভক্তিন মরম ওইদুন য়াম্ম বাংন কাখৎখে। মহাক্ত হকচাং অমদি

পৃথিবী অসিবু কাউথোকখে । মাগী মপুক্সিং পূম্রমক অসি ইবুংঙো মহোক্স মপুঙ ফান লূপশিনখে ।

১৪৮৮। একাগ্রতা নত্রগ অমত ওইৰ পূক্সিং হায়ৰসি পূক্সিং শেংলব অমদি আধ্যাত্মিকী কন্ধীদ চাওখৎলকপগী খুদম্নি।

১৪৮৯। পূক্সিংগী থোঙশিং অহু থিংজিল্লু। পূক্সিং, ৱাখল অমদি অপাম্বশিং অহু তুমিন্ন লৈহল্লু। অয়ুক অঙনবদ পূক্সিং মকা লায় লেঙদম কম্মু। মচুগী মঙাল অমদি উরিব পোংশিংবু খৌশারুগমু। লৌশিনব, খঙ-জিন হৈ, মৎঃচ ঙৈয়ু। নতোমত ঈশ্বরগ লোয়নন চৎমিংনৌ। মাগ অমত্ত ওইয়ু। অচীকপদ শম্বোক্তুন লৈরিব শান্তি অদুদ তুংঙাইয়ু।

১৪৯০। জপ হায়বসিদি মন্ত্রবু হন্ন হন্ন শোনবনি। ধ্যান হায়বসিদি ঈশ্বর অমদি মাগী মগুণশিং অদুবু নিঙশিংবনি।

১৪৯১। মন্ত্রবু হন্ন হন্ন শোনবসিন অপাম্ব, অশাওব অমদি মিহৌ-বনচিংব পূক্সিংগী অমোৎপশিং মাঙহল্লি।

১৪৯২। হৌজিক কালগী সাইন্স ওমলুরব, মমল য়াংত্রব অপীকপ মহৈ অদুদ কোন্দুন লৈব মীশিংন নাম-স্মরন্দ থাজদবসি তুংশিবি। মসি য়ায় অরাব অমনি।

১৪৯৩। জপ হায়বসিন পোৎশিংদ চাইথোক্তুন লৈরিব ৱাখলগী মসি অসিবু ফাজিল্লি। অসিন পূক্সিংবু ঈশ্বরলোমদ, লোম নাইত্রব কৃপা ফংনব কন্মৌতুম চঙহল্লি। মসিন ঈশ্বর অদুগী দর্শন ফংজবদ তেংবাংই।

১৪৯৪। "মী অম ৱাখলগী মতুং ইন্ন মীশক অহু ওই" মসিমক মনোবিজ্ঞানগী নিয়ম অমনি। পূক্সিংবু অশেংব ৱাখলদ তন্দীরব তুপা অমন অফব ৱাখলগী মীশক অম ওইন চাওখৎলকই। লেপ্ন লৈতব অফব ৱাখল অদুন মাগী লমচৎপু হৈদুন শেন্মী অমদি মহি লাংহল্লি।

১৪৯৫। ধ্যান তৌরিব অমদি ধ্যানগী মূর্ত্তি, থুকমলিব অমদি থুকমলিব মূর্ত্তি, থলিব অমদি বাখল মশা অমত্ত ওইরকই। মসিনি সমাধি হায়বদু। মসি থুকম্ব নত্রগ উপাসনা তৌব নত্রগ জপ তৌবগী ফলনি।

১৪৯৬। অপন প্রুক্লিংগী অযোৎপশিং মাঙহল্লি, পাপ মাঙহল্লি অমসুং ভক্তবু ঈশ্বরগ শক-শক উনহল্লি।

১৪৯৭। ঈশ্বরগী নামদি সংসার অসিবু লাম্থোক্লব হিনি। মসিদি প্রুক্লিংবু মাঙহন্নব থুৎলাইনি।

১৪৯৮। নাম অমসুং নামি (ঈশ্বর) অমত্তনি হায়বসিদ থাজব থমদুন ঈশ্বরগী নামদ ধ্যান তৌ।

১৪৯৯। ঈশ্বরগী নাম পোস্পবসিন প্রুক্লিং মিংশেলবু লংহল্লি, অপাম্বগী উম্নং অসিবু মৈ থাদোকই অমসুং জীবশিংবু মুংঙাইবগী ঈচাও অমন ঈক্লজথোকপি।

১৫০০। নামমন নংবু ঈশ্বরগ হাকথেংনহনব ঙমই। নাম অসিন লম্বীনি; নাম অসিমক লমথুংফম্নি।

১৫০১। নীংতম্ব অমদি লোম্ব নাইত্রব ক্রপাগী নাম অসি নংবু অকিব লৈত্রব, তোর্ব্বান অদুদ পুম্বিনবগী শোম্নদ্রব হিন্নি।

১৫০২। নামদি লোম্ব নাইদ্রব ক্রপা, মুংঙাইবগী ঈফুৎ অমদি মতম কুইনগী শান্তি অদুবু পীবনি।

১৫০৩। নামগী গুণ অমসুং শক্তিদি বাহৈন চপচান কোঙদোকপ ঙমদে।

১৫০৪। নামদি সংসারগী লন পুম্নমক্কী হেন্ন মমল য়াম্বনি।

১৫০৫। নামদ চঙজো অমসুং বাখল, ভাব অমদি বাখল অনি লোঙদব ভত্তন মসিবু শোঙজো। অবাব থুদোংথিব, অনাব অমদি মুংঙাইত্তব পুম্নমক মতোমত্ত মাঙজখিগনি।

১৫০৬। আত্মা জ্ঞানি ওইরব সাধু অমদি সৎ-গুরু অমদগী গুরু মন্ত্র ফংলব হায়বসি লাইবক ফবশিংগী মহুৎদ অতাঙব অমদি থবাইদগী মমল য়ামলব দৈব্য কৃপা অদু মাগী ভক্তদ পীবিবনি।

১৫০৭। মন্ত্রগী দিক্ষা প্রনালি অসি শেংলব দেশ অসিদ থবাইদগী কুইরব অমনি অমসুং ঐথোয়গী সংস্কৃতিগী পুক্কী থবাইদগী চাউরব মনি মুক্তানি।

১৫০৮। মহাক্কী সাধন তৌরিংউগী মতম পুম্বদ সঙ্গোমগী চিন্তাত্মক চারবদি সুপ্নগী লাথ অমতং মন্ত্র শোনবদ মন্ত্র সিদ্ধ ওই।

১৫০৯। জপ তৌরিংউদ সাধক অদু মমায় অৱাং নত্রগ নোংপোক ওয় কমগদবনি। ফুবিদাংগী মতমদদি মহাক্ত অৱাংদমক ওয় কমগনি।

১৫১০। পদ্মা, সিদ্ধা, স্বস্তিকা, সুখা নত্রগ বীরাসনশিং অসি জপকী-দমক্তদি থাগৎপ য়াই। লশিংগী কি, কম্পোর শিল্ক নত্রগ কৈ মউসনচিংবসি ফম্নবগীদমক শীজিন্নগদবনি, মহুন লাইবক ফব, জ্ঞান অমদি শুনা সিদ্ধি ফংবদ খুদোং চাগনি।

১৫১১। কৃষ্ণজিন্নাদ (শজি মখল অমগী মউগদ) ফমহুন জপ তৌবন জ্ঞান ফাই। কৈগী মউগদ ফমনগ মুক্তিগী কৃপা ফংই। আসন অনিমকসি অমত্ত কান্দ্রবদি দর্ব্বাসন হায়বদি কুশ মনাগী আসননসু য়াগনি।

১৫১২। মসিমসু পুক্কীদ কাউরোইদবনি মহুদি চন্দ্রগ্রহন নত্রগ সুর্য্য-গ্রহনগী মতমদ জপ তৌবদ অঙকপ ফংন ফল লৈ, অহুন মী খুদিংমক তাঙলব মতম অসি লাকপদ কদোউদসু নাহোকহল্লোইবনি।

১৫১৩। থাজবন মীওইবন হিংশিবনি। থাজব অদু ঈশ্বরদ ওন-শিন্নবদি জীবগী মনীং তমজনবগী মরম ওইরকই।

১৫১৪। ঈশ্বরগী নামগী গুণদি লৌশিং-জ্ঞান শাগৎপ ওমদে। মসিদি ভক্তন নাম শোনব, থাজব অমদি ভক্তিগী থোঙদ শোয়দন হাকথেংনগদব অমনি।

১৫১৫। ভক্তন মন্ত্র শোনবন সাধক অদুদ ধর্ম্ম অমদি মন্ত্র অদুগী লাইগী শক্তি অদু লাকই।

১৫১৬। ভাব যাওন, থাজন অমদি ভক্তি তৌন ওঁ নম ভাগবতে বাসুদেবায় নত্রগ ওঁ নম নারায়ণ নত্রগ ওঁ শিবায় নত্রগ প্রাণব নত্রগ গায়ত্রি, মাথ অমগ লিশিং কুন মঙারক শোনবদ নঙোন্দ মন্ত্র সিদ্ধি লাক্কনি।

১৫১৭। মন্ত্র সিদ্ধি ওইরব কনাগুম্বন থারোন চীকপ, বৃশ্চিক্ চীকপ নত্রগ করিগুম্ব মতম কুইনা নারক্লব লায়না ফাওব চুম্নগী ইচম চম্ন অনাব মফমদ শোকপতদ ফংনব ওমই।

১৫১৮। কনাগুম্ব অম থারোন হেক চীকপগ মন্ত্র-সিদ্ধ ওইরব অমদ টেলিগ্রাম থায়। অদুগ মন্ত্র-সিদ্ধ অদুন মন্ত্র শোল্লি, অদুদগী থারোন চীকপ মীদু ফৈ। মসিবু মন্ত্রগী অঙকপ শক্তি অদুগী প্রমাণ নৎত্রা?

১৫১৯। মন্ত্রন যহৌব, লাইগী মায়মেং লোইশং বয়। পৃথিবীগী মফম কয়াদ শন্দোক্তুনা লিংখৎপ যাই।

১৫২০। ঐথোয়না পাপ অমদি অময় পুন্নমকপু মাঙহনবিব, জ্ঞানগী তুংনফম ৎহৈব, থুরহন্দ মতিবচারব, সংসারবু শেন্দ্বিব ঈশ্বরদুগী গুণদ ধ্যান তৌদুনা মহাক্না ঐথোয়বু জ্ঞানগী মঙাল পীবিসনু।

১৫২১। গায়ত্রি মুন্ন থঙুনব মহাক অদু ব্রাহ্মণনি। বেদ মরিমকপু নীংথিনা চিনফা পুদুংসু গায়ত্রিগী জ্ঞানদু যাওত্রব মহাক অদুদি শূদ্রনি।

১৫২২। মীওইবন ভলদ চাদুনা হিংব ওমদে, তৌইওম্বসুং মান ওপ্নগী ঈশ্বরগী নামদমক শোন্দুনা হিংব ওমই।

১৫২৩। হরিবু মীওশিংদগী মহাক অদু লৈখা-তাদ্রবা মপোক্লি। অদুগা তৌত্রনসু মহাক্কী মিংথৈ শোন্দন হৌখিব মুমিং অদু অরোইবা মায়োক্নব মতমনি।

১৫২৪। মোটরকারশিং, ইলেকট্রিক থাংমৈ, ইলেকট্রিক ফেন, ফনচাবা-মৈকোন অমদি অতৈ অতোপ্পা পোৎ কয়ান লৈতে-তুনসু হরি সংকীর্তন তৌরবা মত্রগ কীরিবু খুন্নমত্রব বজরা মত্রগ কোইহুং মত্রগ অতোপ্পা মরুম অদু ইচম-চম্ব মোংফমনি।

১৫২৫। জপ্ন সাধক অমগী সাধনা শক্তি হেনগৎলুরলি। মসিন মাবু অচুম্বা বাখল অমদি অধ্যাত্মিকী মপাঙ্গল কলহল্লি।

১৫২৬। ঈশ্বরগী নামদি আধ্যাত্মিক জ্ঞানগী মমেং তাব মাইত্রব পূকৈনি।

১৫২৭। ঈশ্বরগী নাম যাওদনা কনাসু অবান খুবম ফংদে। নংগী থাইদগী চাউব নথোদি মতম পুম্নমক্তা মাগী নাম শোনবনি। নাম অসিদি লমইগী শিংগী থাইদগী চাউব লনগৈনি।

১৫২৮। নামগী কৃপান থবাইদগী চাউব পাপি ফাওবা ঈশ্বর ফংব ঙমই।

১৫২৯। এলোপেথি, হোমিওপেথি, ক্রোমোপেথি, নেচরপেথি, আয়ুর্বেদপেথি অমদি, অতৈ লায়রেং পুম্নমক্ক নংগী অনাবা অমবু লায়রেংবা ঙমত্রবদ ঈশ্বরগী নামপেথিদন নংবু কনবিব ঙমই।

১৫৩০। মরোল অহুমগী মাইব ওইরবা, আয়ুর্বেদগী মেডিকেল সাইন্স হৌদোকপ ইবুঙো ধন্বন্তরি মহাক্না লাউথোকখ্রে, "অচ্যুত, আনন্দ, গোবিন্দ" হায়ব নামশিং অসি হন্না হন্না শোনবগী হিদাক অসিন লায়না পুম্নমকপু ফহনবা ঙমই—মসি এগী অরেপ্পা, পুকচেল শেংনা হায়দোকপা অমনি।

১৫৩১ উচ্চারণ তৌবা মতমদ "রাম" হায়বা বাহৈ অসিন শব্দ (থোঙ্গেল) অমত থোকই অদুগ থাঙ্গৎশেংনা হায়রবদ শেংলবা শেলেবদ "ওঁ" হায়বসিগ "রাম" হায়বা বাহৈসিগ থেঙ্নব লৈতে।—শ্রীমহাত্মা গান্ধী।

১৫৩২। থাইনগী মতমদ মীশিংনা যজ্ঞ, যোগ সাধনশিং অমদি অকনবা তপস্যা কয়া তৌনৈ, তৌইগুম্বসুং হৌজিক্কী কলি যুগ অসিদদি পূজা অসি চিঙ্গাকী মথা পোল্লে অদুগ মীওইবগী পুক্নিং অসি ইথক-থকই।

অস্বুগ অমত্ত ওইব পুক্লিংন, ইচম চম্ন হরিগী নাম শোনবন সংসারগী লায়না পুম্নবক কোকই।—শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংস।

১৫৩৩। অহিং সুংখিল অনিদ রামগী নাম শোক্লিব জাং ভারব কনাগুম্ব নত্রগ চণ্ডাল ওইরব মহাক অহু কৃপা লৈরবনি। রামগী নামদি শোন্দব অচৌব শাগেগী মপোক অহু করি কায়গনি?—শ্রীতুলসিদাস

১৫৩৪। অচুম্বু খঙলব মুনিশিংনে মসিদমক হায়রমহই—লৈ অসি অমৃতগী মশক ওইরব রাম নামগী মহাও অসিদং খঙজনবগী ইন্দ্রিনি। ঐন হয় হয় বাশক্ত্ন হায়রি—রাম নামবু নীংশিংজবন মথৌ ওইরিব মীশক অড়ন কলৌঙ্কেদমু অবাব তাবোই।—শ্রীব্যাস।

১৫৩৫। কলিগী যুগ অসি হিংসান থল্লবমু মসিগী অচৌব ধর্ম্ম অমা লৈ মহৃদি মতম অসিদ স্বপ্নগা চুম্ন ঈশ্বরগী নাম শোনবতন মায়াদগী নাম্বোকপ অমদি ঈশ্বর ফংজব ঙমই।—শ্রীমদ্ভাগবদ।

১৫৩৬। হে, শিব নাইব মচাশা! নমাঙদ চাক্লিব পাপকী চাউরব মৈ অহুবু কিরুগমু। নোংগী মশক ওইরব গোবিন্দগী নামন চুথরগ মহু মুংখিগনি।—গড্রু পুরান।

১৫৩৭। "ওঁ" হায়বসি পুম্নমক্কী মহুৎশিনব নত্রগ থবাইদগী পীক্ল সুংজিল্লব খোঞ্জেল অদুনি, মসি যোগগী খোঙদত্ত হাকথেংনন তায়।—বনমালা।

১৫৩৮। কর্ম্মগী নত্রগ ধর্ম্মগী মওংদ তোব তপ কয়াদগী কৃষ্ণবু লেপ্তন নীংশিংজবসিন থবাইদগী হেম্ন কৈ। থবাইদগী চাউব মীওইবগী পাপ অহু মথোয়ন মিকুপ অমতং ওইরবমু ইবুংঙো মাব নাংশিংজব খুদক অহুমক্তুদ কোকই।—বিষ্ণু পুরান

ওঁ: শান্তি, শান্তি, শান্তি।



## মরু ওইব

## অৱানবশিং চুমথোকপ।

| লামায় মশীং | পাউত্তাক মশীং | পাউত্তাক্কী লাইন মশীং | অৱানব | অচুম্ব |
|---|---|---|---|---|
| ২ | ১৬ | ২ | জড্রুন | অড্রুন |
| ৩ | ২২ | ১ | নিৱমনি | নিযমনি |
| ৩ | ২৬ | ১ | মঙ্গস | মঙ্গল |
| ৪ | ৪২ | ২ | মীহৌবদগী | মিহৌবদগী |
| ৫ | ৪৮ | ১ | কনগুম্ব | কনাগুম্ব |
| ৫ | ৫৮ | ১ | ৌবদি | তৌৱবদি |
| ৫ | ৫৯ | ১ | অত্মাগীদি | আত্মাগীদি |
| ৬ | ৬০ | ১ | ি কুপ | মিকুপ |
| ৬ | ৬৭ | ১ | পুক্নিগী | পুক্নিংগী |
| ৭ | ৮৭ | ২ | পুক্নিদ | পুক্নিংদ |
| ‘৮ | × | × | (৬) | (চ) |
| ১৮ | ২২১ | ৯ | সেব | সেবা |
| ১৮ | ২২৫ | ১ | অসি | অসিদ |
| ১৮ | ২২৬ | ১ | শ্রাদ্ধ | শ্রদ্ধা |
| ১৯ | ২২৯ | ২ | অন | অনা |
| ২০ | ২৪৪ | ১ | মুঙাইব | অৱাব-মুঙাইব |
| ২৬ | ৩২৬ | ১ | অদি | অমদি |
| ২৭ | ৩৩৪ | ১ | আধ্যাত্মক | আধ্যাত্মিক |

| লামায় মশীং | পাউজাক মশীং | পাউজাকী লাইন মশীং | অরানব | অচুম্ব |
|---|---|---|---|---|
| ২৯ | ৩৬১ | ১ | ঈশ্বর | ঈশ্বরগী |
| ৩৬ | ৪৫৮ | ১ | রেডিয়ম | রেদিয়ম্ |
| ৩৬ | ৪৫৮ | ২ | রেজিয়মগুম | রেদিয়ম্ গুম্ |
| ৩৬ | ৪৫৮ | ২ | অতঙবনি | অতাওবনি |
| ৩৬ | ৪৬০ | ৩ | অমূক | অমুক |
| ৪০ | ৫০৫ | ১ | নপুক্লিদগী | নপুক্লি'দগী |
| ৪৯ | ৫৯৪ | ৩ | ব্রাথল | ব্রাখলন |
| ৫০ | ৬০৮ | ১ | মুংশ-শ্বর | মুংশা-শ্বর |
| ৫০ | ৬১০ | ১ | ( ত ) | ৩। |
| ৫১ | ৬২১ | ২ | মুখিল | মুংথিল |
| ৫৪ | ৬৫২ | ২ | প্রার্থন | প্রার্থনা |
| ৫৯ | ৬৯৭ | ৩ | ব্রহ্ম | ব্রহ্মনি |
| ৫৯ | ৭০১ | ১ | আধ্যাত্মিক | আধ্যাত্মিক |
| ৬১ | ৭১৭ | ১ | পম্নমক্ত | পুম্নমক্ত |
| ৬৩ | ৭৩১ | ১ | চম্ন | চম্ন |
| ৬৩ | ৭৩২ | ১ | থোন | থোনা |
| ৬৪ | ৭৩৭ | ১ | ব্রাখসদ | ব্রাখলদ |
| ৬৯ | ৭৮২ | ২ | অম্নগুং | অমগুং |
| ৭৪ | ৮৩৩ | ১ | অসি | অসিদ |
| ৭৪ | ৮৪৩ | ১ | মম্লোলনি | মাম্লোলনি |

| লামায় মশীং | পাউতাক মশীং | পাউতাকী লাইন মশীং | অরানব | অচুম্ব |
|---|---|---|---|---|
| ৭৪ | ৮৪৩ | ১ | মসিম | মসিগ |
| ৭৯ | ৮৮৬ | ২ | ইবুঙো | ইবুংঙো |
| ৭৯ | ৮৮৭ | ১ | ইবুঙো | ইবুংঙো |
| ৮৫ | ৯৩৭ | ৩ | লায়ন | লায়না |
| ৮৫ | ৯৪১ | ১ | পামচনবা | পামচনব |
| ৮৯ | ৯৭৭ | ১ | অদুগা | অদুগ |
| ৯৪ | ১০১৫ | ২ | এলহবাদত | এলাহবাদত |
| ৯৬ | ১০৩২ | ৩ | অদস্থ | অদুস্থ |
| ৯৭ | ১০৪০ | ১ | চূরাপে | চূরাংসে |
| ৯৭ | ১০৪৪ | ৩ | তোঙানরনি | তোঙানবনি |
| ৯৯ | ১০৫৩ | ৪ | মখোয়ন | মখোয়ন |
| ৯৯ | ১০৫৪ | ১ | পুক্রি | পুক্রিংগী |
| ৯৯ | ১০৫৪ | ১ | অর ব | অরাংব |
| ৯৯ | ১০৫৫ | ১ | অসি | অসি |
| ৯৯ | ১০৫৫ | ১ | সধু | সাধু |
| ৯৯ | ১০৫৮ | ১ | পুম্নমক্ত | পুম্নমক্কু |
| ৯৯ | ১০৫৯ | ২ | থেনবশিং | থেংনবশিং |
| ৯৯ | ১০৫৯ | ৩ | থেক্রিডৈঙদ | থোক্রিডৈঙদ |
| ১০০ | ১০৬৩ | ২ | অদম্ন | অদুম্ন |
| ১০১ | ১০৭৮ | ২ | মরুপ | মশক |

| লামায় মশীং | পাউত্তাক মশীং | পাউত্তাকী লাইন মশীং | অৱানব | অচুম্ব |
|---|---|---|---|---|
| ১০১ | ১০৮১ | ১ | অধ্যাত্মিকি | আধ্যাত্মি |
| ১০২ | ১০৮২ | ২ | অমদি | অসিদি |
| ১০২ | ১০৯০ | ২ | অমওনা | অমত্তং |
| ১০৩ | ১০৯২ | ৪ | কর্ম | কর্ম্ম |
| ১০৩ | ১১০২ | ১ | গুরু | গুরুগ |
| ১০৪ | ১১০৭ | ২ | মতুং | মতুং |
| ,, | ,, | ,, | অধ্যাত্মিকী | আধ্য |
| ,, | ১১০৮ | ২ | শিষ্যদা | শিষ্যদ |
| ১১৬ | ১২২৫ | ১ | যোগীশিংদম্ম | যোগী |
| ১১৮ | ১২৪৩ | ২ | অদমক | অড়মক |
| ১২০ | ১২৬২ | ২ | লুপ্ল ী | লুপ্লবী |
| ১২৩ | ১২৮৬ | ২ | খোয়শিং | মখোয় |
| ১২৪ | ১২৯৬ | ২ | তৌহনব | তৌরব |
| ১২৪ | ১৩০২ | ২ | ষম | যম |
| ১২৫ | ১২০৬ | ৩ | ফংগনি | ফংঙনং |
| ১৩২ | ১২৮০ | ২ | সাত্ত্বিকাসন | স্বাসক্কি |
| ১৩৩ | ১২৮১ | ৫ | মৎস্যোদ্রাসন | মৎসে |
| ১৩৪ | য়েংশিনগদব ব্রেকেট | | ৯৫ | ৯৪ |
| ১৩৬ | ১৪০৭ | ২ | বিস্ব-রুপ | বিশ্ব রু |
| ১৩৬ | ১৪১২ | ১ | উপনিষদশিংগী | উপনি |
| ১৪৬ | ১৫০৫ | ২৩ | লোঙদব | লোঙ |

